# মরূপ

## শরৎ কী ঙঁচেল

---

১৯৮১ ইং



( ৭ শুবা মশিং )

সম্পাদক :

শ্রীরাজকুমার কমলজিৎ সিংহ

বনমালীপুব, এ, এ, বোড ( মহাত্মা গান্ধী সরণী )

আগরতলা : ৭৯৯০০১

মূল্য—৭·০০ মমল—৭·০০ (ভরেং)

শৈখোম্বাগী ওয়া—

# সত্যম শিবম্ সুন্দরম্

অচুম্বা মতম লৈবা থিবিকতা লেংদবা ওয়বনা কৈজে, য়াম্না কৈজে, ফজহুনা লৈগনী। অয়াংবা লৈজে। মীওইবাগী চাওখৎলকলে হায়রিবা সভ্যতাসু ফজবাবু ঈরাংনরি হায়বগী সভ্যতা হায়রিবনী। সভ্যতাসিসু ঈরাংপা থৌরাংদা অপেনবা, পেনজবা হায়বহু লৈতমারে। ওসিগী ঈরাংপদা ওয়াংগীহু ওনথোকতুনা অনৌবা ঈরাং থৌরম শিনলি। অহুবু অচুম্বাগী ফজবদি অহুম লৈজৈ, লেংদে। ওয়াংগীহু খংদনা ওসিগী ঈরাং থৌরম শিনবা ওমদে, য়াদে।

অমাংবা লৈজবা প্রকৃতিগী ফজয়বা শরৎ ( শারদ ) চহিগী অৱেপ্পা লৈতনা মতমচানা লাকলি। অমুক চৎথি। অমুক লাকলি। চৎথিবাশিং অমসুং পারী পুরীশিংনা থম্বিরম্বা হয়েংগী লমজিং মৈয়াশিং থিজিন থোমজিনহুনা ফজবাবু ঈরাংপদা অনৌবা থৌরম ওয়নবা হোৎনাজবসিবু জনগন হিতায়চগী দা কচ্চরি।

---

ফংবিগনী চয়োলগী কায়দনা মরূপ চেক্কোং লোয়ননা
চহিগী চেক্কোং 'শরৎ কী ঈচেল'

| মনিপুর | | কাছাড |
|---|---|---|
| ওয়াই চাউবা এণ্ড সন্স | ও মঙলজাও | বিশ্বজিৎ টি ষ্টল |
| নিউজ এজেন্ট | শিংজমৈ বাজার | কোর্ট কমপাউণ্ড শিলচর—১ |
| আওয়াং A. O. C ইম্ফল, | মনিপুর | |
| ইম্ফল বুক হাউস | | |
| পাওনা বাজার, ইম্ফল | মরূপ কার্য্যালয় | সিংহ বুক হাউস |
| | বনমালীপুর, এ, এ, রোড | পোঃ—সোনাই কাছাড |
| | আগরতলা—৭৯৯০০১ | |

---

সমবায় পৃথিবীতে যুগান্তর আনিবে, পৃথিবী হইতে দারিদ্র্য ও অলসতা বিদূরিত করিবে।

—মহাত্মাগান্ধী

লাইরিক পাদব, ওয়াবী তাদবা হায়বসে মীওইবাগী মতম কুইরাবা সভ্যতাগী উত্তরাধিকারী ওয়বা বংদবনী।

"আর্থিক অসাম্যের উপদ্রব থেকে মানুষ মুক্তি পাবে মার কাট করে নয়, খণ্ড খণ্ড শক্তির মধ্যে ঐক্যের তত্ব প্রতিষ্ঠিত করে"।

—রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

১। থাম্বেল চংপা (চল্লা) কৈজোম ২। রেশম ফুরিৎ ৩। সনা খুজি ৪। তাল, ৫। লমথাং খুল্লক ৬। উয়িকশেক ৭। নিংথৌখি অমসুং ৮। লানফি। হায়রিবা নিংথৌনা পিরিবা ফিজেৎ লৈতেংশিং অসি অচৌবা কমনাইবাশিংতনা শিজিন্নবা য়ারমই। কন্নাইবা মচাশিংদি কৈজোম অপ্তোবা, ফুরিৎ অপ্তোবা, অমসুং ইনফি অপ্তোবা শিজিন্নরমই অমসুং খ্বাংদা ফি অপ্তোবা রেংলমই।

মণিপুরদা লৈবদা পানা মরি হায়বদি ১) লাইকম ২) খাবম্ ৩) অক্তপ অমসুং ৪) নংরূপ হায়বাশিং অসিগীদি তোথায় তোপায়বা চংনবা মতুং ঃগোয় মখোয়গী কোয়েংকী মচু লৈ— লাইকম অমসুং অংরূপ পানা অনি অসিগী কন্নাইবা শিংদি কোয়েং অঙাংবা য়ংদি মখোয়বু নিংথৌনাই হায়বগা থগৈ, খাবম অমসুং নক্তারূপ পানা অনি অসিগী কন্নাইবাশিংনা কোয়েং নাপু ওংদি, মখোয়বু লৈমনাই হায়না থগৈ। লৈবাক্কী অপন্নবা থৌদোকশিংদা কন্নাইবাশিং অসি জোলাই অমসুং পে শিংদিন্নবা য়ারমই। মখোয়বু কবাংজী অঙাংবগী ফিদা কমহল্লমই

## তোপ গাবোংকী কন্নাইবাশিংদা পিবা

তোপগাবোং হায়বা অসি মতম অগী মণিপুরগী মিলিটারী অমসুং পুলিশকী লোইশংশিং। লোইশং অসিগী কমনাইবাশিংদি য়াম্না মুশিনবা মগী কৈজোম, ফুরিৎ কোট লিটলমই। মতুম তাবা মংগী কোয়েং জিংলমই। মখোইনা পাইবা লোংমৈগী মখুঃ ফাওবা অমুব মচুগী ওইরমই। লোইশং অসিগী অচৌবা কন্নাইবাশিংগী কোটতি অরংবা সনা মচুগী কুদাম পাল্লমং। মফিগুন্দা কোটতি মপাগী কন্নাইবাশিংনা পয়লা কুটনাচিংবনা শিজিন্নবা য়ারমদে। বদ সেনাপতি, তুলিনহা অমসুং তুলিহলগী অচৌবা কন্নাইবা জেনরেল ফাওব মগোয় মখোয়গী তোপ তোঙ্গা ব্যাজ থেংলমই। নিংথৌনা লাল জেংলবদি মপীগী ফিজেৎ মচু অভুগী ফিজেৎ থোক্লমই।

## নিংথৌশেনবা, সল্লাই শংবর্মচিংবা লোইশং মচাশিংদা পিবা—

নিংথৌ শেনবা, সল্লাইশংবা, শেলুংকম, সেথক লোইশংনচিংবা লোইশংশিংগী লোইশং মচাশিংদি অপ্তোবা কৈজোম, ফুরিৎ শিংলমই, কোয়েংনা "বল্লাই" রেংলমই। লৈবাক্কী অমসুং সন্নাক্কী থৌদোকতা থাম্বেল চংপা কৈজোম, রেশম ফুরিৎ (অশংবা), সনা খুজি, তাল, নারিল, লমথাং খুল্লক শিজিন্নবা য়ারমই। লোইশংশিং অসিগী মকোকথোংবা কন্নাইবাশিংবু পে, জোলাই অমসুং কবাংজি শিজিন্নহল্লমই।

## পণ্ডিত লোইশং অমসুং অমাইবা লোইশংগী কন্নাইবাশিংদা পিবা

পণ্ডিত লোইশং অমসুং অমাইবা লোইশংগী কন্নাইবাশিংগী ফিজেৎতি অপোবা কৈজোম, অপ্তোবা ইনফি অমসুং অংৌবা খ্বাংরেংনি। লৈবাক্কী থৌদোকতা থাম্বেল চংপা কৈজোম, লমথাং খুল্লক সনা খুজি। রেশম ফুরিৎ (অশংবা) শিজিন্নবা নিংথৌনা য়াবমই।

অসিগুম্বা থৌদোকতা লাইশংশিং অসিগী কন্নাইবাশিং জোলাই পাবা য়াবমই অমসুং পে পন্দনং চংপাসু য়াবমই। পণ্ডিত অকোবন পে অপোবা অড়ুগা মপাগী পণ্ডিতশিংনা নাপু মচগী পে শিজিন্নরমই।

পণ্ডিত অচৌবান কবাংজি অংাংবা মপুন কমহল্লমই। মপাগী পণ্ডিতশিংবু কবাংজি অঙাংব তথায় কমহল্লমই। পণ্ডিত অচৌবদি ভিদাকয় পুংফা অমসুং শঙ্খ-শেনখা শিজিন্নবা নিংথৌনা য়াবমই।

মাইবীশিংদা উর্নাদা সারোং (কারোং) শিজিন্নহল্লমই লমথাং খুল্লক। সনা খুজি রেশম ফুরিৎ (অশংবা) শিজিন্নহল্লমই। মাইবীশিংগী মকোকশংলাক্কী হায়না থগৈ।

# অরিবা নীংশংখুদম ঙাক-সেনবগী রাকমদা মণিপুরগী কাংলা ।

নাওরিয়া অমুসনা

ভারতবর্ষ অসিদা থাইনভৈদাগী হৈ শিংলবা মীওইশিংনা মরু ওইনা নিংথৌরেন কযানা হেন্জোক থোইদোকপা শারম্বা শেমলম্বা পোৎশকশিংবু ঙরোন ঙাকপা মীওইশিংগী অঙকপা ওইনা য়েংনভম ওইবা নত্রগা লাইকম ওইনা থম্মরকপা মকম অমদি পোৎশকশু হেংসবী অমগী মনুং চননা অহুমক ঙাক শেন্দুনা লাইই। লৈঙাকলোনগী চাওথৎলকপা খোঙথাং থা জল্লকপা মতম ইংরেজনা পাল্লিতৈ হায়বদি ইংরাজী চহীরোন ১৮৬৩দা লাউথোকখিবা Religious Endowments Act-হায়বদি ধর্মগী মিংদা কংথোকপা আইননা ইতিহাসকা মরি লৈনবা মমন নাইরবা থাইনগী অরিবা অমাহকশু মহামগী খুদোংচাবা কান্ননা লৈরবা অমসুং ধর্মগী থৌরম ঙাকপগীগা মরি লৈনবা যুম কৈনচিংববু ঙেক্তা কান্নদনবা ঙাকশেনবগী থৌরাং লৌথৎলকখি। চহীরোন ১৯০৪ চংলকপদা মতমগী ভারত সরকারনা মসিগা মরি লৈননা আইন অমা পাশ তৌই। মতুং The Ancient Monuments Preservation Act—হায়বদি থাইনগী অরিবা নীংশং খুদম ঙাকপগী আইন হায়না খঙই। থাইনগী অরিবা নুংসোনগী মনুং চনবা যুম কৈনচিংবা নীংশং খুদম ওইবা, ইতিহাসকা মরি লৈনবা অমসুং খুৎচংগী ফজবা লৈরবদি আইন অসিনা ঙাকশেনবগী পাংগল পী। আইন অসিগী মনুংদা পল্লিবা নীংশংখুদম (Monument) অসি শারম্বা শেমলম্বগী কয়াং মওং নাত্রগা মিংচৎকী ওইবা নীংশং খুদম নাত্রগা মোংকম খুভম নাত্রগা মোংকম কমম নাত্রগা গুহা, নুংদা গকপা, ইরম্বা নাত্রগা নুং অমত্তনা শেম্বা যুম্বী অসিমাচিংবসি মনুং চল্লি। মথক্তা হায়রিবা ওয়াকমসি মহাক্কী কোন্নবা— (১) কোল্লিবা লম (২) যেন্না থাজনবা নাত্রগা খুমজন্দুনা ঙাকশেল্লিবা অতুগী নাক য়েংতা লৈবা থংলবা নাত্রগা ভাইনবা শরুক (৩) নীংশং খুদম অত য়েংবদা খুদোং চাহল্লিবা চথোক চশিনগী পাম্বে ওইরিবা মচথিবিকসিসু আইনসিগী মনুং চল্লি। হায়রিবা আইন অসি 'C" class state (মতমতুগী) মণিপুর, ত্রিপুরানাচিংবা লৈপাকশিংশু কোল্লি।

ভারতনা স্বাধীন ওইরবা মতুংদা মশাগী ওইবা সংবিধান শেমজরে। সংবিধানগী ৪৯ Article দা থাইনাগী অরিবা নীংশং খুদম নাত্রগা মফম নাত্রগা ইতিহাসকা মরি লৈনবা খুৎচংনা ফজরবা পোৎশকথিবিকপু জাতিগী মমন নাইরবনি হায়না ভারত পার্লিযামেন্টনা আইনগী মনুংচননা ভাকলবা মচুখিবিক্কুবু মাং ভাকহনবা শকতম কায়হনবা থুগায়বা, থাংদোকপা, য়োনথোকপা নাত্রগা মপান্দা থাদোকখিবা অসিনা চিংবাসিদগী ঙাক শেনগী ওযাফমসি ভৌদবা ইয়া যাত্রবা State কী থৌদাং অমনি হায়না পল্লি। হায়রিবা article অসিগা মরি লৈননা ইংরাজী চহীরোন ১৯৫৮ দা কেন্দ্রীয় সরকারনা "The Ancient Monument and Archaeological sites and Remains Act" হায়বদি থাইনগী অরিবা নীংশংখুদম যুম-কৈগী কোন্নবা কম অমসুং অতেক

অকায়গী আইন পাশ তৌই। মতুংদা প্রাদেশিক সরকারশিংনসু মহাক মহাকী ওইবা আইনসি লৌখৎলি। আসামদদি চহীরোন ১৯৫৯ গী ওক্টোবরগী তাং ৭ তা Assam Ancient Monuments and Records Act—পাশ তৌই। মথক্তা পনখিবা আইন অসিনা কনাগুম্বা মী অমনা অয়ুম ওইরবা পোৎশকশিংসি মৈথায় থিংগায়বা, মাং তাকনবা তৌরবদি অরুম অয়াংগী মতুং ইননা মী অদুবু চৈরাব ওইনা থা ৬ ফাউবা জেল পীবগী ওয়াকম লৈ, নাত্রগা লুপা লিশিং ৫ ফাউবা জরিমানা পীবগী ওয়াক্ষু লৈ, অদুগা জেল অমসুং জরিমানা অনীমক পুননা ওইবগী ওয়াকমসু লৈ। করিগুম্বা মফম অদুগী নাক য়েংতা লৌউ শিংউগে হায়রগসু মিটার মথায়দগী হেননা লুনা থোইবা নাত্রগা তৌথারবা য়ারোই হায়রি।

ভারতনা মশাগী নীংদম্বা ফংলবদা অমহেক্তি গণতন্ত্র সরকারগী ফিরেপ তারগদা দিল্লী পার্লিয়ামেণ্টকী সভলেন হাম্নগী অরিবা নিংথৌরোলনা শারম্বা যেকলম্বা পূ়মক ইকায কায়হন্জনা থমলগা অতোপ্প মফমদা নিউ দিল্লী শেমগৎ শাগৎখিবসিনা সংবিধান অমদি আইন অসিগী মতুং ইনবা মযেক লায়বা খু ম পান্দম অমনি। অদুগা য়েলহৌঙৌদগীন হায়না থডনরক্কইবা লাইনিংথৌ সোরারেনগী কোম্লুং থৌবান তোমজিনগী লৈথক্তা— করিগুম্বা খুদম পান্দম উবা ফংদ্রবসু মতুংদা ওহখিবা হৌজিকমক মিৎনা উবা ফংলিবা মীতৈগী অখিবা কোম্লুং কাংলা ওনথোকনা মায়থীরবা ফিভম অমদা লৈরী। কাংলাগী ওইখিবা ফিভম অসিদা খুদোং থীরবা থৌদোক কয়া মতম মতমদুগী মায়ওক্তা থেংনখ্রবনি। পোইরৈ মীতৈ মনা লৈপাকী যুম্ফালময়োন্দা লৈরিবা কাংলা লমপাক অসিদা ৪ সুবা আসাম রাইফলস্কী লাম্মী থমজনবদগী লৈবাক মীয়ামগী ইরাং থৌমিজবদা অমসু খুকমজবদা অপনবা কয়া ওইরকখি। ইংরাজী চহীরোন ১৯৫৯ গী মে থাগী তাং ৯ দা লাম্মীনা অপনবা খুদোংথীবা পীবদগী অচৌবা ওয়াথোক অমা থোকখি অদুদগী লৈবাক হৌদুনা কাংলাবু মীতৈ ঐখোয়গী লাইফম ওইনা থম্মিনবা ৪ সুবা আসাম রাইফলস্কী লাম্মী লৌথোকখিনব—কাংলা রক্ষা কমিটি, Kangla Preservation Demand Committee, Action Committee না চিংবা লিংদুনা মতমদুগী চিফ কমিশনার বাইনাদা ওয়াখৎ চে লানথংদুনা তকুনবা হৌখিবনি, অদুবু মায পাকপদি ওইখিদে। অসুমনা মাযথীবা ফংদুনা লাকপসিগী মথক্ত হৌখিবা মণিপুর সরকার শৈজা মিনিষ্টিগী মতমদা কাংলাগী থাং-ভ-পাং তৌথোকপবু অমুক ফুনজল হন্দুনা লৈবাক্কী থম্মোযদা অকনবা চৈনা পীবা হৌখি। লৈপাক্কী অথণ্ড অইহশিংনা কাংলাগী অশেংবা ফিভম লাইফমশিং, ভমথৈনা চিংবা ফোংদোকনদুনা কাংলাবু মতীকচানা ওংকশেন্দুনা থম্বগী সরকারদা ভংতনা ওয়াকৎখি। মতুং ইননা চৎখিবা চহীগী ওক্টোবর থাগী তাং ২৪ দা কাংলাবু মীহৌরোলগী অথম্নবা নীংশংনিঙায় ওইবা লমলেন অমা ওইনা থম্বগী ভারত সরকারগী Archaeological Survey of India ডিপার্টমেন্টনা মণিপুর সরকারদা চেরোল অমনা থণ্ডহল্লকখি। মদু

লৈহাক মীয়ামনা ভয়ামনা ওকখ্রে।

ওয়ারোল অসিগী মতুং ইননা হায়বা তায়বদি (১) ২ সুবা আসাম রাইফলস্ লাম্বীশিং মফমছুদগী পুখোকখিবা তায়। (২) হৌখিবা মণিপুর সরকারনা কংলাগী শরুক থরা তৌখোক্তনা থাংজপাং কুনজন্দুনা Bus Parking ওইননবা শেমখিবা অমদি কাংলা পার্ক শেমখিবশিং অসি অমুমনা তৌফম থোকই হায়বছু সিনবা তারে। (৩) মণিপুর সরকারনা এসেমব্লী সন্তলেন শাননবা য়ুম হৌখিবা অছু কুক্তোক্পা তায় (৪) থাংজপাংনা কোল্লিবা নোংপোক নোংচুপতা চাওরাকনা মিটার ৫০০ অমসুং থা ওয়াংদা মিটার ৪৪৩, লমগী area না চাওরাকপা বিঘা ১৬৬ না ওইরিবা মফমসি চেকপন নাত্রগা বেরা খাহুনা থম্বগী মথৌ ওইরে। মতৌ অসুমনা মমুংগী লাইফম তিনফম পোং চৈ করিমতা তেকহন কায়হন্দনা ডাক শেন্দুনা থমলবদতা কাংলাবু মতীক চ না থমলে হায়না লৌগনি। কাংলানা কোনবা লমপাক অসি নোংপোক ভমথৈরোমদাগী হায়রগা থাংজপাং কোন্দুনা উখ্রুল লম্বী ফাউখিব্রদাগী নোংপোক সনাথোঙ, নোংমৈপুং অমসুং ওয়াংথৈ লম্বী খায়খিবদহুগী থা রোমদা থেকলক্তুনা শনসেন থোং লান্দুনা কৈসাম্পাং লমখাইদগী থেকচন্নক্তুনা খা-গী ভমথৈগী লোইহুনা নোংচুপ সনাথোঙ লাল্লগা খুয়াথোংদগী নোংপোক লোমদা থেকচন্নক্তুনা অওয়াং ভমথৈদা, ডিমাপুর রোড্ লমথাই শোকনা মিয়ুথোং লান্দুনা উখ্রোল লম্বীগী চিথেক অহু ফাউবা ওইফম থোকই।

মৈদিংগু নাউফংবগী হাকদক্তা (খুঃ ৪২৮—৫১৮) লৈরম্বা অথাংবম লাইবা কৌবা মাইচৌনা কংলা কয়মনা শাগনি ওয়াকমদা— মাত্রা ওই- গদবনা কোক্লগী হায়খোক, মাত্রা পাগদবনা চৌংথেদগী চৌংথাঙ, মাত্রা মথংনা ওয়াংব্রেনগী উ, মছু পাগদবনা পিত্তমদা হৌবা তুমিংলা উনিংথৌ; মথংনা লাংজিংগী লাংনা পাগদবনা চৌংথাঙগী তাইমরেং; থাঙবুনা 'থেবুচৌংশী উ, উরা হুমদাংনা থাক কয়াংগী ওয়া, কুপনবা ইনা লাংমাইজিংগী চরোং; সনাযুম্বীনা থাংজিংগী উ; থাঙেননা লাংগোনগী— উ— অসিনা- চিংবসিনা ওইগদবনি হায়রি। অহুগা কংলাগী পাকপা শাংবন চিংবাগী ওয়াকমদনা কাংলা শাবগী ওয়ারশীং লমশিং খুহুপ লৌবদি মিং নহা অমুবা অহুগী মথৈ ৩০ না খুহুপ অমা ওইহল্লগা খুহুপ ৪২ না উখুন ওইবা, লৈচংনা খুহুপ ৭, ময়ায় কা-না খুহুপ ১২ কা অনিমনা খুহুপ ৮.৮। কাংলা মথৈনা খুহুপ ২০ মমুংনা খুহুপ ৩২। যুম্বীদি মথক্তা পনখিব্রা মফমশিংদগী লৌরুরগা মমিং পল্লি। মছুদি নোংপোক য়েংথংবদি অতিয়ানে, ওয়থংবদি অতিংকোকনে, নোংচুপ- লোমগী য়েং থংবদি অশীবনে. ওয়থংবদি কোনজিন তিংখোকপনে, নোংপোক খা চিথেক্তি ওয়াংব্রেননে, খা নোংচুপ চিথেক্তি থাংজিংনে; অওয়াং নোংচুপ চিথেক্তি কৌব্রুনে, আওয়াং নোংপোক চিথেক্তি মাজিংনে অসুমনা যুম্বীরেন নিপান যুংগনি হায়রি।

অসুমনা ওইরিবা মীতৈগী কাংলা অসি অসুক্কী মতীক অরুবা মফমনি। লাইফম ১০৮ না লৈপেংতবু ওইহুনা লৈরিবা মীতৈ ইপা ইপুগী খুন্তমনি। অরিবা লাইরিকশিংদা মীতৈগী

কোম্লুং কাংলা অসি তিল্লিকোকতোং লাইমকোন্ কাংলা লিংথৌ ফম্নীরেন কৌই হায়রি। লাইরেন তাউরোইনাগী মথোয় মথক্তা কাংলা শাবনি হায়রি। লৈপাক মনুংদা মথং মথং লাইরেন অমা, থেংগু অমা, গুক লাবা অম, শন অমা; শামু অমা, লাইজাও অমা— অসিনা কাংলাগী মথাদা থারি হায়না তাকলি। মতুংগীদমক কাংলাবু থোন তরেৎ থোল্লাংমৈ কৌইস্লু হায়রি। অমনা অশীবদি তাউ য়োইমাই শারদুনা লৈপাক পুদুনা মমৈবু ময়ামা চিক্তুনা কোয়না লৈরগা 'ক সনা পাথংবনা' ফম্বাল ওইনা কম্নবা মফমবু কাংলা কৌবনি হায়নস্লু তাকলি। কাংলা লম্পাকী মনুংদা য়েক শালাই ৭বী থুঙম মফম ফাউবা লেংনা তাকতুনা লৈরি। কাংলাগী ময়াই চবুক্কী মফম থরতংদা সিদবুং, সনাবুং, মৈ পুং, মি তম পুং, কাংলা মেন— অসিনাচিংবা লুয়া লুরবা লাইফম কয়ামস্লু লৈরিবনি। লাইফম— থোংলমশিং অসিনা তাইবং হকচাং কয়াংকী— শক্তম ওইদুনা অমস্লুং কাংলা মেননা খোইদৌ চুকলী ওইদুনা লৈরিবনি হায়নস্লু থাজনরিবনি। লাইনিংতন নাওরিয়া ফুলো না পোইরৈ মীতৈ সনালৈপাকপু শিথারম্বা মতাংদা—

"কৌব্রুচীংনা লেম্ফুনি কাংলানপ খোইদৌনি।
লোকতাক সনা তেংগোংনি মীতৈ খৌওয়াংয
ওইবনি॥"

হায়না শকপিরম্মি। খাইদৌ চুকলী কাংলা তাওহনবা অমদি লেংহনবা চুমদবনি।

কাংলা উস্রা মনাকমক্তদা ইপুথৌ পাখংবগী য়াতাফম মুংজেন ইকোন অথোইবা ঈশেংফম ওইদুনা লৈরি। লাইয়ামনা তাক শেনদুনা অমথেকম্লু মুংজেং ঈকোননা লেংদোক্তুনা লৈরিবা কাংলাবু তৌথায়দুনা খোইদৌ সাউহনবা ফুনজন্দুনা অনম অহা চুহনবা তৌদনা ইংমা থমক্লগ অতোপপা মফম অমদা নিউ দিল্লী গুমনা অনৌবা কাংলা মিংথোন্দুনা মীতৈ লৈবাক্কী এসেমব্লী সওলেন শাগৎপা চুম মগনি। লাইনিংহন ইবুঙোনা পীরম্বা লাইবোন্দা হায়রিবা—

তেংবানবনা থৌতৈদা অশেংবনি হায়দুনা
ঈশং হায়না থঙনখি লাইগী মরুপ
খিনিবুনা।
ইপুথৌদি পাখংবা তাইবং চিনজাক লোমনদা
শেংথরবা মফমবু থিরকলবা মতমদা
মুংজেং ঈকোন ঈশেংদা যাতরগে লেংশিনখি
শেংংথরবা ঈশেংনি তাইবংচাপা তাকপিখি।
তাইবং মরুপ খিবিকী য়ায়ফ ইবাং খৌবম
লাকপদা
মুংজেং ইকোন ঈশেংনা চাইথবা মতমদা,
ফংত্রা হৌখি মাংগনি তিলকোক লাইকোক
ওইগনি
লাইয়ামশিংনা লেপননা সিদ-যাংং ঈদেননি॥

অসিগী মতুং ইনন লাইয়ামনা লেপনখিবা সিদ য়াথংঈদেনম ঈরননা মীতৈগী কাংলা ইংনা লৈসস্লু, চিকনা লেমনা তাইথোইসন্নু।

--o--

# উল্পীগী লৈবাক

—জি. চোংথা

মহাভারত্কী মতম্দা লৈরম্বা উলূপীগী লৈবাক্ অসু কনায়দনো হায়্বসু লৈমনিংঙাই ওই। মহাভারত্কী আদি পর্বগী অধ্যায়্ ২১২ শুবদা অর্জুনগা উমংদা চংপগী ওয়াপল্লি। অধ্যায় ২১০ শুবদা মহাক্না গঙ্গাদ্বারদা (হৌজিক্কী হরিদ্বারদা) থুংখি[1] অমম্বুং মফম্ অসিগী আশ্রোম্দা বামোনশিংগা লোয়্ননা লৈরিঙৈদা নোংমা মহাক্না গঙ্গাদা ঈরুজনবা কুমথরম্মী। ঈরুজবগা মপা-মপুগী তর্পোণ্ তৌদুনা হোম্ তৌনবগী দমক্ কাখৎকে তৌবা মতম অদুমক্তদা ঐরাবোত্ নাগ্ শাগৈদা পোক্লবা নাগ নিংথৌ কৌরোব্যোগী মচানুপী উলূপীনা মহাক্পু নাগ-লোক্তা পুখি, মসু অসিনি—

"তথা পন্যাকুলে তস্মিন নিবেশে পাণ্ডবর্ষভ:।
অভিষেকায় কৌন্তেয়ো গঙ্গামবততার হ॥
তত্রাভিষেক° কৃত্ব সন্তর্পযিত্বা পিতা মহান।
উত্তিতীর্ষুর্জলাদ রাজন্নগ্নিকার্যা চিকীর্ষয়া॥
অপকৃষ্টো মহাবাহুর্নাগ রাজস্য কন্যয়া।
অন্তর্জলে মহারাজ উলূপ্যা কাময়ানযা॥
দদর্শ পাণ্ডবস্তস্য পাবক সুসমাহিতঃ।
কৌরব্যস্যাথ নাগস্য ভবনে পরমার্চিতে॥
তত্রাগ্নিকার্য্যং কৃতব ন কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়:।
অশঙ্ক মানেন হুত্স্তেনাতুষ্যদ্ধু তাশনঃ॥
অগ্নিকার্য্য° স কৃত্বা তু নাগরাজ সুতাং তদা।
প্রহসন্নিব কৌন্তেয় ইদং বচনমব্রবীৎ॥
কিমিদ সাহসং ভীরু কৃতবত্যসি ভাবিনি।
কশ্চায়ং সুভগে দেশঃ কা চ ত্বংকস্য রাত্মজা॥

উলূপ্যুবাচ

ঐরাবতকুলে জাতঃ কৌরব্যো নাম পন্নগঃ।
তস্যাস্মি দুহিতা রাজন্নলূপী নাম পন্নগী॥"[2]

নাগ্লোক্ অসিদা অর্জুন্ অহিং অতুমা উলূপীগী যুম্দা লেপ্লগা লুমিং থোরকপগা লোয়্ননা কৌরোব্যোগী য়ুম্দগী কাখৎলকখি। উলূপীগা লোয়্ননা অর্জুন নাগ্লোক্তগী অমুক্ গঙ্গাদ্বারদা থুংলৈ। সতী উলূপীনা মহাক্পু মফম্ অসিদা থাদোক্লম্লগা অমুক্ য়ুম্দা ইনখিবগী ওবাশীংথাই[3]।

মথক্কী ওয়াফম্ অসিনা উলূপীগী লৈবাক্ হায়্বদি নাগ লোক্ অসি হৌজিক্কী নাগা পাহাড (নাগালেণ্ড্) অসি নত্তে হায়্বা তশেংনা তাক্ই। গঙ্গাদ্বার্ হায়্বদি গঙ্গাগী থোঙ, হায়বনি। মসি হৌজিক্কী হরিদ্বার্ লমদম্ অসিনি। মহাপ্রস্থানিক পর্বদা দ্রোপদীগা লোয়ননা মচিস্পনাউ মঙানা হোস্তিনাপুর্ থাদেক্লুনা মহাপ্রস্থান তৌরক্লবদা কৌরেব্যো নাগ্গী মচানুপী উলূপী মতম্ অদুদা গঙ্গাগী ঈশিং মনুংদা চঙ্খিবগী ওয়া পল্লি, মসু অসুম্না ইরি—

"বিবেশ গঙ্গাং কৌরব্য উলূপী ভুজগাত্মজা॥"[4]

তৌইশুন্নবুং মসিগী ওয়াফম্ অসি য়ানিংদবা উৎতুনা ড° রমেশ চন্দ্র মজুমদার্[5], শ্রীঅচ্যুত

১) ১। ২১০। ৫-৬॥, ২) ১। ২১৩। ১১-১৮॥, ৩) ১। ২১০। ৩৪-৩৫॥ (৪) ১৭।১।২৭॥

৫) Expansion of Aryan Culture in Eastern India (1968)—PP, 43 45.

চরণ্ চৌধুরী[6] অমসুং শ্রীরাজকুমার ঝাহল সিংহনা[7] নাগা পাহাড়বু উলূপীগী লৈবাক্ হায়্রবদি নাগ্ রাজ্যনি হায়্না মোত্ পীরি। অদুগা শ্রীরামচন্দ্রনা অযোধ্যা লৈবাক্তগী সেতু-বোন্দো ফাওবা লঙ্কা য়ৌনা চংখিবগী উমংচংপগী লম্বী য়াউনা "The Bengal Technical Institutes— Calcutta— 1908" তা "পৌরাণিক ভারতবর্ষ" (সরল কৃত্তিবাস ও কাশীরাম দাসের জন্য সঙ্কলিত) কৌবা লৈরেক্তগী শুখদেব্ সিংহনা ১৯৬১ ইংরেজীগী ওক্টোবরগী থাবান (তারিখ) ১৯দা দিব্রেশ্ তৌহনা য়েকথোকপা লৈরেক্তা নাগা পাহাড়্ অসিবু উলূপীগী লৈবাক্ হায়্বদি নাগ্ রাজ্যনি হায়্না থিল্লি। শ্রীমহেন্দ্র কুমার সিংহনা নাগ্ নিংথৌগী মচানুপী উলূপী অমসুং চিত্রাঙ্গোদা থংনবা লৈবাক্কী মীওইনি অমদি নাগ জাতি নত্রগা নাগাশিং অসি নোংপোক বোঙ্গোগী নোংচুপ্তা লৈখিদে হায়্না মোত্ পীরম্মী[8]। অসিতসু নত্তনা মহাক্না নাগা জাতি অসি নাগ্ কাঙ্লুপ্প অমসুং নাগ্নিংথৌ শেষনাগকী লৈবাক্ অসি মণিপুর্গী নোংপোক্তা লৈরিবা শেষ কামেংনি, ওনোন্তে গী (অনন্তগী) লৈবাক্না নাগা পাহাড়্, বাসুকি নাগ কী লৈবাক্না লুসাই পাহাড়্ (হৌজিক্কী মীজোরাম্) অমসুং তোক্কোক্ নাগ্কী লৈবাক্না তখেল্লি (ত্রিপুরানি) অমদি নাগশিং অসি পাতাল্দা লৈ, অদুগা পাতাল্ লৈবাক্।

অসি য়োক পুর জিলাদগী চোট্টোগ্রাম্ জিলা ফাওবনি হায়্না মোত্ কোঙ্দোক্লম্মী[9]। মসিমসু মহাক্না হায়্রম্মী মহু, নাগা অমসুং থায়নগী মণিপুরী লোন্দা নোঙ্গো (নঙ) ওয়া-হৈগী ওয়াহন্সি থর্মদগী লাকপা জাতি; সংস্কৃত্ পুরাণ্গী মতুংইন্না "নগেভ্যঃ জাতঃ ইতি নাগঃ" হায়্বদি চীংজাওদা লৈবা হায়্বনি[10]। অদুগা অমুক্ মহাক্না নাগ জাতি অসি থোরক্পগী মরীদা অস্নুম্না ইখি মহু, দ্রাবিড়শিংগী লীন্ ঈরাংপা অদু লান্দারক্পা মুচু ভৌবশিংগী মথক্তা অস্নুম্না মখি (প্রভাব) ভাখি, মহু মাখোয়্না ওরিয়েক্ (অরিয়ক্) কৌবা নাগ্ অমা পুথোক্খি। মসিদগী পৌরাণিক্ যুগতা অঙকপা লৌশিং লৈরবা তথ্যায়্মী তথ্যায়্লীন ও ইবা নাগ্ জাতি থোক্খি[10]। তৌইশুমসুং মহাক্না নাগ নত্রগা নাগা ওয়াহৈ থোরক্পগী মরীদা কোঙ্দোক্লম্লিবা অসি চয়েংনবা মওংনি হায়্গদবা ওই। থায়্নগী মণিপুরী শিংনা নাগাবু 'হাও' হায়্রগা থঙ্লৈ (হৌজিক্সু থং নরি), নাগা হায়্বগা থঙ্নদে। ওয়াফম অসি মতাংসু য়ারম্মী[12]। অদুগা থায়্নগী অরিবা মণিপুরী লোনদা (নোঙ্গো) নঙ ওয়াহৈ অসি [illegible] রিবদি নাকা (নাগা), নোং অমসুং নোংকাবা (নোঙ্গাবা) নি। ওয়াহৈ অদুম অসিগী ওয়াহান্দ মথংশীংনা হায়্রদি নাকা (নাগা) ওয়াহৈগী ওয়াহন্না নাপী মনাদা লৈরে হায়্বনি, থায়্নগী অরিবা লোনদা হায়্রগা

(৬) শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত—উপসংহার—মণিপুর—পৃঃ ১০৯, (৭) মণিপুর ইতিহাস (১৯৪৭)—Foot note —লাঃ ২৩; (৮) মণিপুরের প্রাচীন ইতিহাস—পৃঃ ১০, (৯) মথক্কী য়াউফম—পৃঃ ২৯,৮৭; (১০) মথক্কী য়াউফম—পৃঃ ২৭, (১১) মথক্কী য়াউফম্—পৃঃ ২০২১, (১২) মথক্কী য়াউফম—পৃঃ ১৯,

'ময়িম্ লংমাইগী মহীনা খোয়্মা .নাঙা কারে' হায়্বদগী নাকা (নাগা) ওয়াহৈ অসি লাকপনি [১৩]। মসিগী ওয়াহৈ অসিনা করিংম্বা জাতি অমবু থঙ্নদে। নোংগী ওয়াহন্না মুমিৎ, অতিয়া, অতিয়াদা পাইবা ঈশিং মনিল্ নত্রগা লৈচিন্ অমসুং নোংপোক্পু থঙ্নৈ. অদুগা নোংকাবা (নোঙ্গাবা) ওয়াহৈগী শয়াহন্না শিবনি। অদুগীসু মথক্তা নাগা অমসুং নাগ্ ওয়াহৈ অনী অসি করিমত্তা মরী লৈনদে। মরম্ অসিনা শ্রীমহেন্দ্র কুমার সিংহনা হায়্রম্লিবা ওয়াফম্ অসিগী করিগুম্বা ভাক্রো অমত্তা লৈত্তে।

চৌজিক্ নাগা ওয়াহৈ অসি কদায়দগী লাক্পনো অমসুং মিংথোন অসি করম্না ওই-খিবনো মত নৈননিংঙাইনি। অযাম্বা মায়্চৌশিংনা নাগা ওয়াহৈ অসি নোগ্নো ( নগ্ন ) হায়বদি ফী ( শত্তবা ) ওয়াহৈদগী থৈদখিবনি হায়না মাক্ পীনৈ। খরনা হায্ মহু, সংস্কৃত ওয়াহৈ 'নাগ' ( লৌন্ ) ওয়াহৈদগী থৈদখিহনা নাগা ওয়াহৈ অসি ওইখিবনি অমসুং নাগাশিং অসি লৌন ঈরাংলি হায়তনা নাগা কৌরিবনি। মসিগী ওয়াকমশিং অসি চিংননিংঙাই লৈত্তবদি নত্তে। মবমদি নোগ্নো ওয়াহৈদগী থৈদখিহনা নাগা মিংথোন লাকখিবা মতম্ অদুদা ভারত্তা ফীশেত্তবা কাঙ্লূপ্ কয়ামুক্ লৈরম্মী। মখোয়্বুদি করিগী নাগা কৌরম্ দ্রিবনো? ওয়াফম্ অসি থম্মনিংঙাই ওই। অদুগা নাগা কাঙ্লূপ অসি লৌন ঈরাংপা জাতি অমসু নত্তে। মখোয়্গী মমুংদা লৌনচাবসু য়াউই, চাদবসু য়াউই। মরম্ অসিনা নাগাগা নাগ্কা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদে। নাগা ওয়াহৈ অসি Nsga (নসগা) ওয়াহৈদগী লাকপনি অমসুং ওয়াহৈ অসি ইকায়্খুম্মনিংঙাই ওইবা মিংথোন অমনি হায়না আই জেমিনা ( I. geme ) মোত্ কোঙ্দোক্লি। নাগা ওয়াহৈ অসি করম্না ওই খিবনো হায়্বগী মরীদা মহাক্না ওয়ারী অমা পীরি। ওয়ারী অদু মণিপুরী লোনদ শম্নপা ইজরি—

"মতম্ অমদা কাছাডী নিংথৌ অমা অওয়া লৈবাক্তা লৈরিঙৈদা শামুঙৌ অমগী মপান্দগী য়াম্না ইনাক-কৈয়াক্ থুম্লম্মী। মফম্ অদুগী অতৈ ঔযা নিংথৌশিংমা কল্লক্নুনা মহাক্কী মথক্তা। লান্দাহনা মহাকপু মায়থীবা পীরগা মতাকী শামুঙৌ অদু মুনবিহোরে। পাম্বৈ লৈত্র হনা কাছাডী নিংথৌ অদু নাগা চীংজাও য়োম্দা চেল্লক্নুনা পউনা [ Pauna ] চীংজাওগী মনাক্তা লৈবা বেনরিউ ( Benrew ) লম্দম্দা লৈহনা মফম্ অদুগী মীওইশিংদা মহাকপু ভাকপী শেনবিনবা হায়জরম্মী। কাছাডী নিংথৌ অদুবু য়েমা ( yema—ডিমা ) ভূরেল্ মপান্দা লৈহল্লম্মী। মতম্ খর লৈরগা হাও মযাম্ খোম্লগা তেঙ্গোল অমা শেম্লে। তেঙ্গোল্ অদুগী লাঞ্জিংলেনদি কাছাডী অমনা ওইরম্মী। কাছাডীশিংবু Naga হায়্না মিংথোন্ পীরম্মী।

হাও লাম্মীশিংনা ঔওবা নিংথৌশিংগী মথক্তা লান্দাহনা মায়থীবা পীথি অমসুং শামুঙৌ অদু পুহনা হল্লক্খি। লাঞ্জিংলেম্না লানঙম্বগী পাউমী অমা থারম্মী। পাউমী অদুনা শেরাম্না নিংথৌগী

১৩। শ্রীনিংথৌখোংজম্ খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা— নাউথিং খোং ফম্মাল কাবা ( ১৯৬৭ )— ২, লাঃ ১

মকমুদা হজৎলুবদগী নিংথৌনা লাঞ্জিং লেম্বা পোথাহুনা লৈরিবা পউনা ( Pauna ) লমমদা লেংঙহুনা তুম্বিবা লাঞ্জিং লেন্নগী মন"দা মৈ ঈরুবা যোৎনা নম শিন্নম্মী। মহুদগী কাছাড়ীশিং অহু কাঙলুপ আনী থোকৃখ্রে। লাঞ্জিং লেনগী কাঙলুপ্পু Burma Kachari ( হৌজিক্তি বর্মন ), অহুগা অতোপ্পহুনা ডিমাছা কাছাড়ী হায়না খঙনখ্রে। কাছাড়ীশিংনা কাগ্মীশিংবু (হাওলাম্মীশিংবু ) নাগা হায়না কৌনৈ হায়বদি নহা লাম্মী (young warrior) হায়বনি"।[১৪]

মথক্কী ওযাফম্ অসিদগী খঙবা ঙমই মতু, নাগা ওয়াহৈ অসি Nsga ওয়াহৈগী লোইন্তৈনি অমসুং মাসিগী ওয়াহন্দি মচা লাম্মী নত্রগা লাম্মীবু খঙৈ। ওয়াহৈ অসি কাছাড়ীশিংনা থোনবা মিংথোন্নি। অহুমদি ওইরবদা ওয়াফম্ অসি করাম্বু য়াম্না চুম্বা মতু থিজিন্নিংঙাইনি। অহুগা মসিমাদি তশেংনা হায়বা ঙমই মতু, নাগ্ নত্রগা নোক্সো ( ওয়াহৈদগী নাগা ওয়াহৈ অসি থোরকপা নত্তে। করিগুম্বা নাগা ওয়াহৈ অসি নোগো ওয়াহৈদগী লাক্লমদম্ব মাসিমদি ঐখোয়না তশেংনা হায়রা ঙমই মতু, নাগ্কা নাগাগা করিগুম্বা মরী অমত্তা মরী লৈতদে।

হৌজিক নাগ্লোক অসি কনায়দা অমসুং নাগ্শিং অসি অতৈ করম্ করম্বা মকমদা লৈখিনগে হায়রহু নৈনহুনা য়েংসি। মহাভারতকী মতুংইন্না গঙ্গা তোর্বান্দা প্রমাণ কোটি কৌবা মকমদা লৈহুনা প"ঙ্গোব অমসুং কৌরোবশিংনা শান্নহুনা লৈবিঙৈ মতম্দা দুর্যোধনোয়না ভীমবু হু পীজহুনা গঙ্গাদা থাদখি অমসুং ভীম্ অশিনগুম্ লুপ্থিহুনা নাগলোকৃত্তা চৎখি। মকম্ অহুদা ভীম্ তুমিং নিপান্নিরোম লৈরমগা লীনশিংনা ( নাগ্শিংনা ) মহাক্পু পুহুনা মিকুপ্ অমগী মন্নুংদা প্রমাণ কোটিদা থুংখিবগী ওয়া শীংথাই [১৫]। গঙ্গাগী অওয়াং-থংবা তোর্বান্দা মশীং য়ান্নবা নাগ্ ভোবোন্ লৈবগীওয়া মহাভারত্তা পল্লি, মতু অমুম্না ইরি—

"বহূনি নাগবেশ্মানি গঙ্গায়াস্তীর উত্তরে।
তত্রস্থানিশং স্তৌমি মহতঃ পন্নগানহম্॥"[১৬]

অর্জুনা গন্ধমাদোন্ চৌংঙাওগী নোংপোক্তা লৈবা নাগশিংনা ভাক্লিবা লৈবাক্পু, জোর্ তৌপিবগী ওয়া শীংথাই [১৭]। তোক্কোক্ ওশ্নোসেন্ অমসুং তোক্কোকী মনাও অতোন্না শ্রুতোসেন্ কুরুক্ষেত্রদা লবগী ওয়া পল্লি [১৮]। মথোয় অসি নাগ ( লীন্ ) ভাক্তনি। কাশ্মীর লৈবাক্তা তোক্কোক্ নাগকী লৈফম্নি অমসুং থাস্তোব বোনদম্ব মহাবা পৈহংয় লৈখিবগী ওয়াসু শীংথাই [২০]। কুরুক্ষেত্রগী ঙম"থদা লৈবা লাইকমশিংগী মমিং শীংথাংকৃপদা শাল্লকী তুহেনগা থৎংনা নাগ্কীং লৈবগী ওয়া পল্লি [২১]। মোগোধকী কোহুং গিরিব্রজগী

১৪। Editor- D S Vashishtha- The Highlanders ( 1970-71 )—Kohima College, Kohima (Nagaland)-Written by I Jeme— 'Naga' an honourable name—pp. 15-17, (১৫) ১।১২৭—১১- অধ্যায়॥; (১৬) ১।৩।১৩৩।, (১৭) ৫।২৮। ৮৭ কী মমুংদা যাউনা শিলোক।, (১৮) ১।৩।১০৯,৭২॥, (১৯) ০।৮১।৮॥, (২০) ১।২২২- ১১ অধ্যায়। (২১) ৩।৮৩।১৩-১৪॥.

লম্‌দম্‌দা ওর্ধর্ক্‌দ্‌ অমসুং শোক্রোধাপী নাগ্‌শিং লৈশি। অদুগা মফম্‌ অসিদা খোস্তিনাগ্‌ অমদি মণিনাগ্‌কী অথোয়্‌বা ভোবোন্‌ লৈবগী ওয়াসু শীংথাই[22]। গঙ্গা অমসুং যমুনাগী ঈতিন্‌ফম্‌ প্রয়াগ্‌তা ভোগোবোতী কৌবা নাগ্‌ নিংথৌ বাসুকিগী অথোয়্‌বা লাইফম্‌ লৈ[23]। ভোগোবোতী তীর্থ অসি প্রয়াগ, দেবারোণ্যো, কৌশিকাশ্রোমগা থংননা পল্লি[24]। অদুগা নাগ্‌ নিংথৌ বাসুকিগী ভোগোবোতী কৌবা নোগোর অমা লমদম্‌ অসিওয়াইদা লৈখিবগী ওয়াসু[25] শিংথাই। অগ্নিপুরাণ্‌গী অধ্যায়্‌ ১০৯ দা দেবিকা তুরেল, বিনোশোন তীর্থ, কুরুক্ষেত্র, ওঘার্দো, কুমার কোটি তীর্থগা থংননা নাগোদ্ভোদ তীর্থ পল্লি। অধ্যায় ১১১গী শিলোক্‌ ৫ দগী ১২ ফাওবদা প্রয়াগ্‌তা ভোগোবোতী তীর্থ লৈ। হায়্‌রিবা প্রয়াগ্‌ তীর্থ অসিদা বাসুকী নাগকী লৈফম্লি। মফম্‌ অসিদা ভোগোবোতী তীর্থ, হোংসো প্রোপোতোন্‌ তীর্থ লৈবগী ওয়া শীংথাই।

শ্রীমহেন্দ্র কুমার সিংহনা[26] কাছাড জিলাগী মপুংদা চল্লিবা বোরাক্‌ তুরেনবু পাতাল্‌দা চন্‌বা ভোগোবোতী তুবেল্লি হায়্‌না মোত পীরম্লিবা অসিগী কারিগুপ্বা ভাক্লো অমত্মা লৈতে হায়্‌বা মথক্কী ওযাফম্‌ অসিনস্তু প্রমাণনি। মহাভারত্‌কী মতুংইন্না গোমোতী তুরেল্‌ তোর্বান্দা নাগ্‌পুর্‌ কৌবা নোগোর্‌ অমা লৈ। মফম্‌ অসিদা নাগ্‌ নিংথৌ অথোয়্‌বা নাগ্‌ পোদ্মোনাভোগী লৈফম্লি হায়্‌না পল্লি[27]।

বোলোরাম্না তৈথোবোন্দোগী সরস্বতীগী খা তোর্বান্দা চৎখিদুনা নাগধোন্বা কৌবা তীর্থদা থুংখি। মফম্‌ অসিদা নাগ্‌ নিংথৌ বাসুকি অমসুং অয়াম্বা নাগ্‌শিংগী লৈফম্লি। মসিদা লাইয়াম্‌শিংনা হাক্তুনা বাসুকিবু লীন্‌শিংগী নিংথৌ পুক্তম্‌দা লৈহনখিবগী ওয়া শীংথাই[28]। অদুবু মহাভারত্‌ মশামক্তা থেম্লবা খরদি লৈবা উই, মদু অসিনি—গরুড়্‌না খা মায়্‌কৈদা লৈবা লম্‌দম্‌ শিংগী মশিং শীংথারকপদা লীন্‌নিংথৌ বাসুকি, তোক্ষোক্‌, ঐরাবোত্‌নচিংবনা ভাক্লিবা ভোগোবোতী কৌবা নোগোরদু পল্লি[29]। সোগোর্‌ নিংথৌগী মচাশিংনা শগোল্‌ থিরকপদা বোরুণ্‌গী লৈফম্‌দা লৈপাক্‌ তোদুনা য়েংবদা ফংত্রে। অদুদগী অওয়াং—নোংপোক লৈবাক্তা পাতাল্‌ ফাওবা লৈপাক্‌ তৌবদা কোপিল্‌ মুনিগী মনাক্তা শগোল্‌ অদু ফংখিবগী ওয়া শীংথাই[30]। গরুড়না গালোব্‌ মুনিদা খা মায়কৈগী লম্‌দম্‌শিং শীংথারক্‌পদা সোগোর্‌ মচাশিংবু তুমহন্‌খিবা কোপিল্‌ মুনিগী লৈফমসু য়াউখি[31]। মহাত্মা কোপিল্‌গী তীর্থ অসি সোপ্তোর্ষিকুণ্ডগী মনাক্তনি হায়্‌বা মহাভারত্তা পল্লি[32]। মসিগী তীর্থশিং অসি সংস্বতীগী খাদা দৃষোদ্বোতীগী অওয়াংদা কুরুক্ষেত্রগী মপুংদনি

(২২) ২। ১১। ৯॥; (২৩) ৩। ৮৫। ৮৩-৮৬॥: (২৪) ৫। ১৮৬। ৩৭॥, (২৫) ৫। ১০৩। ১-৩॥, (২৬) মণিপুরের প্রাচীন ইতিহাস—পৃঃ ১২-১৩, ৮৭; (২৭) ১২। ৩৫৫। ২৪॥, (২৮) ৯। ৩৭। ২৭-৩২॥, (২৯) ৫। ১০৯। ১৯;। (৩০) ৩। ১০৭। ২৭-২৯॥; (৩১) ৫। ১০৯। ২৭[১]।, (৩২) ৩। ৮৩। ৭২ ৭৪॥,

হায়্বা বোনপর্বগী অধ্যায়্ ৮৩ দা ময়েক্ শেংনা ইধি। কুরুক্ষেত্রগী ওমথৈদা লৈবা তীর্থশিংগী মমিং শীংথারকপদা নাগ্তীর্থ অসি শালিকিনী তুরেল্, তোরোন্তুক্, পোঙ্কোনোদ, কোটি তীর্থ ওখিনী কুমার অনী, বোরাহো তীর্থনচিংবগা থংবনা পল্লি[33]। গঙ্গাদ্বার, কোটি তীর্থ, সোপ্তো তীর্থ, ত্রিগোঙ্গো, শোক্রাবোর্ত্তো, কোপিলাবোট, লোলিতোক্ তীর্থ অমসুং প্রয়াগ্ তীর্থগা থংননা নাগ্নিংথৌ মহাত্মা কোপিল্গী ফাওরবা নাগ তীর্থ পল্লি[34]। ভীষ্ম পর্বদা লীন্শিংগী (নাগশিংগী) লৈফম্ নিষোধগিবিদনি হায়্না শীংথাই[35]।

রামায়ণদা সুগ্রীবনা থা মায়গৈদা লৈবা লমদম্শিংগী মমিং শীংথারকপদা লীনশিংগী কোঙ্গুং ওইরিবা ভোগোবোতীমু য়াউখি[36], সোগোর্ মচাশিংনা রোসাতোল্দা চংখিত্তুনা মখংশীংনা নোংপোক, থা, নাংচুপ্ অমসুং অওয়াংলোমদা লৈপাক্ তোরম্মী। অরোয়বদা অওয়াং-নোংপোক্তা লৈপাক তোবদা কোপিদ মুনিগী লৈফম্ ফংলম্বগী ওয়া শীংথাই[37]। বালকাণ্ডগী সর্গ ৪০ শুবা ভাগীরোথনা স্বর্গদগী গঙ্গা পুথরক্লগা সমুদ্র মনাক্ (য়ীরবদা মপা-মপু শিংবু লাম্নবগীদমক্ (উদ্ধারবগী দমক্) রোসাতোল দা পুখিবগী ওয়া শীংথাই[38]। সর্গ ৪৫ দা গঙ্গাবু পুত্তনা ভোগীরোথ্না সমুদ্রগী মনাক্তা চংত্তুনা লৈপাকী মনুংদা চঙ্খ্রগা উৎ ওইখিব্রা মপা-মপুশিংগী মকমদা থুংখিবগী ওয়া পল্লি[39]।

অহুগা হরিবংশগী হরিবংশ পর্বদা সোগোর মচাশিংনা শগোল্ পুত্তনা কোয়্না কোয়্না চংলিউভেদা থা-নোংপোক্ সমুদ্র তোর্থাঙ্গা কনা-শুম্বা অমনা শাগোল্ অত্তু হুত্তনা লৈমুংদা থোং-খিবগী ওয়া পল্লি[40]। মফম্ অসিদা লৈপাক্ তোত্তুনা কোপিল্ মুনিগী লাইনিং ফম্ফংখি[41]। বিষ্ণু পর্বগী অধ্যায় ২৬ তা শ্রীকৃষ্ণ, বোলোরাম অমসুং অক্রুরগা লোয়্ননা বজ্রদগী মোথুরা চৎলা লাকপা লম্বীদা যমুনা তোর্বান্দা অক্রুরনা যমুনাগী পাংত নাগনিংথৌ ওনোন্থোবু (অনন্তবু) থুরুম্বগী ওয়া পল্লি। মফম্ অসি নাগ্নিংথৌ অনোন্তোগী অথোয়্বা পাংনি হায়না শীংথাই[42]। হায়্রিবা যমুনাগী পাং অসিদা অক্রুরনা মুপথ্রগা রোসাতোলগী নাগ-লোক্ অমসুংনাগনিংথৌ শেষপু দর্শন তৌখিবগী ওয়া পল্লি[43]। মসিগী পাংঅসিবু ভাগোবোত্ পাং হায়নমুথওৈ[44]। ভবিষ্য পর্বদা নিংথৌ বোলিনা গঙ্গা-যমুনাগী মরক্তা হায়্বদি প্রযাগ তা যজ্ঞ তৌরিউভেদা শ্রী বিষ্ণুনা বামোনগী শক্তম্ লৌত্তুনা মহাকপু (বোলিবু) মফম্ অসিদা পাতালদা (রোসাতোলদা) নন্থখিবগী ওয়া শীংথাই[45]। অগ্নি পুরানগী অধ্যায়৫গী শিলোক ১দগী ১৪দা দৈত্য নিংথৌবু বোলিনা গঙ্গাদ্বারদা যজ্ঞ তৌখি। মফম্ অসিদা শ্রীবিষ্ণুনা বামোনগী

---

(৩৩) ৩। ৮৫। ১০-৯৮॥, (৩৪) ৩। ৮৪। ২৭-৩৫॥; (৩৫) ৬। ৬। ৫২॥; (৩৬) ৪। ৪১। ৩৬॥; (৩৭) ১। ৪০। ২৪-২৫॥, (৩৮) ১। ৪০। ৩৯-৪০॥, (৩৯) ১। ৪৪। ১॥, (৪০) ১। ১৪। ২২॥ (৪১) ১। ১৪। ১০-১২॥, (৪২) ১। ২৬। ৪৬॥, (৪৩) ২। ২৬। ৪৮-৪৯॥, ২। (৪৪) ১৬। ৬৭॥, (৪৫) ৩। ৩১। ৫-১৭॥,

শায়োন্দা যোলি নিংথৌবু সুভোল, লোক্তা নম থখিবগী ওয়া পল্লি।

মথক্কী ওয়াফম, কয়ামুক্ অসি নৈনরুবগা থঙ্বাঙম্ক্ত মহু, হরিবংশ মন্তনা মহাভারত অমসুং রামায়নগী মোত্মতুংইন্না সোগোর মচাশিংনা কোপিল্ মুনিগী আশ্রোম ফংখিবনি অমসুং নাংপোক্ লমদম অসি হরিদ্বার, কৈলাশ চীংজাও, মানোস সোরোবোর নচিংবা মায়কৈদানি হায়গদবা ওই। মহাভারতকী সভা পর্বদা মোয়দানোবনা অর্জুন্দা যুধিষ্ঠিরগী সভা শান্নবগী দমক্ গোদা অমসুং দেবোদোত্তো কৌবা মোইবুং নচিংবা কৈলাস চীংজাওগী অওযাং থংবা শকক্তা মৈনাক চীংজাওগী মনাক্তা লৈবা মানোস সোরোবোরগী লৌত্তনা পুরকনি হায়রম্মগা মোয়াম্বর অওয়াং-নোংপোক পাংনা চংখিবগী ওযা শীংথাঙ[৪৬]।

হরিবংশগী ভবিষা পর্বদসু কৈলাস চীংজাওনা লৈরিবা মায়কৈ অসিবু অওযাং-নোংপোক লম্দম্দা লৈহল্লি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ না যাদোবশিংগী মফম্দা কৈলাস চীংজাওদা চংকনি হায়রম্মগা গরুড় তোংদুনা অওযাং-নোংপোক্ লম্দম্দা চংখিবগী ওয়া শিংথাই [৪৭]। অদুগা রামায়ণগী বালকাণ্ডগী ৪৩ অমসুং ৪৪ শুবা অধ্যায়দা ভোগীরোথনা স্বর্গদগী গঙ্গা পুথরক্লগা সমুদ্র মনক্তা চংদুনা লৈপাক্কী মনুংদা চংখিদুনা উংগুইখিবা মপামপুশিংগী মফম্দা (পাতালদা) থুংখিবা অমসুং হরিবংশগী হরিবংশ পর্বদা সোগোর মচাশিংনা খা নোংপোক্ সমুদ্র ভোর্বান্দ লৈপাক্ তোদুনা কোপিল মুনিগী আশ্রোম্ ফংখিবা মফম অসি মহাভারতকী মতুং ইন্না কৌশিকীগা গঙ্গাগা তিন্নফম্দগী পংলাপ লাপ্তনা গঙ্গাগা সমুদ্রগা তিন্নফম্ অদ্বাইদনি [৪৮] হায়গদবা ওই। ওয়াফম্ কয়ামুক অসিনা করিগুম্বা লম্দম্ অমদা কোপিল্ মুনিগী আশ্রোম্নি হায়রুবা লৃনা থোক্ই। অদুম্দি ওইরবদা নোংপোক ভারত্তা কোপিল্ মুণিগী আশ্রোম অমসুং নাগশিংগী লৈফম্ পাতাল্ লৈখিদে হায়বা মথক্কী ওয়াফম্ কয়ামুক্ অসিনা তশেংনা তাক্লি। শ্রীঅচ্যুতচরণ চৌধুরী[৪৯] শ্রীমহেন্দ্র কুমার সিংহ[৫০] অমসুং শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহনা[৫১] কোপিল মুনি লাইনিং থিবা মফম্ অসি হৌজিকী কাছাড় জিলাগী মনুংচনবা বদরপুর জংশনগী মনাক্তা লৈরিবা সিদ্ধেশ্বোর তীর্থ অসিনি হায়না মোত্ত পীরম্মী। অদুগা শ্রীমহেন্দ্র কুমার সিংহনা কাছাড়গী মনাক মক্তদা মরুওইবা পাতালনি হায়না মোত্ ফাঙদোক্লম্মী[৫২]। মখোয়না পীরম্লিবা মোত্ অসিগী করিগুম্বা যুক্তি অমত্তা লৈতে। কাছাড়গী বদরপুরগী মনাক্তা লৈরিবা সিদ্ধেশ্বোর তীর্থ অসি কোপিল মুনিগী লাইনিংফম্নি হায়রিবা ওযাফম্ অসি উনকোটী তীর্থ মাহাত্ম্য, অথ বরবক্র মাহাত্ম্যং নচিংবা পুরাণ কয়াদগীনি। মসিগী মরীদা শ্রীউপেন্দ্র চন্দ্র গুহা মহাক্কী 'কাছাড়ের ইতিবৃত্ত' কৌবা লাইরিক্কী

---

(৪৬) ২।৭।৯॥; [৪৭] ৩।৭৬।৮-১০॥; [৪৮] ৩।১১৪।১-২॥; [৪৯] শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত—১ম ভাগ-৯ম অধ্যায়—পৃঃ ১২৬ ১২৭, [৫০] মণিপুরের প্রাচীন ইতিহাস—পৃঃ ৮৭ [৫১] কাছাড়ের ইতিবৃত্ত—১ম অধ্যায়—পৃঃ ৮; [৫২] মণিপুরের প্রাচীন ইতিহাস—পৃঃ ৮৭।

'গ্রন্থে বর্ণিত কয়েকটি বিষয়ের আলোচনা ও সংশোধন' গী (১ম অধ্যায) মতাংদা পুরাণশিং অসি কয়ামুক প্রমাণ ওইবা য়াবা মতু থিজিন্নিংঙাইনি হায়না চিংনবগী মওংদা ফোঙ্দোক্লম্মী অমসুং পুরাণশিং অসি থা-শ্রীহট্টগী মফম কয়াদা ফংবা থ্রিদগী লৌখৎপনি, মতু অসুম্না ইরি—

"শ্লোকগুলি দক্ষিণ শ্রীহট্টস্থ বিভিন্ন হস্ত-লিখিত প্রাচীন পুথি হইতে সংগৃহীত। শ্লোকগুলি প্রামাণিক কিনা অনুসন্ধান যোগ্য।"

শ্রীব্রীজ ভূষণ শর্মানা হরিদ্বার হায়রিবা মফম্ অসি অর্জুন্না উলুপী লৌখিবা মফম্নি অমসুং মমাঙ্তৈদা কোপিল মুনিনা লাইনিংখিবা অমদি মফম্ অসিবু কুপিল্ নত্রগা কপিল্ কৌরম্মী হায়্না মোত্পীরি, মতু মশাগী অইবা লোনদ অসিনি—

"According to the Mahabharata, it was here that (Hardwar) Arjuna, during his exile, met Ulupi the beautiful daughter of Vasuki king of Nagas, married her and lived here for some dav The sage kapila is also said to have done penence near by whence the town (Hardwar) in ancient times was called Kupila or Gupila".

অসিতসু নত্তনা তৈমুরনা (তাইমুরনা) ভারত্তা লান্দারকপা মতম্দা হরিদ্বারবু পাঙল্শিংনা কুটিল (Kutila) কৌরম্মী হায়রমু থঙ্বা ওমই[৫৮]। ওয়াফম্ কয়ামুক্ অসি নৈনকম্নবদি উলূপীগী লৈবাক হায়বদি নাগ্রাজ্য [নাগ লোক] অমসুং কোপিল মুনিগী আশ্রোম অসি হরিদ্বার নত্রগা মনাক্ওয়াইগী লমদম্ অদ্বাইদনি হায়-গদবা ওই। শ্রীব্রীজ ভূষণ শর্মানা উলূপীবু নাগ নিংথৌ বাসুকিগী মচানুপীনি হায়্না পীরি। তৌইগুম্বসুং মহাভারত্ মশামক্তা কৌরোব্যো নাগ্কী মচানুপীনি হায়্না পল্লি, মতু অসিনি—

"ঐরাবতকুলে জাতঃ কৌরব্যো নাম পন্নাগঃ।
তস্যাস্মি দুহিতা রাজন্নুলূপী নাম পন্নগী॥"[৫৯]

মসিগী মরীদা মহাভারতকী অধ্যায় কয়াদসু শীংথাই। ডক্টর পদ্মেশ্বর গগৈনা হৌজিক্কী হরি-দ্বারগী লমদম্ অদ্বাইদা উলুপীগী লৈবাক হায়বদি নাগরাজ্যনি হায়্না মোত্পীরি। ওয়াফম অমনা ভারতবর্ষদা নাগ শাগী নিং-থৌশিংনা পানখিবগী ওহাবীকয়া ফংই। মমাঙ্-তৈদা ভারতকী মফম্ কয়ামুক্তা মরূওইনা অওবাং ভারত অমসুং মযাগ-ভারত্তা খৃষ্টগী চাশীং হৌগৎলক পরোম্দগী হৌরক্না মতাংগী চাশীং-রোম্ফাওবা নাগশিংনা পান্নখিগীওয়া কোন্না কোম্পাক্, নুংতুম্, নুংপাক্নচিংরদা ইরম্বদগী থঙবাঙম্ই। মাথুরাদা কুষান্শিংনা পান্নবগী

[৫৮] Editor Khushwant Singh- The Illustrated weekly of India, Vol Xcvii 37 September 12-18 [1976] Brij Bhushau Sharma's article Hardwar In History- p 19, [৫৯] মবঙী য়াউফম- p 19, [৫৯] ১।২১৩।১৮॥, [৫৬] অসমত প্রচলিত পৌরাণিক আখ্যান সমূহর মূল বিচার- পৃঃ ৮-৯,

মতুংদা নাগ্‌শিংনা পাল্লম্মী। পুরাণদগী খঙ্‌বা ঙম্‌ই মত্থু, বিদিশা, পোম্মাবোতী, কান্তিপুরী অমসুং মোথুরাদা মতম্‌ অমদা নাগ্‌শিংনা পাল্লম্মী। নাগ্‌ভোট্রো, মোহেশ্বোর নাগ্‌ ভোবো নাগ্‌ নাচিংবা অকাওবা নাগ শাগৈগী নিংথৌশিংগী মমিংপন্‌বা হাই। ভোবোনাগ্‌কী চাদনাউদাগী নিংথৌশিংনা লাঙ্গোই শাগোল্‌ মঙম্‌-ওরাথক পাংথোকখি অমসুং মথোয়গী মরাইবক্তা মশাগী মপাঙ্গল্‌ মথৌনানা থুত্থুম্‌ চক্লক্‌পা ভাগীরোথী-গঙ্গাগী ঈশিংনা মথক্তা চায়্‌থরম্মী। খৃষ্টগী মরিগুবা চাশীংদা চন্দ্র গুপ্ত অনীগুবনা নাগ্‌নিংথৌগী মচানুপী অমবু লুহোংনবগীদমক্‌ হায়জরম্মী। স্কোন্দো গুপ্তগী মতমদা নাগ্‌ ফম্নাইবা (অন্তর্বা) অমনা গঙ্গাগী দোওয়াব্‌তা পাল্লম্মী[৫৭]। মসিগী মরীদা নাগপুর, ছোটো-নাগ্‌পুর, মসিশিং আসি মৈহৌরোনগী ওয়া লৈরম্বা য়াই। অদুবু হৌজিক্‌ ফাওবা মসিগী মরমদা করিগুম্বা মঙাল্‌ অমত্তা ফংত্রি। মরম্‌ অসিনা নাগা পাহাড় অসি উলূপীগী লৈবাক্‌ হায়্‌বাদি নাগ্‌রাজ্য নত্তে, মসি হৌজিক্কী হরিদ্বার নত্রগা মনাক্‌ওয়াইগী লম্‌ অদ্বাইদুনি। *

* ওয়ারেং অসিঐনা ফোঙ্‌ত্রিবা "মণিপুরগী মমাঙ্‌লৈঙগী মিংথোন্‌" হায়বা খুন্নিদগী লোথোক্‌চবনি। ওয়ারেং অসি থর শম্না ইজরে।

[৫৭] Hem Chandra Raychoudhri— Political History of Anciant India - 99 480-481 ;

# তাখেলগী নিংথৌবু মহারাজ উপাধি

—রাজকুমার কমলজ্জিৎ সিংহ

রাজতন্ত্র মুথত্তু্‌না মায়গৈ পুন্নমকতা য়ায়ফরবা গণতন্ত্রগী ফিরান হায়গত্তু্‌না পায়রিবা মতমনি। অমসুং তমথিরবা একনায়কতন্ত্র নী হায়দুনা মাযোকনাদুনা থাংলিবা থোংথাংদা ওযাখন তাদনা চৎলিবা মতমসিদা নিংথৌপানবা লৈপাক্কী নিংথৌরোলসিংগী রাজা, মহারাজা উপাধী সিংহাসনদা ফম্বা, ফমদবগী ওযা লৌদুনা নৈনবা মতম চাদে। মতম চাত্রবসু মমাঙৈগী ত্রিপুর নী কুপশিন্দুনা লৈথ্রবা থৌদোক কয়াগী ইতিহাস, ইরাঙ্ক মতমদা নিংথৌসিংগী রাজনৈতিক অধিকার ১সুং মর্য্যাদাগী মরমদা লোক্কথিব্রা থৌদোকশিং নৈননিডায লৈতে হাযবা য়াদে। ভারতকী নিংথৌশিংনা পেরামাউন্ট ইংরাজবু রাজচক্রবর্ত্তীনি হাযনা লাওজরবসু ইংরাজ সরকার দেশীয রাজন্যবর্গনা মথোয় মশাগী ফংফম থাকপা সম্মান ১সুং মর্য্যাদাগী মতমদা ইংরাজফি অতম্বনি, রাজশক্তি পাযরিবনী হায়বা নিংশিংহনবাগুম মওোংচাত্রবা থৌদোক কয়া থোকহল্লী মতমত্তগী ইংরাজ সরকার মপুংফাবা বক্ষণশীল ১সুং সাম্রাজ্য বাদীমকনি হায়বত্তনী।

মথোয়গী শাসননীতি পুন্নমক ভারতকী দেশীয় রাজ্য পুন্নমকনা ঈনগদবা, লৌগদবাণী হায়রনী ইংরাজ সরকার ১সুং কর্মচারী শিংনা পামজবা অমনি। তখেন নিংথৌ বীরচন্দ্র মানিকা

লোংচুপকী অসিগুম্বা নীতি লৌনিংদবা পামদবা নিংথৌ অমনি। থোয়দোকনা মহাক্কী মথকতা অতৈ কনাগুম্বানা খুং থিংজিনগে হোংবারশি খোয়রাং থোয়শাবা ওয়। অদুবু মতম মতমদ থৌদোকক্কী মতুং ইন্না য়ানিংব্রবস্থু স্নাথি। মহারাজকী স্না হাকতকতা "Coronation" ইংরাজী ওয়াহৈশি লৌহুনা অচৌবা ওয়াথোকস্থু ওয়খি। ইংরাজ গভর্ণমেণ্টনা হায়রি Crown দগী Coronation লাকপনী। ময়মসিনা British Crown গী মথা পোনবা মীত্তোযনা ওয়াহৈশী শিজিন্নবা য়াদে। ওয়াকমসিদা সুরসিক ওয়রবা মহারাজ বীরচন্দ্রনা হায়বিখিবা ওয়াহৈ কর্ণেল মহিমচন্দ্র না মহাক্কী দেশীয রাজ্য লাইরিকতা হায়রি— বীরচন্দ্র অচৌবা রসিক অমনি। মহারাজ রসিক ওয়বা ১স্থং রস থবা মীওোয অমনি। মহারাজনা হায়বিখি— ঐহাকত্তী Crown গুম্বা চডা কোকথকতা হাপতে অত্তদি ওয়রগা প্রজাগী দমক রাজমুকুট কোকথকত্তা হাপ্পি।

Throne ইংরাজী ওয়াহৈসি হিন্দু স্থানগী ওযাত নত্তে। ঐহাক্না ওয়ারী তাংদা ১স্থং ফোটো উবদা থংডি—মমাইডেদা ইউরোপ অসভ্যাগুম্বা লৈরম্বা মতমদা Anglo Saxon শিংনা ফমতনা লৈপাক চাকপ", ওযাযেন তৌবা মফমতবু Throne হায়না হৌজিনস্থ চংনবি। "সিংহাসন" মিংনা উকরগা "সিংহ" মত্তিনা শেমশাহ্ননা ফম্বান শেম্বাহুবু নিংশিংহনবি। অদুবু সিংহাসন কৌই। মসি লাইগী ফমফমনি। লাইগী ফম্ ফম ০ত্তনা অতৈ মফমদা হিন্দু নিংথৌশিং ফমদে। তখেন নিংথৌ বীরচন্দ্র মানিক্য (১৮৭০-১৮৯৬ খৃঃ) মতমদাস্থু মওোংচাব্রবা থৌদোকসি থোকখি। ইংরাজ সরকারনা ১৮৭০ খৃঃদা কোংবা দেশীয় রাজন্যবর্গগী উপাধী তালিকা (List of titles) দা মহারাজ বীরচন্দ্র মানিক্যবু ত্রিপুরাধিপতি মহারাজ হায়না য়াওরবনি অদুবু ১৮৭৯ খৃঃ দা ইংরাজ সরকারগী চেবোল অমদা হায়বিরকলে বীরচন্দ্র মানিক্যবু "মহারাজ" হায়খিবহু অরানবনি "রাজা" হায়গদবনী। রাজা হায়রবস্থু বীরচন্দ্র মানিক্যবু ত্রিপুরাধিপতি ওয়না সম্মানদি পিগনী হায়রে। ইংরাজগী ওয়াবোল তাবদা বীরচন্দ্র মানিক্য থমোয় শোকনা মুত্তায়ব্রে। অদুবু মহারাজ উপাধী পিবিনবা ইংরাজ সরকারদা অয়ুক নিংশিংখি। বীরচন্দ্র মানিক্যনা মহারাজ উপাধী ফংফম থোনপাগী মরমশিংগী যুক্তি, প্রমান ইংরাজনা লৌশিনখিব্রে। অত্তয়দি ওযরাগা ত্রিপুরাধিপতিবু "মহারাজ" উপাধি পিবা, পিদ াসি বীরচন্দ্রগী শাক্তং লিচং ১স্থং প্রশাসনিক থৌরমদা বাংলা সরকারনা যাবিরকলবদি ইংরাজ সবকারনা থংগনী হায়বিবে।

১৮৫৭ খৃঃ ভারতকী সিপাহী বিদ্রোহনা বিলাতকী ইংরাজ রাজনীতিদা য়ায়া চাওরবা চৈক্ক ওথখিবনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কোম্পানীগ মথুত্তা ভারতবু থমদাংনা। ১৮৭৬ খৃঃ ইংরাজ সরকারগী মথুত্তা লৌশিনবগা লোয়নবা মহারানী ভিক্টোরিয়াবু ভারত সম্রাজ্ঞী কাঈজার-ঈ-হিন্দ হায়দুনা উপাধি পিখি য়াথং ওয়না ভারতবাসীদা থংহনবা ওয়না লাওথোক পিখি। ১৮৭৭ খৃঃ ১ল জানুয়ারী দিল্লী দরবারদা 'ভারত সম্রাজ্ঞী"

লাওথোকপা থৌরমদা ভারতকী নিংথৌশিং মরামবুস্থ উপাধী, পদবী, ফিরান, মনা পিবদা তথেন নি'থৌবুস্থ পতাকা (banner) পিবিখি। মতমসিদা ঈশানচন্দ্র মানিক্যনা ইংরাজ সরকারদা অমুক্তা "মহারাজ" উপাধীগী মরমদা নিংশিং হনখি। ইংরাজ সরকার বীরচন্দ্র মানিক্যবু মশাগী ওইনা "মহারাজ" উপাধী পিবিখি। ১৮৭৮ খৃঃ নভেম্বর ২৮ আগরতলাদা থোক-লোকপা দরবার অমদা ইংরাজ সরকারগী প্রতিনিধিনা উপাধীগী খিলাৎ পিরিবিখি। মহারাজ বীরচন্দ্র লোংগাখিবগা মচা ইবুঙো রাধাকিশোর মানিক্যবু নিংথৌ অভিষেক তৌবা মতমদা ১৮৯৭ খৃঃ মার্চ তাং ৫ ইংরাজ সরকারনা "রাজা" উপাধি পিবিখি। সার্বভৌম ওইনা পানলিবা ইংরাজ সরকার রাধাকিশোর মানিক্যবুস্থ "মহারাজ" উপাধী পিবিখিদে। মপাবুং মহারাজ বীরচন্দ্রনা মহারাজ উপাধী য়াম্না থৌরাংজবগুম মচাইবুঙো রাধাকিশোরদি থোয়দোকনা থৌরাংলুদবগী মরম্না মহারাজ উপাধীগী দমক থোয়দোকনা হায়জ-চচ্চবা তৌরুদে।

ইংরাজ সরকারনা উপাধী পিদ্রুনা মহারাজ হায়রিম্লবস্থ ত্রিপুরাগী দরবার ১মুং লৈপাককী সরকারী ওয়াযেননা চিংবা থবক পুম্নমকতা "মহারাজ" হায়দুনা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা শিজন্নরি।

নিংথৌপানবা লৈপাকতা মহৌশাদগী চৎনার-কলবা, লৈরকলবা লৈপাককী নিংথৌ, মহারাজবু রাজচক্রবর্ত্তী অঙম্বানা উপাধী ওইনা মীংথোন পিবিবাদু রাধাকিশোর মানিক্যদা থোয়দোকনা মথৌ তারুদে। রাজা মহারাজ মীংথোনজি করি থৌরে লৈনবগী মথৌসু তাঙদনা লৈনবিদে। তথেন লৈপাক, ত্রিপুরা রাজ্যগী প্রজানা লৈপা-ককী নিংথৌবু নিংথৌ. ধর্ম্মাবতার. বিষ্ণু অবতারনি হায়না লৌরি। প্রজানা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা য়ারিবাশিংগী মথকতা মহাককী উপাধীগী করি মথৌ তারিবা।

নিংথৌ রাধাকিশোর মানিক্য লোংগাখিবগা যুবরাজ বীরেন্দ্রকিশোর মাণিক্য ১৯০৯ খৃঃ মার্চ তাং ১৩ ত্রিপুরাধিপতি ওয়রে। চহিসিগী নভেম্বর ২৫ আগরতলাদা অচৌবা দরবার অমদা পূর্ববঙ্গ অমসুং আসামগী গভর্ণর ( Lt Gover-nor ) Lawdcellot Hare সাহেবনা বীরেন্দ্র কিশোরবু মানিক্যবু "রাজা" উপাধী পিবিদুনা ত্রিপুরাধিপতি খিলাত পিবিখি।

মপাবুং মহারাজ রাধাকিশোরনা "মহারাজ" উপাধী ফংনবা থৌশাবিদবাগুম মচা ইবুঙো নিংথৌ বীরেন্দ্রকিশোরস্থ থৌশাবিদ্রে।

লৈপাক চাওখৎ লকপগা লোয়ননা লৈপাককী রাজনীতি যাওনস্থ ওনলি লোয়ননা রাজ্য সমাজস্থ মথং মথং ওনলকই।

নিংশিংলুবা হায়জকবাস্থ তৌদে অহুবু ইংরাজ-গী রাজনীতি মথৌনা সার্বভৌম ইংরাজ সরকার ত্রিপুরাধিপতি বীরেন্দ্র কিশোর মাণিক্যবু "মহা-রাজ" উপাধীনা লৈতেংবিরে। লোয়ননা 'মহারাজ" উপাধী মচা-মশুশিং (as a hereditory distinction) ওয়গনি হায়না ১৯০৯ খৃঃ আগষ্ট ২২ অথোয়বা দরবার অমদা ইংরাজ প্রতি নিধিনা লাওথোকপিরম্মী। মতমদুদগী ত্রিপুরাগী নিংথোরাংদা 'মহারাজ" উপাধী চথবক্তি।

ভাবতকী ইশিং মুংশিং ১লুং লৈপাকতা মহৌশাদগী লৈরকলবা ধর্মাবতার, বিষ্ণু অবতার, নিংথৌবু উপাধী মিংথোন তোপশিন্দুনা রাষ্ট্রগী রাজনীতি নিংথাতপা, মীথাপোনবা মশক খংহনবা পৌরম শিনবা হৈবনা ইংরাজ অথোয়বা রাজনীতিজ্ঞ হায়নরি।

ইংরাজ ভারত থাদোকতুনা চৎখরে। রাজনীতি নিংথাতমলবা ভারত নিংথৌ পানখ্রে। নিংথৌদি লৈরি। ত্রিপুরা ওখেনগী রাজনীতি অয়োয়বা নিংথৌ কীরিট বিক্রম মানিকা ইতিহাসকী সাক্ষী "মহারাজ" হৌজিকসু লৈরি।

—০—

# ওনথাং য়াওনগী ঈচেলদা হিন্দুধর্ম

—রমাপ্রসাদ দত্ত

হিন্দু ওয়ায়েক অসি সিন্ধু ওয়ায়েক সিদগি খোকথিবনী। অমহেকতি সিন্ধু তুরেল তম্পাকী মীয়াম্বু থায়নগি পারসিক শিংনা 'স' হায়ফমদা "হ" সিজিন্নতুনা হিন্দু মীংথোন থোনখি। তৌইশুবসুং হিন্দু হাইবা মীং অসি পঞ্চনদ হাইবদি তুরেল মঙানা কোমলিবা লৈপাক অদুদা তারিবা মীওংশিংগি মফমদতা সিজিন্নবসু নত্তে। মসি অয়াম্বা ভারততা লৈরিবা মী খুদিংমক্কী মফমদা সিজিন্নবা হৌরে। মতৌ অসুম তৌতুনা ভারতবাসী হিন্দু মীং থোল ফংলে অতুগা মথোয়গি লৈফম হিন্দুস্থান ওয়রে। থায়নগি পারসিক শিংগি ধর্মগ্রন্থ ভেন্দিদাদ-তা (Vandidad) "হপ্তহিন্দু" (Hapta Hindo) গী মীং লৈ। বেদ-তনা "সপ্ত সিন্ধবঃ" হাইন মীং লৈ। সিন্ধুতরেৎ (সপ্ত সিন্ধু) অসিগি মীংদি বিতস্তা (Thelum) অশিক্নী (Chenub) পরুষ্ণী (Irabati or Rabi) বিপাশা (Beas) শুতুদ্রী (Sulbe)। বেদগি সিন্ধু তরেৎ (সপ্ত সিন্ধু) অসিমক্কি পারসিক শিংগি হপ্তহিন্দু।

মতম অমদা ভারতকী অওয়াং-নাংচুপ হায়বদি পাঞ্জাব অমসুং আফগানিস্তান লৌরতুনা ভারতকা পারসিকশিংগা মুওায়নরমদে। থায়না আর্য্যশিংগি অহানবা যুমফমদি হায়রিবা অওয়াং নোংচুপ মাইগৈ সিদা লৈরম্মি হায়নসিদা করিগুম্বা চিংনফমগি মরম লৈতে।

মতম অমমমদা পাঞ্জাব প্রদেশগি পারসিক শিংগি মথুং চল্লম্মি হাযবগি খুদম লৈরি। থাযনগি পারসিক শিংনা পাঞ্জাব লৈপাক অসিবু অপুম্বা হিন্দুস্থান-নি হাযনা গনলম্মি লৈপাক অসিমক্কি ভেন্দিদাদ-তা ইরিবা রাজা ১৬ কি মসুংদা অমনি হাযবগি মওংদা ইরমলি-বসে। অতুনদি হিন্দু মীং অসি থাযনগি আর্য্যশিংগি মথংগি মীং থোননি অতগা মথোয়গি চৎনবি ধর্মনা (সনাতন ধর্ম) হিন্দুধর্মনি। সনাতন ধর্ম অসি আর্য্য শিংনা পাংথোক্লম্লবসু মসিদা মথোয়না কনাবুসু থিংবা লৈতে। মীওং খুদিং মরু ধর্ম সি লৌবা য়ারম্মি। অতৈদি লাক্লবতুনা যবন হায়বদি গ্রীকশিংকাউবা হিন্দুধর্ম লৌবা যারম্মি তৌইশুবসুং মসিনা সমাজতা করিগুম্বা

অপনবা লৈয়মদে। শক, হুন, মঙ্গোলীয় হাইরিবা জাতি পুম্নমক হিন্দু ধর্মদা চংবা য়ারম্মি।

অনার্য্য ওয়ায়েকশিনা আর্য্যশিংগি অয়াম্বা জাতিবু থংনৈ। চীন-না চিংবা জাতি অনার্য্যনি। অতুদা অনার্য্য ওয়ায়েকশি তোল্লাবা (হীনতা) ওয়াম্বক অমা, ওয়না লৌনরমদে। ভারতবর্ষগি মন্নুং অমম্নুং মপানদা আর্য্য অমম্নুং অনার্য্যজাতি অনিমক হিন্দু ধর্মাগি মন্নুংদা চনবা য়ারম্মি হাইবগি ইতিহাসতা খুদম লৈরি। কুষান কৌবা শক জাতি নিংথৌগি মমিং কুজুল কদফিস কৌই। মহাক্কী মচানিপা ভীম কদফিস। মহাক্কী মচানিপানা কনিষ্কনি। মহাক্কী মচানিপা হুবিষ্ক। মহাক্কী মচানিপাগি মীংনা বাস্থদেব। মথোয পুম্নমক অহান্নবদা বৌদ্ধ অসম্নুং মতুংদা হিন্দুধর্মদা মফম ফংখি। অয়াম্বা জাতি বৌদ্ধধর্মগি মরিদা হিন্দুধর্মদা চংনরম্মি। জাতি কনা কনানা অহম্বদগি হিন্দুধর্মদা চনরাম্মি। মঙ্গোলীয় অহম্ নিংথৌগি মমিংনা শুক্লমুং কৌই। মহাক্কী মচানিপাগি মীংদি জয়ধ্বজ। মহাক্কী মচানিপাগি মীং চক্রধ্বজ। মহাক্কী মচানিপাগি মীং রামধ্বজ। হিন্দু নংলমদবা মথোয় মথং মথং হিন্দু ওনখরে। অহমশিংগি নিংথৌতা হিন্দু ওনবা নথে। অহম জাতি পুম্বা মতৌ অম্নুম মথং মথং হিন্দু ওয়ংরে। উজ্জয়িনীগি শকনিংথৌ বজ্রামেটিক, মহাক্কী মচানিপা চষ্টন, মহাক্কী মচানিপা জয়দমন, মহাক্কী মচানিপ রুদ্রদমন।

গ্রীক শিংনা হিন্দু ওয়রম্মি হায়বগি খুদম য়াম্না লৈ। মিন্দেরনা (Meander) বৌদ্ধ ওয়বগি ওয়া অয়াম্বানা থংবিরি। মথাদা হেলিও—ডোরনা (বৌদ্ধ ওযবগি ওয়াইহ ইথম্বদি গোয়ালিয়র রাজাদা বোধন গরগি মুংগি য়ুম্বিদা ব্রাহ্মী ময়েক্ত হনলম্বা— "দেব দেবস্য বাসুদেবস্য গরুড়ধ্বজোহয় মহং কারিতঃ ইহ হেলিডোরেন ভাগবত্তেন দিয়ন পুত্তেন তক্ষশীলাকেন যোনদূত্তেন আগত্তেন মহারাজস্য অন্ত লিকি তস্য উপেত্য সকাশম্ রাজ্ঞ কাশীপুত্রস্য ভাগবত্রেস্য"— হায়বদি মহারাজ আন্তি আলকিদের (Anti Alcider) নাকতগি নিংথৌ কাশিপুত্র ভাগবতকি কাদা চংজরকৃপা যবনদূত দিয়ন (Dion) মচানিপা হেলিওডোর (Heliodoor) গুম্বা তক্ষশীলাদা লৈবা অমম্নুং বিষ্ণু নিংবানা মসিদা গরুড়ধ্বজ সি দেবদেব বাসুদেব তমহুনা লিংখৎলে। অতুদা যবনস্থ (গ্রীক) হিন্দু ওয়বা য়ারম্মি। বিষ্ণু পূজা তৌরম্মি। ভাগবত উপাধি লৌরম্মি। হিন্দু শাস্ত্র মতুং ইন্না মীওয় পুম্বা মমুগি মচানিপানি। ভারতকি মপাম্দা লৈরিবা মথোয়রুস্থ মমুগি মচানি।

হিন্দুধর্মগী প্রবর্ত্তক কনাম্ব লৈতে ধর্ম অসি মতম লৈবা থিবিকতা লৈ। অতৈ অতৈ সম্প্রদায়গিদি প্রবর্ত্তক অমা মম্ লৈ। যদা, খ্রীষ্ট, মহম্মদনা চিংবা। অতোপ্পা ধর্মগী মীওয়না হিন্দুধর্মদা চঙকপদা শাস্ত্রনা থিংবা লৈতে। মমাংদা হিন্দুধর্মগি মীশিংনা অতোপ্পা ধর্মগি মীওয়শিংবু লৌশিনলম্মি। অতুগা হৌজিক করিগি ওয়কদে?

বৌদ্ধধর্মসি হিন্দুধর্মগি মশাতনি। বুদ্ধনা মহাক্কী মতমদা ধর্মসি শিনদোকখি। মহারাজ অশোকনা পানবা মতমদা ধর্মসি শন্দোকখি।

১৯০৭ সালদা জার্মান অধ্যাপক হিউগো উইনক্লার (Hugo Winckler) অহৎথাং-

নোংপোক এশিয়া মাইনর প্রদেশকি বোঘজকই-দা (Boghoz koi) দা ফংখিবা নুং ওয়ারেক্ক (শিলালিপি) কবি খুদম পিরি হাইবদা খৃষ্টীয় শকাব্দ ১৪ মমাংদগী মেসোপো- টমিয়ানা চিংবা বাজ্যদা সূর্য্যবংশগি নিংথৌশিংনা পাল্লম্মি অমসুং মখোয়বু কাশবংশীয় হাইনৈ। কাশ অমসুং কুশ ওয়াহৈ অমত্তনি। ইন্দ্র বরুন-না চিংবা বেদগি লায়ামশিংগি মীৎ দেশ অদুদা কায়দনা চপ্চানা চৎনরম্মি। হৌজিক্কী আফ্গানিস্থান বেলুচিস্তাননা চিংবা লৈপাক ভারতবর্ষগি মনুংদ চন্নখি অমসুং হিন্দুশিংগি যুমফম লৈরম্মি।

মুসলমান সিংগি সম্প্রদায় অমগি মমিং পাঠান। পাঠান ওয়াহৈকসি "প্রাকৃতান" ওয়ারেকতগি থোকলিবনি। "প্রাকৃতান" ওয়ারেক সিগি মরোলদি— প্রাকৃত লোন লোনবা মীওংশিং। প্রাকৃতানদগি পাকতান অমসুং পাকতানদগি পাঠান ওয়ারেক থোকই।

বহলীক ( Balkh, Badria ) প্রদেশতসু হিন্দুধর্ম লৈরম্মি। মহাভারত তা ইরি, যুধিষ্ঠিরনা রাজসূয় যজ্ঞদা শিশুকাল বহলীক নিংথৌ দরদকি মীং পনখি। সেকেন্দর পাদশাহনা ভারতবর্ষদা লান্দাবা লাকপা মতমদা বহলীক প্রদেশতা চংখি। মতম অদুদা বহলীক প্রদেশতা কোরেষ্টার অমসুং হিন্দুধর্ম অনিমক্কী মীওয়শিং লৈরম্মি।

পুরানগি লাইগা-হিংচাবাশিংগি লাননা মরম ওয়রকুনা ইরানী অমসুং পরশিক জাতিগা হিন্দুশিংগাগি সাম্প্রদায়িক থকনবা নুঙাইনদবা পোকখি। থাংনা গ্রীক অমসুং রোমানশিং হিন্দুধর্মচৎলম্মি হাইবগীসু খুবম লৈরি।

অতোপ্পা ধর্ম অমগি মফমদা লাকপবা অমদি পাঙ্গলনা অ তোপ্পা ধর্মগি কাংবুবু মশাগি ধর্মদা পুশিন্নবা হোৎনবা থৌরাংকয়া মুসলমানগি শাস্ত্রদা তৌ-হৈরবা ওয়রকসু অসিওম্বা থৌদাং কয়া থোকখ্রে হায়বা ইতিহাসতা খুবম লৈখি। খৃষ্টীয় ৯৮৬-৮৭ সনদা গজনীগি আমীর সবুক্তগীন ভারতবর্ষদা লান্দাখি। মতম অদুদা পাঞ্জাবকি কোনুং ভাটিন্ডব ওয়্রম্মি। কোনথংদা পাতিয়ালা রাজ্যগী মনুং চনখি। নিংথৌনা জয়পালনি। লান্দা সবুক্তগীন্-না জয়পালবু লাক্না থুহ্ম চনখি অমসুং জালালাবাদ জেলা মরম্ম য় রাজ্যগি মনুংদা চন্শিনখি।

মতম অতুদা ভারতবর্ষদা চক্রবর্ত্তী সম্রাট কৌবা কনাসু লৈরমদে। অযাম্বা প্রদেশতা মাক্কী ম ক্কী নিংতম্বা নিংথৌশিং লৈরম্মি। মুসলমান লান্দারকনি হায়বগি অকিবনা জয়পাল কান্য-কুব্জনা চিংবা নিংথৌশিংনা পান্নৈ ওয়্নরক্কুনা মুসলমানশিংগা লান তৌখি। অতুবু কুর্ম অমদি করম ( Karam Velley ) উপত্যকাগিলানদা মাইথিবা ফংখি কোইঙ্গুম্বসুং পোশোয়ার প্রদেশ মুসলমান রাজ্যগি মনুং চনগি। সবুক্তগীনগি মচানিপা সুলতান মামুদনা লাক্কথুহ্ম চনখিবগি ওয়ারি দি থ্বায়পুম্মক থংনবি। সুলতান মামুদ ভারততা ১৭ রক লান্দাখি। মী লিশিং লিশিং হাতখি। লন-থুম কৈয়া মনি কয়া লুট তৌখি। লিশিং লিশিং। হিন্দুবু অলৈ-মীনায় শেমলগা মুসলমান ওয়হনখি। লান অমফাউবদা হিন্দুনা মহাকপু মায়থিবা পিবা ভমখিদে। ১০০১ খৃষ্টাব্দদা মহাক্ক পেশোয়ারগি মনাক্তা জয়পালবু

মায়থিবা পিখি। জয়পালগি মচানিপা আনন্দ-
পালন উজ্জয়িনী গোয়ালিয়র, কান্যকুব্জ, দিল্লী,
আজমীঢ না চিংবা নিংথৌ মরাম পুনলগা মুসল-
মানশিংগা লান তৌখি অমসুং মাযথিনা কখি।
মতম অদুদা কাঙ্গাড়া, মথুরা কান্যকুব্জ, সোমনাথ-
না চিংবা পুন্নম কমুসলমান শিংগি মপানা
কায় তোয়খি। আয়াম্বা হিন্দু মুসলমানধর্ম
তঙায়ফদনা লৌশ নখি। ভারতকি
লন-থুম রুপ মযাম লুঠ অয়খি। বরণ অমদি
বুলোন্দর শহরগি নিংথৌ হরদত্ত অমসুং হিন্দু
লিশিং তরা মুসলমান ধর্ম লৌবা তাখি। মথুরাগি
অচুমঅয়রবা খ্বাইদগি হেন্না অথোযবা লাইশং
লিংখৎপদা সুলতান মামুদকিস্ন ওয়াথলদা চহি
২০০ চংখি। অদুগুম্ব লাইশং অচু মহাক মৈ
থাদুনা উৎ অয়না তুমহনখি। লাইশংদুদ
খুদুপ করা নিনবা সনাগি মূর্ত্তি লৈরম্মি। মীৎ
অমময় থোয়াহন্ন ময়ল যামথ্রাবাদুনা শেমখি-
বনি সোমনাথ লাইশং থুগাযবা মতমদা মী
লিশিং ৫০ শিখি। সুলতানগি লান্মীনা লিশিং
৩০ রোমনি।

সুলতান মহম্মদ ঘাবীনা সুলতান মামুদপু
মাযথিবা পিরগা পাঞ্জাব লৌশিনখিদুনা ভারতকি
নোংপোক মাইগৈ খুদুম চনখি। মতম অদুদা
পৃথ্বিরাজনা লুচিংদুনা হিন্দু নিংথৌ মরাম অমুক
হন্ন অমত্ত ওয়না পুনদুনা মহম্মদ ঘোরীবু লান্দা
মায়খিবা পিখি। পৃথ্বিরাজনা মোহম্মদ ঘোরীবু
ফাদদুনা (বন্দী) থাদোকপিখি। ১১৯২
খৃষ্টাব্দদা ঘোরী ভারততা অনিশুবা লান্দাখিবদা
মমাঙ্গ পাকখি।

লান অসিগি মতুংদা গান কুতুবুদ্দিনদা
রাজ্যগি খুবম শিনরম্মে হায়রগা ভারত
থাদোকখি। কুতুবুদ্দিনগি সেনাপতি বক্তিয়ার
খিলজী বঙ্গ বিহার অনিমক জয় তৌখি। মহাক্ক
লান্মী ২০০ লৌরদুনা বিহারগি দূর্গ জয় তৌখি।
হিন্দু বৌদ্ধ কনাশু লান্দারকইবা সি গি মথুংতগি
লেম্না নাম্বোকপা ঙমখিদে।

আওরঙ্গজেবনা পাল্লিটেং মতমগি ওয়া
লৌরদুনা ভিনসেন্ট স্মিথনা হাইখি ১৬৭৯
খৃষ্টাব্দদা যোধপুরদগি হাওবা (গাড়ী) মযামদা
বিগ্রহ পুরক্লুনা থুগাযখি। চহি অমদা
উদয়পুরদা ১২৩, চিতোরদা ৬৩, জয়পুরদা ৬৬
লাইশং থুগায়খি।

হৌজিক ওয়াহং অমদি অমুক হায়বা
ওয়াশিং অসি করি গিনো। হিন্দুধর্ম শম্লোক-
খৌরমদা (প্রচার) ঙসিফাউবা করিগিনো
অতোপ্পা ধর্মগি মীওয়শিংবু লৌশিনবিত্রিবা।
লাইরদুনা মশা মশাগি মনুংদা জাতি শেম-
দোক্রগা থবন চৈনবগি পরিবু শম্লোকপিবি।
মশানা অকব অথোয়বনি থংজবা অদুবু প্রচার
তৌজরগা মহাকী ওযাথলদুদা কোনশিন-
চনশিন্নবা হোংনবদা অপনবা লৈতে।
হৌজিকসিদা কনানশু কনাগুম্বগি ধর্মদা খুৎখিন-
জিনবা যাবা নত্তে। হায়গুম্দি কনাগুম্বা হিন্দু
মুসলমান অমনা খৃষ্টান শম লৌরবদি মহুদা
কনানশু থিংবা ঙমদে। অদুগুম্ব কনাগুম্ব
মুসলমান অমদি খৃষ্টান অমনা হিন্দু অয়রব, মচু
মচু অয়বদ কনানশু থিংবা ঙমদে। করিনা
ভারত ধর্মনা মীচং মীথাব নায়রবা রাষ্ট্র অমনি।
অম রোমদনা হিন্দুধর্ম উদারপন্থী ধর্ম অমনি
হায়না মীং ফাউনরি। (পাঙনবম্ প্রবীননা
হান্দাকচবা)

# মণিপুর চিত্র

## কর্ণেল মহিম চন্দ্র দেববর্মণ

অহবাগী মথমদা— নহা ওয়রবপদগী মাইচৌ, মতিক মগুণ লৈরবা মীওোয়শিংগা শকপং মায়থং নবা ফংলকখি হায়বশি মহিম ঠাকুরনা মশাগী আত্মজীবনীদা ফো বিথি। মশাগী মরমদা মহাকা অইত্রস্থ হায় চন্দ্রনগী উনংদা হৌরিবা কেগে পাদ্বীস্থ চন্দনগী শউম মড়ান না চন্দন এনম [illegible] শ ক ফংবাগুম বাধাকিশোব মানিক্যগী পৌগন ফংজবদা ঐহাক্কী ইবাংবকতস্থ বিশ্বক'ব রবীন্দ্রনাথকী মাংপ মচা অমা ওয়বাস্থ ফংজখি। মণিপুব মহারাজ, নাটোর মহারাজনা চিংবা কবি হেম চন্দ্র, দীনেশ চন্দ্র সেন বৈজ্ঞানিক জগদীশ বসু জানা গুণিশিংগা ংনা চানবনি

মহাবাজ বীরচন্দ, বাধাকিশোর, অমসুং বীরেন্দ্রকিশোব ংংথোবোনা অহুমগী বাজত্ববদ্ধ মহিম ঠাকুবগী থোয়দোক হেনদোকপ থৌনা লৈবসু মন্ত্রীত্বগী দমক পেথদোকনা য়োরাংদবা মীওোয়নি। বাজ্য শাসনগী মন্ত্রী ধলোক-থনাছেন, হাপতোক-হাপচিনদ মহিম ঠাকুরগী অচৌবা পৌদাং লৈরবসু মন্ত্রী কমগী দমক থোবাংদবা মীওোয়নি। নিংথৌনা মন্ত্রী কম পিগে হায়বদা মহাক্কা হায়— ননাই ংনা তৌজবিবা থোগনসি মন্ত্রী ওয়রবদি থোগনাস ফংজবোয় অসুং মতিকচাবা থোগনস্থ ফংবিরোয়। ১৮৬৪ খৃঃ জুলাই ২২ দা পোকপা মহিম ঠাকুব চহি ১৮ শুবদা কলিকাতাগী হয়ার স্কুলদা মীংচনখি। ইংবাজ সবকারগী লুপা ১৫০ গী থবদ থাদোকহল্লুনা মহারাজ বীরচন্দ্রনা আগরতলাদ পুবকখি অসুং নিংথৌগী এডিকং ওয়হনখি বাংলা লোন অসুং সাহিত্যদা মহিমঠাকুরগী থোয়দোক হেন্দোকনা পুকনিং তাবা অসুং পামজব অমানি। "দেশীয বাজা' অসুং 'রিয়া" হায়বা মশানা ইবা লাইরিক অনি লৈ। অথেন নিংথৌ বীবেন্দ্র কিশোবন ডায়শেনগী লৈবাক অসুং পন্দেম মমাসিজা মহারাণী রত্নমঞ্জুবী (চাক। লৈমা) গী মপাম লমদম মণিপুরদা শাগে নাইে উনবা লেংবা মতমদা মহিম ঠাকুরস্থ বাজ পারিষদ অমা ওয়না মহাবাজ পৌগন তৌবা চংলি। (১৯১২ খৃঃ। মহাক্কা উরকপা, তারকপা ত্তিরকপা শিং "মণিপুর চিত্র' হায়না "দেশীয় রাজ্য" লাইবিককী নধ্যায় অমদা যাওরি। (রাজকুমার জীতেন্দ্রজিৎ অসুং মৱেংবম রামগোপালনা মৈতৈ লোনদা হন্দোকপনী)

---

মণিপুর ঐথোয়গী ডায়শেন ওইরিবা লৈপাক অমনি। মণিপুর হায়বাদি ঐথোয়গী ডাইশেনগী তীর্থনি। মরম অ'না তীর্থ চংপদ "রাজেন্দ্র সঙ্গমে দীন যায় দূরতীর্থ দরশনে।"

নিংথৌগী থোগন তৌরনা চংবা তীর্থদা তৌইগুম্বানুং লাইবক ফবা ওইবনা ঐহাকতী লাইরবা অমা ওইনা মণিপুরদা চংজকরে। চংচরুই নিংথৌগী লোয়নবা (রাজ পারিষদ) ওইনা। মনিপুর নিংথৌনা মতম অমদা রাজ অতিথি ওইনা ঐথোয়গী ত্রিপুরাদা রাথে ংদাবীখী। মতম অদু নোংগাথ্রবা ইনিংথৌ রাধা কিশোর হাক্তকতনী। তৌইগুম্বানুং ঈশ্বরগী থোজান্না অতিথি অমনা ফংগদবা মতিকচাবা সম্মান হৌজিক্কী ত্রিপুরাগী ইনিংথৌনা মণিপুর রাজাদগী লৌজখি। অদুনা মরম ওইনা মণিপুর বাজাদা থাকখিবা হারাও কুম্মৈদি কবি অমুক হায়জরুগনী। মরমদি ঐহাক লাইরেকপনী।

সাহিত্যিকশিংগী মফমদা মমী অহুবু উৎনিংঙি।

মণিপুর রাজ্যগী ওয়ারী অমসুং মণিপুরবু থাগচ্চারিবা ঐহাকনা ঙাইশেন অয়াম্বগী মচিনদগী তাক্খি। ওয়ারীহু মংলানচাগী রাজ্যগুম্বনী। ওয়ারীহুগী মমীহু থমোয়সুংদা হরাওহুঙায়খ্রবা তম্ (Happy Valley) অমাগী মওোং ওইনা য়েকখি। হৌজিক মণিপুরদা অহুগুম্বা নুঙায়বগী সমুদ্রস্থ লৈত্রে, ওয়ারীহুসু লৈত্রে। হৌজিক মণিপুরবু উরুরগা খনজরকখি :— নুঙায়রবা সমুদ্রহু মতমগী মৈশানা কংখরে।

মণিপুর ইমফাল তুরেন মপান্দনী। পিকলবা তুরেল অহু উরুরগা খনজখি যমুনে নংবু অহুগী যমুনা ইচেনহুরা? অহুগুম্বা আওয়াবগী ওয়ারী অহু লৌবগী মতম লৈজদ্রে। হৌখিবগী ইপাকতা মণিপুরগী ওয়ারী ইবারুনা মাংখরে। নিংশিং-জবতনা মক ওইরি। নিংশিংজবহুসু শাংখ্রবা মতমগী অকাওবা ঈচেলদা তিন্দুনা মাংখ্রগনি। মণিপুরদা চৎলগা ঐহাকী থবক অমত্তংদি লৈরম্মী অহুদি রাজ্যহুগী ওয়ারী অমসুং সভাতা থিজনবা। মনিপুরদা থোকখীবা আওয়াবা থৌদোকী মতুংদা মাংখ্রবা ওয়ারী অহুগী অফংবামখৈ থিজিনবনি। মণিপুরদা উরম্মী লানথম্না কোযশিনবা নিংথৌ কোনুং (রাজবাড়ী, প্যালেস) হৌজিকী রাজবাড়ী অত্তে থ্রা মফমদা শারবে। হান্নগী রাজবাড়ী লৈত.র ভৌইগুম্বাসুং হান্নগী লানবন অহুদা হৌজিক (১৯১২ খৃঃ) ইংরাজশিংগী লান্মী লৈফম, খুৎলাই থমফম ওইনা শিজিন্নরে। লানবনগী ময়ায়দা লৈবম্বা গোবিন্দজীগী মন্দিরহু খুৎলাই শ ফম ওইনা শিজিন্নরে অমসুং ইংরাজ লান্মীনা পেশশহুনা লৈথরে। মণিপুরীশিংনা গোবিন্দজীবু মফম অহুদা অমুক পুশিনদরে। অমসুং মফমহুদা ইরাংতরে। রাজবাড়ী ভোগকী মৈরুনা কাপথায়খরে। রাজবাড়ী অহুগী মফম অহু উরুরগা থংজৈ মণিপুরী ইনিংথৌশিংগী নুঙায় য়াইফগী মওোং।

লানবনগী মনাকতা ইমফাল তুরেন আওয়াং লোমদগী থেক খোইনা মথারোমদা চেম্বরী। মমাঙৈদা লানবন ঙাকশেনবা খোং অহু ইমফাল তুরেলগী ইশিংনা পিক থনহুনা লৈরমমী। মফম অহুদা মওোং মওোংগী জলকেলী শান্নরম্মী অমসুং অহুনা মণিপুরগী অচৌবা হারাও কুম্মৈ অমসু ওইরমমী। লানবন অহুগী মথকতা নিংথৌনা ফম্নবা অমসুং জলকেলী য়েংননবা বেদিকা অমা লৈরমমী। মথৌ তারকপা মতমদা ইমফাল তুরেল থিংজিন্দুনা খোং অহু ইশিং থাজীন্নী। ইশীং পীক থন্নবাদা লানবন অহুসু নিরাপদ ওয়রে। খোংবান অহু শকাইবা থম্বালনা লৈত্তেংলমমী। হৌজিকতি থম্বালসু লৈরমদরে, অহুগা হারাও কুম্মৈসু লৈরমদরে। ভৌইগুম্বাসুং থমোয় সুংগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি হৌজিকসু অহুগী মমী অহু উবা ফংলি। মণিপুর বঙ্গদেশকী অনিগুবা নগর অমনি। ওয়াকমসি ঐথোয়না সরকারগী রেকর্ডতা উবা ফংলি।

মনিপুরী হায়বসি য়ায়া হারাউবা পাম্বা জাত অমনি হায়বা ঐথোয়না খংই। মণিপুরগী মমাঙৈগী ওয়ারী তারগা অমসুং হৌজিককী থুবম্ উরুবগা তুংশংনমক মণিপুর হায়বসি Happy Valley নি হায়বসি খংই।

মণিপুরদা উজরুবা অপুম্বা অমসুং তাজরুবা অপুম্বনা জাতি অসি য়াম্না হায়াওবা পাম্বনী হায়বসি হায়মনবা থোকলোই। মণিপুর হায়বসী নুপীগী নিংতম্বা রাজ্য অমনি। খৈদেলদা, লম্বীদা নুপীশিংনা মপুং ওইনা চৎথেক চৎসিন তৌবাতু উক্নরগা মখোয় অসি য়াম্না ঋাণী হৈবা অমসুং হায়াওবা পাম্বনি হায়বসি অতুম উৎলি। মণিপুরদা করম্না হায়াওকুমৈদা নুপী যাওদনা মপুংফাদে। থোংথাং খুদিংগী ফাগী, ওবাত্তা ওয়াইহ মখোয় মহৌসানী। মণিপুরগী খৈদেলগী মমিং সনা কৈথেল হায়'ন। সনা কৈথেল সুমিদাং পুং নিপ্পান ফাউবা পোৎয়োন পোৎলৈ তৌনবগা কায়থে। সুমিদাং মমশিল্লকপগা সনা কৈথেল থাওমৈ পরেংনা লৈতেংঙি। অতুবু থাওমৈ পরেং হায়বা যারোই। মরমদি মণিপুরদা উচান য়াম্না হৌই। উচান মত্তেক অমদা মৈ চাকহল্লগা অতুগী মৈরাগী মঙান অতুদা কৈথেল পেৎ তিকনৈ। থাপ্পাদগী যেংঙকপদা থাওমৈ থাওমৈ শুম্না কৈথেল অপুম্বা মৈরা মযাম অতুনা কোয়চৎ চৎলি। তন্দন চামা চামা কোযনা কোযনা জগোই শাতুনা চৎপাওম য়াম্না ফজে। কৈথেল কাযবকপা মতমদা লম্বী মযাম অতু মৈরানা পুমচান ঙালি। অতুগী মশক ( দৃশ্য ) অতু উক্নরগা থল্লি, লম্বী-অপুম্বা কিন্নরী মযামনা কোয শনথবে। কৈথেলদা চৎলগা গোলাপ লৈনা—ইচাই দাইবমারে থল্লি।

অতুদা পাৎযোনবস্তু নুপীনি. পোৎলৈস্তু নুপীনি। কৈথেল অতুদা নুপা চংনদে। কন্দিশুম্না নপা অমাথক চংলুক্নদি মরাইবক থিরে। ঐখোয়গা লোয়ননা নিংথৌ মচা কৈথেল অতু য়েংগদগি চৎলুই অমসুং য়াম্না ইকাইবা ফংলকখি। নুপী ওইবগী ফাগী ওয়াত্তা ওয়াহৈনা মহাক মমিত্তাগী মপীত্তাদে হায়বত্তা ঙায়খি। ঐগোয মৈতৈলোন খংঙি অতুনা মৈতৈ নুপীশিংনা ফাগী তৌবকখি। মৈতৈ নুপী অমনা কৈথেলদা নুপা অমা উবদা হ য়খি—নিংখিজববা হে নিপা ইবুঙো নংলা ঐগী অঙাংশিংসে পমতুনা লৈহৌবো, অতগা ঐগী পোৎচৈশিংসে নং যোলহৌরো। নীং লা কৈথেলদা লেপনিংলমদে। অতুবু থংরাপসু য়াদবগুম তৌই। মরমদি ফজরবী নুপী শিংনা ঐখোয়বু কোয়শন্দুনা কৈথেল পুম্বাদা লকনখী। ঐখোয়না খুৎলোয়তুনা হায়জরগা কৈথেলদগী মপান্দা থোরকখি। অসিদা কৈথেল পোৎ অপুম্বা য়োল্লী। ঙা-ফাওবা য়োনবদা মৈতৈ নুপীশিংদো নিংহল্লমদে ললোনবদা মৈতৈ নুপীশিংদো যান্না থৌওয়াই যাওরম্মী। মরমদি মখোযনা খংঙি "বানিজ্যে বসতি লক্ষ্মী" তৌইগুম্বাসুং ঐখোযনা থাজে চাকুরীদা লক্ষ্মী লৈমারে হায়না।

মণিপুরদা ফৌ যাম্না ফংঙি অমসুং মমলস্ত তোংঙি। ঐখোয়না চৎপা চহিত্তুদা চেং মনদা আনা শবামরি য়োন্নরমমি। মরমদি Happy Valley গী লম অপুম্বা লৌবুকনী। ফৌ মণিপুরগী মপান্দা পুথোকপা ওযারমমী। মরমদি রেলষ্টেশন মাইল ১৩৭ থ প্পা লৈরম্মী।

মৈতৈশিংনা থংলমমী "তংর্ণ, কৃষিকার্য্যে" লক্ষ্মীনা ফমমী। অতুনা লৌউংনা মফম অসিদা মরু ওইবা খবকনি।

মৈতৈশিংনা অযুকতা লৌবুকত্তা লৌরাং

গুরুরগা মুখিদাং ওয়াইদা শেমশাতুনা কোয়না চংথোকলি নত্রগা হায়াও কুমহৈদা শকক য়াই। মকোকতা কোয়েং, মশাদা ফুরিং অমসুং ভৌত্রোকভৌরাবা ইনফি অমা ইনশিন্নতুনা মৈতৈশিংনা কোয়বা চংলি। অতুগুম্বাসিনা মথোয়গী চংনবি ফিজেংনি। শগোল কাংজৈ শান্নরী, মৈতৈ মুপীনিপা লিশিং তরানা শানাবুং অত্ত কোয়শিন্না শান্নবা য়েংতি অমসুং করম্বা কাংলুপ্পা পানজন পোগনী হায়বত্ত শিংনরী। অতুক যাম্না মী তিল্লিবা অত্ত নিন্ থোনবা লৈতে। মরক মরকতা শান্নবগী মংওাং উরুরগা নোকপগী মথোনতা থোকলি। কাংলুপ অমনা পানজন ভমলগা শিংনরুবগী কোংনৈ। লম্বীদা মৈতৈশিংনা অমবু অমনা থুরুমনৈ। মথোয় অসি জাপানী গুম্না য়াম্না হায়াউবা পাম্মী। তরাম তরামনা ওকনবা মথোয়গী মুগুায়বা হৌনবিমী। ঐহাক্না উজরকই—চহি মরক্ হেল্লবা বামোন অমনা দণ্ডবোং ওকপদা মহাক্কী আওয়াবা অমা ওইরমমী। অতুমক ওইরাবসু অহল অত্ত ফাগী তৌবা তোক্লমদে। মুপী তম্মাথকনা মচামগু থরা পুতুনা লাকলম্মী অহল অত্তবু উবদা নুপী অতুনা থুরমজে। অহল অতুনা নোকলা নোকলাতুনা হায়রকই—নংবু উরগা আওয়াথবী পাম্বীবু নিংশিংলকই। হায়বদি অঙাং ময়াম অতুনা পাম্বীবু কোয়খিম্না লৈবগুম্বনী। মুপী ময়াম অত্ত ওয়া লাওনা নোকলকই। মুপী নচা অমানা লৈ য়াম্না থেংতুনা লম্বী চংলি। নহা ময়াম চংশিন্দনা হায়রকই, নিংথিজরবী ইবেমা, মুপী লৈনমনা নতুংদ থোইমু য়াম্না ইরেদা। মুপী অতুনা থুমলকই থোইমুসি দ. মুক লৈত্তবনি ফিখিগত্ত। অমুম তোত্নুনা লম্বী অগুম্বা হায়াও তায়াম্বনা শব্দ না লৈ। অসি ঐহাক্না মণিপুরদা উজরকই।

ময়ম অমা উজরুবদা ঐহাক গুমহৎখি হায়ও কুমহৈ অয়াম্বদা মুপীগী শরুক্না য়াম্মী। হায়াও কুমহৈদা চহি মরক্ হেল্লবা হম্নবীসু য়াওরী। থোমথ্কলিবা অঙাং অতমু মমাগী নংগম্দা তোংতুনা লাকই। মৈতৈশিংনা অঙাং-শিংবু জাপানীগুম্না নংগম্দা পোতুনা পুনৈ। অতুবু অঙাংশিংতু কম্না লাওবা লৈত্তে। ময়ম অত্ত ঐহাক্না থিজিন্নিংখি। অঙাং কপ্পনা কলিকাতাদা থিয়েটার য়েংবা আওয়াবা অমনি 'অতুবু মণিপুরদা অতুগুম্বা লৈতে। মফম অসিগী অঙাংশিংসিবু কপ্পা হৈত্তয়া? কপ্পা য়াম্না হৈ অতবু কপ্পা গুমদে। থিজিন্নবদা থংজখি অতুদি মমানা অঙাং অতুগী মচিন্দা চিনি তৈরবা উগী গুলি অমা লংনা কিশিন্দুনা উমহল্লী অমসুং য়োংখিদনবা লগু মতোন অতুনা মনাদা কিসিন্না থম্মী। অতুনা ময়া কাথোকতুনা কপ্পা য়ারমদে। মথোম পীথকপা মতমদা মমানা অঙাংতুবু নংগম্দগী মাংলোমদা লৈথহন্নগা থোম পীথকই। অঙাং অতুসু থোম থকতুনা মবুক থনজরে। মমাসু কুমৈ অত্ত মথিং পেম্না য়েংজরে। মওং অসি উবদা মুগুায়রবা হায়বাতুনী। ঐহাক্না থাজবা অমা পোকখি অতদি কলিকাতাগী থিয়েটার কোম্পানীনা থিয়েটার য়েংবা লাকপা মতমদা হায়দোক্লবদি য়েংলিবা মীসু অমসুং শান্নারিবা অভিনেতাশিংসু অওয়াবা অমা কোকহনবা য়াগনি। মুপীগী নিংতম্বা লৈপাক অসিদা লৌনম্বা (মুংশি শম্বদা) য়াম্না চংনৈ। বাঙ্গালাদা মুপী চাকশিন্নবনা

অমুক্তা ফাগি অসি উবা ফংদে। মণিপুরবদি 'ফাগী ভৌনবা' ওয়কতা আওয়াই 'ওয়াইথুম তৌনবসি য়াম্না চংলৈ মরম অসিনা থুংশিনা লৌনবা থায়নবা য়াম্না উবা ফংডি। তৌবাদি ফাগিগী লৈশাক অসিদা ফাগী হৈবা অমুবীনা ফাগী তৌনিংঙ্গি মৈতৈ সুপাশিংনা। মক্তোকতা কোয়েং য়েংলি, কোয়েং অদু মশানা মচু শংঙি। লৈ মচু নত্রগা কুমকুম মচু ( অঙাংবা ) কায়েং য়াম্না পাম্না শিঙ্গিল্ল লম্বীদা লৈশাবী অমানা পাখং অমদা তু যনৈ, ঐগী ফনেক অসি নংগী কোয়েং মচুগী রং শংবিরকউ। অসি হায়রগা সুপী মরকতা য়াম্না নোকনৈ। অতুদগী পাখং অতুনা খুমমকই "ঐগী লৈমচু লোয়খরে, মরমদি থমোয়ফী অসিগু লৈমচুনা" শংদোকখরে। অতুদগী পাশং অদু হারাওনা চোংফগী।

অসিগুম্বা ফাগী ফরাংগী ওয়াহৈ ওয়াতানা মণিপুর মতম অপুম্বা হারাওবাগী ইপোমদা লৈ হারাও কুমহৈগী রাজ্য মণিপুরগী মথুংদা হুডায় য়াইফবগী ইচেলনা লেপত্তনা, তত্তনা চেস্থরি। মণিপুরগী Pol Agent ওইরম্বা Maj Gen Sir Johnstone K C. S I না ১৮৭৪ ইংদা ইরম্বা লাইরিক My experinece in Manipur হায়বা লাইরিকতা ইরম্মি :—

Close to the Gateway is the place where the grand stand is erected, from which the Rajah and his relations View the boat races on the palace moat I say, View, as in old age a Rajah sits there all the time; but in the prime of life he takes part in these race, steering one of the boats himself These boat races generally take place in september when the moat is full, and are the great event of the year. Everyone turns out to see them, the Ranees and other female relations benig on the opposite side of the moat, for in Manipur, these in no Concealment of women, writle the side next to the road is thronged with spectators The boatmen, have a handsome dress pece lar to the occasion, and he whole scene in highly interesting The boats are cano hewn out of single tree of greatsize, and one are decorated with colour and carving

## অতিথি সৎকার

মণিপুরদা অতিথি অমবু ওক্কবদি য়াম্না অচৌবা থবক অমনি। অতিথি অমবু ওক্কবাসি ঐহাক্না অতৈ অতৈ রাজ্যদসু উজররকখী। অদুবু মণিপুরগা চাংদয়বা মত্তিকচাদে। হৌজিক ঐখোয়না অতিথি অমা লক্লাবদা Garden praty, Evening party, নত্রগা Dinner party না চিংবা অয়াম্বা পার্টি তৌনৈ। তোইওম্বাঙ্গুং Happy Valley দদি অতিথি ওরবদা কীর্ত্তন শকই। অতুগী কীর্ত্তন অদু ঐখোয়গী যাত্রা কীর্ত্তন নত্রগা বাউল কীর্ত্তন ওম্বা নত্তে। মফম অসিদা ঐহাক্না কীর্ত্তন অমগী ওয়া তায়জগে। মৈতৈ বামোন অমনা ঐহাককী সুপীগা মহাক্কী মচাসুপীগী মতা শানহল্লী। মতম অতুদা বামোন অদু আগর তলাদা লৈরমমী। ঐহাক্না মণিপুরদা লৈখিঙ্গেদা বামোন অদুগা উনানিঙম্মী। মহাক্কী শঙ্গায়

ইমফালজগী মাইল অনিরোম থাক্লা লৈক্লমী। ঐহাক্না মহাকপু উঅনিংনা লোক্লী হায়বা মহাক্লা পাও ফংখি। ঐহাক্না শাগোল গাড়ীনা মাইল অনিরোম চৎলগা 'মহাককী' ময়ুমদা থুংলখদা মহাককী ময়ুমদা মীরাম তিন্নবা উরম্মী। ঐহাক্না মহাকক্কী ময়ুম তেক য়েংবদা মহাক্না ঐহাককী খোংখুং হামদোক্লগা খোংগাম্দা থোরাংলম্মী। খোংখুং হামদোকলগা খোংউপ তোংদনা মহাকক্না ওক্লরগা লাইশং মাঙ্গল অমদা চংশিল্লে। মফম অদুদা মী-য়াম্না তিল্লমী। মরম অদু থংনিংদনা হংগে তৌবিভৈদা মৈতৈ খরনা চংশিল্লকতুনা ঐভোন্দা বার্তোন পুরকখি। বার্তন হায়বসি ত্রিপুরাদা পানা উৎপা থোরমগা অমফানী। বার্তন হায়বসি "বার্তা" হায়বা ওয়াহৈ দগী কায়থারকতুনা নিমন্ত্রণ তৌবগী অর্থদা লৌশিন্দুনা শিজিন্নবা ওইরমারে। লাকলীবা মী অদুদা পানা পিবা তৌনৈ। খোংখুং হামদোকতুনা ফমফমদা ফমলগা মী অদুবু লৈ-চন্দন অমসুং পানা পীদুনা ওক্লবা তৌনৈ। থোদো অসি অচৌ-মচা থায়দনা পুন্নমকতা চৎনৈ। অদু তৌদনা লাক্লীবা মী অদুবু ওক্লবা মপুং ফাদে হায়। বার্তন কৎপগী মরম অসি মৈতৈ মরকতা চৎনৈ। পুথম অমদা পান', কা লৈপরেং অমসুং চন্দনদা চিংবা পোৎচৈ হাপতুনা লুলুকথনা ঐগী ইমাংদা ফমথরে। মওং অসিনা অতিথি অমবু ওক্লরনি। লাইবকতা চন্দনগী ফোটা নম্লগা লৈপরেং শিজিনবিদুনা পানা পিরগা ঐহাকপু ওক্লাবিরে।

ঐহাক্না লাইরবগী ফিজেৎতা ঙায়শেনগা লোয়ননা চুংচক্লশনী। অদুবু তৌরম্মীবা থোরাং অদুগী মথৌ তাঙ্গদে অমসুং ঐহাক্না অদুক চাওনা ওকশিন্নফগনী থাজরমদে। ঐহাক্না নিংথৌগী লোয়নবা অমা ওইনাম্নু য়ুম অদুদা খোংদাজরুবা নত্তে। অসুম ওইনামক নিংথৌ অমা ওক্লবা থোরাং শিনবিরমবাদুগী মরম থংজখিদে। বামোন অদুদা হুংজকুবদা মহাক্না হায়বিরকই— মহাকসু ঐহাকপু নিংথৌগী লোয়নবা মী অমনি হায়দুনা ওক্লজবা নত্তে। অথাপ্পা লৈপাক অমদগী ঙাইশেন অমা থুংলরগা চৎনবী থোরম্মা ঐহাকপু ওক্লজরিন্নী। মণিপুরগী মপান্দা খুন্দারিবা মৈতৈ শিংনু অদুম হায়না চৎনৈ। অতিথি অমসুং ঙাইশেনবু মথোয়না লাইমি হায়না লৌই। মৈতৈগী খুংগং খুদিংদা অচৌব য়ুম অমা মণ্ডপনি হায়দুনা থমনৈ। মণ্ডপ হায়বাশি কনাগীসু সম্পত্তি নত্তে— ময়ামগীনি। মণ্ডপ অদুদা হারাও কুমহৈ, লুহোং খোংদোংবা পাংথোকনৈ। খুন অদুদা কনাগুম্বগী ময়ুমদা অতিথি অমা থুংলরবদি মহাক য়ুম অদুগীদা নত্তে, খুন অদুগী অতিথিনি। মরম অদুনা লৈকায় খুন অদুদা হারাও কুমহৈসু তৌনরিবনী। খুন অদুদা অথয়না অতিথি ওক্লানবা মী লৈপনৈ, কনানা করম্বা থবক পাংথোকপনী হায়বসু লুথাক লেংদোকপা ফাওবা অথয়বা মী অদুনা পাংথোকই। ঐহাক লাকপগী মরমদা মণ্ডপ অদুদা ময়াম তিল্লরিবনী। অদুগী থরচা খুন অদুনা অরবামথৈ পুথোকনৈ। পুং, ঈশৈ, শকপনা মহাক মহাক্কী পুং, কোরতাল পায়দুনা জয়দেব কবিগী ঈশৈ শকপা হৌগৎখরে। জয়দেব কবিগী ঈশৈ অদু মণিপুরী খোলহৈকতা শকলি।

ময়ক ময়কন্তা মুঙায়বা মুন্তাংদা হেন্দোক থোয়দোকপা ঈশৈ শকপাহুনা ভাবোক চংহুনা পানা খুদোন তৌরি। অহুদা নহা অহন খায়দে। ভাবোক চংবশী ঈশৈ শকপাদ্গী তঙায় ফদনা কংগদবা সম্মাননি। অদ্দা নহা-অহন চহিগী মরি লৈনদে। চৎনরিবা পরেং অসি ঐঙোন্দা য়াম্না থওয়ায় ভাবা অমা ওয়না থোকখি। লকু-লা অনৌবা অদ্বু কয়া কুপ্পা লৈখেক তৌদ্না য়াংপদ্ উরুরগা মণিপুরী হায়বসি য়ামনা মখুৎ মশা হৈ হায়বদি তাকলি। তাংলা অদ্দা পানা য়েংলম্মী। কীর্ত্তন অহু লোয়য়বা মতমদা ময়াম কোয়া পায়নাহুন্না অমুরক হয়া চংলকতুনা অতিথি অহুদা বার্ত্তন কংতুনা ইকায় খুম্না উংলম্মী। অহুগী মতুং অচা-অগক তৌরম্মী। অহুবু য়াম্না চাওনা লাংবা তৌদে। কাবোক চিনি তোংপা থোয়দিংগী তল অমসুং খুংগংগী উহৈ ওয়াহৈনা অতিথিদা চানবা কংলম্মী। মথায়া অহুগী মহাও কংলম্মী। মসি ময়াম অসি উরুরগা Happy Valley গী অতিথি ওরুনগী মমল অহু ঐহাক্না থংজরমম্মী। ঐহাক্না উজরম্মী অহুদি ইচম চমনা লাংলগা থওয়ায় য়াওনা কংপা উৎসব অমা। খুংগং খুংগং খুদিংদা অসিগুম্বা হিরম অসি মমাংতৈদগী অতংপা লৈতনা চৎনরকলিবনী অথাপ্পাদগী লাকলবা অতিথি অমবু খুংগং খুদিংদা তরাম তরাম্না মখোইগী নক্নবা অমা ওইনা চিংশিল্লি। মুপা অমসুং মুপী ময়াম তিল্লহুনা অতিথি ওরুবহু মপুং ফাহনখি। অমসুং ঐহাকসু য়াম্না থম্মোয় পেনজখি। ঐহাক্না লম্নাইগী তাইশেংনদি থম্মুনা চংচরুবনি অহুবু মঙৌ অহুদি খুংগং অপুম্বা ঐহাক্কী তায়শেন ওকতা ওইখরে। অহুদগী মুপী ময়কন্তগী ওয়াতা ওয়াহৈ, নিপা ময়কন্তগী ফাগী ফারাং অপুম্বাহুনা ঐহাকপু ওয়াতা হৈরবা মী অমা ওইহনখী। নুপী নিপা ময়াম চংহুনা ঐহাকপু অমসুং ঐহাককী য়ুমগী মী অপুম্বাসু চহিগী মতুংইন্না মীংগৌ কৌহনখি। অহুগী মতম সু য়াম্না ওয়াতা থেংনখি। তায়শেন মযাম ময়কন্তা ঘটা থরদং মাংএবা হায়াওবনা নুঙায়হনখিবদো ঐহাক্না পুন্সী চুপ্পা কাউজখিদে অমসুং অহুক নুঙায়বসু ফংজখিদে।

## দাসত্ব প্রথা

মণিপুর য়াজ্যগা ঐখোয়গী য়াজ্যগা য়াম্না নক্নবা মরি অমা লৈবসি তায়শেন থোক্নরতা নত্তে য়াজ্য অহুগী ফিভম্ য়েংলুবগা অমগা অমগা চাংদম্নবা য়াবনি। মণিপুরদা "লালুপ" হায়বাদি মপানগী মীনা মীনাইশিন হায়না খংনরবনি। অহুগুম্বা লাল্লুপ মণিপুরদা চৎনরম্মী। হায়রিবা মীনাইশিন হায়বসি ঐখোয়গী ত্রিপুরাদসু চৎনরম্মী। মীনাইশিন হায়বাগুম্বা তুকৎচরবাশিন অসি বৃটিশনা পাল্লিবা ভারততা চৎনফম্ থোকতে। অসিগী লাল্লুপ হাযবসি করিনো অমসুং করম হায়না চৎনৈ হায়বহু থংলবদি অসিবু মীনাইশিননি হায়না কনাসু হায়রোই। ইংরেজ Pol Agent অমনা দেশীয় য়াজ্যদা চৎনবা রীতি অহু মীয়ুং-শীগা য়াওনা য়েংশিল্লবদি মহাক লাইগুম্না থবক পাংথোকপা ঙমগনি। মণিপুরগী Pol Agent অমনা ইরম্মী —

The Manipuri paid very little revenue in money, and none in direct taxes The

land all belonged to the Rajah and every holding paid a small quantitiy of rice each year The Chief payment was in personal Serviec The system known by the name of "Lalloop" and so often miscalled "forced Labour" was much the same as formerly existed in Assam under its 'Ahom Rajahs" ( My Experience in Manipur P 113 by col Johnstone )

ভুবংচরবা মীনাইশিন মমিং ওস্থোক্পা চৎনরবস্থ অদুগী ওদুনা আসাম থুমহল্লে। হৌজিককী চাওথংলবা যুগ অসিদা দেশীয় রাজ্যগী নিংথৌগী মথৃভা নত্তে চা থারিবা মপুশিংগী মীংস্থশি থংন্দ্রবা নৈবা, ওৎপনা। অতোপ্পা মফমদাস্থ খুদমগী করিস্থ ওয়াৎপা লৈতে। আফ্রিকা, ফিজি ওসিফাওবা মীনাইশিনগী মথৃৎতগী মানথোকস্ত্রি। আমেরিকাগী কিউবা দ্বীপতা মীনাইশিনগী মথৃৎতগী নানথোকস্ত্রি। অমেরিকাগী কিওবা দ্বীপতা মীনাইশি' ১৮৮৭ খৃঃ দা থিংখি।
The system of slavery was finally abolished from Cuba Island in 1887 ( America through Hindu eyes by I B De Majumder )

অস্থগুম্বা ভুজুংলনা চৎনবা অদু ইদবানা ফগনী। ঐখোয়গী দেশীয় রাজাগী মগুণদা চৎনরিবা মযাম অসি ইউরোপকী দেশদুগা চাংদম্নবা য়াদে। মীনাইশিন অমস্থং সন্তী মৈথাবা হায়বাসি ভাবদা ঐখোয়গী ভুজুংলী। হৌজিক কাওবা ইংরেজনা পাল্লিবা দেশীয় রাজ্যাসিদা অদুগুম্বা চাওথংক্রবা লম্বী চৎনবা য়াব্রা? অদবু মেহুলভানা মশাদা কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈনা থাওয়াই থাখিবদু ঐখোয়না সভীদাহনি হায়না পোংজরি। রাজ্য অমগী চৎনবি অমগা রাজ্য অমগা চাংদমনবা য়াদে। ঐখোয়গী ত্রিপুরা রাজ্যদস্থ মীনাইশিন লৈরম্মী। অমস্থং হৌজিকস্থ মওোং ওস্থোক্পা লৈরী অদুবু মদু Slavery কৌবাদি য়াত্রে। ১৮০৮ সালদা Mr. Button না ঐখোয়গী রাজ্যগী Political Agent ওইরম্মী। মহাক্না ইহান হাম্না মীনাইশিনগী মরমদা ওম্না য়াম্না পুথৎলকখি। ইংরেজনা পাল্লিবা রাজ্যদা মীনাইশিন চৎনবা য়ারোই হায়দুনা মহাক্না থাজরম্মী। মরম অদুনা ঐখোয়গী রাজ্যদা মীনাইশিন চৎনবা য়ারোই হায়দুনা নোংগাথৃবা মহারাজ বীরচন্দ্র মাণিক্যদা হায়রম্মী, মরম অদুনা বীরচন্দ্র মাণিক্যনা Slavery হায়ববদি মীনাইশিন রাজ্যসিদা থিংখিরম্মী।

তৌইগুম্বস্থং অদুগী মতৃ করি ওইখি অমস্থং করি ওইরকখি। অদু হায়বদা ঐগী থম্মোয়দা অওয়াবা কংখি। Colnel Johnstoe গুম্বা থম্মোয় চাওরবা Political Agent লৈরম্মবদি মহাক্না অসিগুম্বা চৎনবি অসিবু চাওথংভবনি হাযবদুনা করিগুম্বাদস্থ হায়রোই। মহাক্না অসিগুম্বা চৎনবা অদু মুংথিদনবা হোৎনরমগনি। অসিগী লালুপকী মরমদা মহাক্না হায়খি

I hear that "Lalloop has been abolished in Manipur since we took the State in charge, we may live to regiet it, the unfotinate Puppet Rajah certainly will .Vhy can not we leave these alone, and

attack the real evils of India that remain unredressed The native System has much good in it much to recommand it, and that it is in many cases the natural out growth of the requirements of the people ( My Experiences in Manipur P 115. )

অসিগী লান্নপ অসিবু মৈনাইশিংগি হায়বদি চাকুরী তৌবসু মৈনাইশিংগি হায়বা যাই। অদু ওইরবদি ইংরেজ কর্মচারীশিংনা অসিগীদমক অদুক য়াম্না ওয়া চংলি। অদুগী মরমদি Col. Johnstone না হায়রি—

Unfortunately, our so called statesmen are carried away by false ideas of hmanitarianism and a desire to pass in every way as the exporets of civilisation, that is the last fad that is uppermost, and the experience of Ages and the real good of primitive people are often Sacrificed to ignisfalus ( My experiences in Manipur P 115 )

মহাকশুম্বা খংখোয় চাওরবা Pol Agent পংনা খোকাতে অমসুং মহাক ভসেংনমক মণিপুরগী মরূপনি। মসি মণিপুরদা লৈবা মীপুম খুদিংনা হায়রিবনি। মহাক্কী মমিং নিংশিংনা মমিংতগী পী শিন্তবসু য়াওরি। লায়রপপু মৈনাইশিংগি হায়বনদি ত্রিপুরাদসু মীন ইশিন তোকহনবগা অর্থ অমত্তা ওইরে। নিংতমলবা ত্রিপুরাদসু অসুশুম্বা চংনব লৈরমগ্রবদি ত্রিপুরাগী মমিংচংলবা পাক চাওরবা দীঘিসিংছ "সাগর" হায়না মমিং চংশমমোইদবনি। প্রজাশিংবু ইশিং ওয়্যাংহন্দনা ওসিকাওবা নিংশিং নিংঙাইবা ওইরম্মোইদবনি।

১৪০৭ খৃষ্টাব্দদা ইনিংথৌ ধর্মমানিক্যনা কুমিল্লাদা ধর্মসাগর হায়বা পাকলবা দীঘি তৌরম্মী অমসুং অদুগী উপলক্ষদা দীঘিগী ফিবাম্না লম স্রোন ২৯/দ্রাবিড় গোষ্ঠী বামোনদা দান তৌরহুনা রাজ্য অসিদা খুন্দাহনখি। অদুগী তাম্রশাসন অদুদা ইরম্মী 'ঐগী শাগৈগী ইচাইশু নত্তনা অতোপ্পা শাগগী মীনা রাজ্য অসিগী নিংথৌ ওইরকপদা মহাক্না ঐনা তৌজবা দান অসিবু য়াবিরম্বি ঐহাক্কা মপোক মপোকতা মহাক্কী মীনাই ওইজগনি।" চহি ৫১২ মমাংদা হিন্দু নিংথৌঅমনা হিন্দুগী ওয়াখল্দা দীঘিঅমা তৌরম্লাহ ওসিক্যাওবা কুমিল্লা সহরনা ইশিং থক্কুরি। দীঘি অসি তৌখিবগী মরম অনি লৈরম্মী। দ্রাবিড় রাজ্যদগী বামোন পুরকতুনা খুন্দাহনবা অমসুং আরাকানগী নিংথৌনা চট্টগ্রাম লৌশিনখ্রবদা মাইটল হায়নদি লৈবাকতৌবা প্রজা থরা ত্রিপুরা নিংথৌদা চংজখিরম্মী। প্রজাবু মুংশিরবা ধর্মমানিক্যনা মথোয়বু য়াকপা ওইনা দীঘি অসি তৌহনখি।

High embanked roads were made throughout the country and large tanks, lakes appropriately termed 'Seas, were exavated under former ages in other parts of India are due to something of same kind ( My experience in Manipur P 114 )

মমাংডৈগী চংনবি অপুম্বা আসাম কোচবিহার, মণিপুর অমসুং ত্রিপুরাদা অমত্তা ওইনা তৌরম্মী। মরম অমত্তংদগী অপম্বদ শাকথে। তেক্লখিবগী মখল্লা কংখবা ওইবহ

অমাংবগা চাংদমক্তা Col. Johnstone গী ওয়া অইতা নিংশিংবা।

লাম্লপ হায়বসি মণিপুরগী আইন তৌহনা তোকহনখে। অদুগী আইন বৃটিশ গভর্ণমেন্টনা সেমখিবনি। মখোয়না থমখিবনি অমোংপা অমা কোকখে হায়বনা। তৌইগুম্বসুং অমোংপা-দুদি পকতুনা লৈহৌরি। শাগৈপরি নাইনা ওয়াইহৈংগুম্বা চাকতুনা লৈরি। অদুগী দোষনা লাইবক থিরবা মিংথৌনা পুরি। লাম্লপনা নিংথৌ অমসুং প্রজাগা লৈনবা মরুবা মরিঅদু মীৎনা উদনা ওয়াথনা শাজনবা ফংলোই। লাম্লপ চল্লিবা মীয়োয়শি, যুম অমগী মীওয়লি। যুম অদুগী থৌদোক অমাদা মখোয়না কয়া থওয়ায় য়াওরি। মপুগী অমম ফত্তাবদা মখোয়না শরুক য়ারি। তেংথদি সুংশিবগী লিচিংরক্তুনা মপুগা মনাইগা করি মরি লৈনগদগে। মিয়াম লোয়নবদা লম অদু খাদোকখগা মী অদু নিংতম্বা ওইরবনি। হৌজিক্কি প্রজাসু অদুগা খেন্নদে।

অদুতসু নত্তনা মিংথৌগী মাইপৈদগীসু থমনিংডাই লৈরি। মখোয়দি ঐখোয়গুম্বা নত্তে। নিংথৌগী মুন্ডায়বা হায়রাও কুইম্নদা রাজসিক ভাব অমা লৈরি। মরম অদুনা নিংথৌনা প্রজাশিংগী মথকত্তা থরা থৌদাদ। য়াদ। থুদম ওইনা শাদানব চংপা তারে। পোংচৈ পুনবা গাড়ী চামা চামা মথৌ তারকই। লুপা পৈশা পীতুনা লোংমাদা মতম অমগুদা অদুক রাঙ্গা গাড়ী থোঙ্বা ফংলোই। অদুনা মিংথৌগী চৈরাক থরা উৎতুনা খোঙ্বা তারকই। মফম পুন্নমকত্তা অসুম্বা চংনবনি। তৌইগুম্বসুং নিংথৌগী ফমত্তা নাথোকখিবানা প্রজাশিংনা মরক মরকত্তা নিঙায়রুকন্তে। চাওথংলবা মতম অসিদা চংনরি শাদানবাদা নিংথৌনা লাম্লপ খোমেনিংঙি। অদুদা প্রজাসিংনা ওয়া চংলকলে। ওয়া চংবগী মরমদি প্রজানা নিংথৌদা খাজানা কাবনা রেজা অমসুং নিংথৌগা লম মপুগী মরিতা মডায়রে, নিংথৌ অমসুং প্রজাগী তংনদবা মরিদু লৈখিদ্রে। অসিনা দেশীয় রাজ্যগা ওয়াবা ইচেল অমা পুশিন্নকলে। ঐখোয়গী ত্রিপুরা রাজ্যগসু য়াম্না অরিবা চংনবি থরা তোক্লবা ত্তাথি। মতু ইংরেজ সরকারগী ইথিন্দগীতা নত্তে, মথানগী হৈশিংলবা কর্মচারী থরগী পাম্ব ওই-খিবনা চংনবাশিংদু তোকহনখি। মখোয়না খল্লি অমোংপ কোকখ। তৌবদি অমোংপাদ অদুম লৈখিগনি। ঐখোয়গী রাজ্যদা "তৈথুং" হায়রা অমা চংনরম্মী। মসিচিংলকতা চংথোক চংশিনগী দুমক লৈরম্মনি। চিংলকতা খুন অমাদগী খুম অমদা চংপা তারবদা খুন অদুগী প্রজাশিংনা চংলিরা মী অদুগী মপোৎমচৈশিংদু খুন অমা তানা থিনবিরগা খুন অদুদা চাক চারা অমা চানরম্মী। রাজ্যগী ফিভম অসিনা মসি য়াম্না কায়বা অমা ওইরম্মী। হৌজিকতি প্রজা-শিংনা পৈশা লৌতুনা কাকথোং পুানংদে অমসুং মুটিয়াগিরি তৌব দা য়াম্না আপত্তি চংলকলে। অসোয়দানা বিশ্ববিদ্যালয়গী ডিগ্রী পায়রবা কর্মচারীশিংসু চিংলকতা রাজ্যগী মতুংদা চংনিংদরে মরমদি চিংসুংদা চংথোক চংশিন য়াম্না ওয়াই অমসুং শিক্ষিত ওইরবা কর্মচারী-শিংনা মম দমু অহঙ্কুম্বা ফিভম অদু লাম্বা ফংদে। রেলগী কম্প'নি থমখো খোংলম্বীকাওবা লৈতে। বৃটিশকী মখংদা ( Travelling Allowance )

প্রথম শ্রেণী, দ্বিতীয় শ্রেণী ভাড়ানা চৎথোকচৎশিন তৌবাহনা মখোয়গী ওইজরে। অহুনা ডেস্কতা ( Desk ) ফমহনা হাকিমী তৌবানা মফয়ে। অহুনা প্রজাশিংনা হাকিমগী মমাক অমুকতম্ব উবা ফংরে। অসিবু চিংলম ওইরাবা ত্রিপুরাগী মহাইবক থিরাবা হায়বহুনি।

মমাংঙৈদদি চিংমীদগী থিল্লিয়া সেপাই হায়না লৈরম্মী। মখোয়না মখোয়গী থবক পাংথোকপাদা T. A. ভাতা ফংলমদে। অহুনা বিলম্ব চাওশাংলমদে। অহুবু থবকতি ইজাতি অমম্ব ইমা লৈমাগীনি থল্লুনা য়াম্না চেৎকসিন্না পাংথোকলম্মী। অহুগুম্বা ওয়াখল অহু হৌজিক লৈতরে। হৌজিকতি হোংলবা চাকুরীগী কৈথেল অসিদা বানার্জি, মুখার্জি, ঘোষ, বোস, অমম্বুং সেনগী শাগৈনা পুলিশতা চংহনা মখোয়গী জাতিগী চাওখৎ ওয়াখলদা চীংমীশিংগী অওয়াবা অনাবা থংবিদরে।

মমাংঙৈদা আলং হায়না চৎনবি অমাম্ব লৈরম্মী। মসিগী মতুং ইন্না রাজা অসিগী থবক অপুম্বা পাংথোকলম্মী। মসি অচম্বা ফৌজ ( Irregular Force ) হায়বস্থ য়াই। ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা আলং হায়বসি চৎনরম্মী। ঐবু পোকপা পাবুং নোংগাথ্রবা ভারতচন্দ্র ঠাকুরনা আলং অসিগী আলা হাজারি হায়নদি ফৌজ অসিগী Chief Cammandant ওইরম্মী। মতম অহুদা ফোর্স অসিদা মী ৩০০ লৈরম্মী। হৌজিকতি অহুগী মহুন্না মিলিটারী অমম্বুং পুলিশগী মওংদা ওইগে। ঐহাক ইশামক মিলিটারী ডিপার্টমেন্টকী চিফ কমাণ্ডিং অফিসার অমনি। সৈনিক বিভাগকী মকোক অমা ওইনা থবক পাংথোকলি। মতম অহুদা নোংনা লাইরিক হৈরবা অমম্বুং অনৌবা চৎনবি মতুং ইন্না কর্ণেল হায়বা ফম অসি অফবনি অহেনবনি খল্লম্মী। হৌজিক ঐহাক পোথাক্কয়ে অহুবু পদবী অহুনা ঐঙোন্দা লাইনা তৌনা নপশিন্দুনা লৈখি অমম্বুং ঐহাক মহুগী মহৈ চারি।

ত্রিপুরা রাজ্যগী অওয়াংবা শাগৈ মরকতা শাগৈগী থাক থংনববা চৎনরম্বা অমা ঙসি তোরুখিবদা রাজাসিগী অচৌবা শাগৈশিংগী কয়াম্না অকায়বা অমা ওইথরে হায়রবহু ঙসি থম্মোয়দা ফাওরি। "পিছরা সেবক" হায়রহুনা ঐখোয়গী য়ুমগী মনিংদা প্রজাশিংগী খুংগং অমমম লৈরম্মী। য়ুমগী মনিংদা লৈ গায়রহুনা মখোয়বু "পিছরা সেবক" হায়নরম্মী। মখোয়গী থবক হায়রবহু মখোয়বু চাক থাকলিবা মপুগী সেবা তৌবা নত্রগা মপুগী চাকুরী তৌহনা মপুকচাক পুজবা। মখোয়না ঐখোয়গী পাক্সন ওইরম্মী। ঙসি মখোয় লৈতবদা ঐগোয় পাক্সন শোন্দরে।

থুগায়দি অমা নত্রে অমা মীনম্ব ঙম্বনি অহুগা অন্নায়বা শেমগৎপদি মীখোইনতা ঙম্বনি। অরিবঃ রাজ্যগী অরিবা চৎনবা থুগায়বদি অরায়বা পোৎনি। তৌইগুম্বম্বুং শেমগৎপদি ওইদরে। মতম অহুদা মপু ওইরবহু মহাক মখোয়গী patriarch নি। চীংমী প্রজাদগী সেবক হাপনরম্মী। 'জুম" উবাদা চাবা ফংদবা কাংলুপ অহুনা সেবক ওইহুনা মপুকচাক থনজরম্মী। অয়াম্বামৈনা মশাবু অমম্বুং য়ুমগী মীবু য়োম্বোকঃমদে। মরক মরকুতা কনাগুম্বানা য়োল্লয়বম্ব

মদ্‌ "বাঁধা বসা" হায়বদি লম্পা পুক্কনগা শেনদোয় শেল্লেপ খিংবা ঙমদদ্‌না চাকুরী হায়থদি থবক ঙবিদ্‌না অত্তোনবা ( ঋণ ) কোক্লম্মি। ঋণ কোক্লবদা মহাক খালাস ফংলে। অমাম্বা মীনা মশা মত্তোমতা লাকচদ্‌না নিংথৌ কোম্লুং নত্রগা ঠাকুরগী কোম্লুংদা সেবোক ওইহুনা চংজরম্মী। মখোয়নসু সেবোক ওইরিবা মীয়োয়শিংদো মহাক্কী যুমগী মীওয়া য়েংশিন-বিরম্মী। মখোয়গী ফিজেৎ চাকচাত্তা নত্তে মরকমরকতা লিককোনস্তু থোনবী। অদু নত্রবদি মপুগী ইকাই খুম্নবা ময়েং তারে হায়না খল্লরম্মী। হৌজিকত্তি মসিগী চৎনবসী থিংখিবনা ত্রিপুরাগী প্রজাশিংনা শেনদোয়দা লম্পা থাদোক্লবা মীযোয়শিংগী মথুৎতা তারে অমসুং য়াম্না মীয়োয় থিনা ওয়রে। হৌজিক মখোয়পিছরা সেবোক ওইদ্রে। তৌইগুম্বসুং নোংনোংমগী শেনদোয় কারিবা মহাজনগী মথুৎতা অওযাবা ইকাযবা ফংলিবসিদি মীনাইদগী হেন্না তোম্বরে। ফিজেৎ চাকচাগী দমক মীগী মাইৎক যংহুনা লৈরিবা লাইরবা বাজ্য অসিদা নিংতম্রবা রাজ্যগী মতৌ, তম্বা যাববা? অদুনা করি ওইরকই হায়বদ অরিবা চৎনবি থিংঙ্‌কদগী ঙসি ওইরকলিবা ফিবম অসিনা ঙাকপনি। মীবু মতিক চাবা শিক্ষা পীবিহুনা মহাকপু থবক সুবদা মতিক চানা শেমবিয়ু মখোযসু থংজসনু মখোয়সু মীনি হাযবদু। অদু ওইরগতা মখোযনা মখোযগী মফম শংজগনি, মখোযগী অচ ওরম কাবদা কনানা থিংলুগনি। ঐখোযনা অদু পাম্মী। অদু তৌদহুনা অরিবা চৎনবীবু খিংলবদি মখোয়গী অওয়াবগী ফিভমতা হেনগৎকনি।

নোংমা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা অহনশিংনা হায়বদা তাজখি, ঐখোয়গী পিছমা সেবোকশিংতু থাদোকপা তারে অমসুং ঐখোয়গী য়ুমগী মীশিংনা মশাগী থবক মশানা তৌবা তারে। অসিগী চৎনবাসি গবর্ণমেণ্টকী ওয়ায়েন মতুং ইন্না ১২৮৮ ত্রিপুরাব্দ ( ১৮৭৮ খৃঃ ) গী আষাঢ থাগী তারিখ ১৭ তা আইন তৌহুনা থিংনবগী দমক লাওথোকখ্রবনি। বক্ষোক থম্মবাসি আইন তৌহুনা থিংখ্রবনি। যুম খুদিংদা লৈরমলিবা মীনাইশিং অদো থংহৌদনা নিংতম্রবা ফংবহুদা অচৌবা অওয়াবা অমা হাযবহু ফংখ্রে। ঐখোয়গী শেগাদা মুঙায়না চিন্তা লৈতনা লৈজরম্বহু থাদোকতুনা চৎনিংলমদে কপ লাওনরম্মী। ঙসি মখোয় নিংতম্বা ফংলবস্তু মপানা হায়গী মীথাপোম্বত্ত শামম্মী। মহাক্ক হৌজিকসু ঐখোয়গী যুমদা থবক সুহুনা চারি। অদুবু হৌজিক মহাক্না নোংমগী ফংলিবা মজুরী অদু মমাংঙৈদা ফংলম্বা খুদোংচাবা শিংতুগা চাংদম্নকরবদি য়াম্না লিকথে। সংসার অমা পুবদা য়াম্না ওয়ানা থোকই। মখোয়গী অওয়াবাশিংহু ঙসি চাহি ৫৮ সুরবা ফাঙবা উহুনা লাকপসিনা থম্মোযদা মুঙায়নবা অমা পোকলি। ইকা খুম্নদনা হাযরবদা মখোয়গী মরকতা থবনা এক্কবী পুপী অমা ওইহুনা রাজাগী moral atmosphere বু অমোৎপা ওইহল্লী।

ঐখোয়বু মচাগুম্না য়োকপীরম্বা অমসুং মমানা মচাগুম্ব লাকপীরম্বা মখোয়হু ঙসি কলিকাতা, কৃষ্ণনগর অমসুং নবদ্বীপকী মফম মফমদা অয়োকপী ( রক্ষিতা ) পুপীগী ফিভম ওইবকপগুম্না বাজারদা তাংহুনা লৈবা তাখ্রে।

ঐথোয়গী খাইমা ওইরবা মুপী অমা নোংমা নবদ্বীপকী লম্বীদা ভিক্ষা নিহুনা চৎপা ঐনা থেংনরম্মী। মহাকপু ঐনা মশক থংলম্মী। ভৌইশুম্মমুং মহাক্না ঐহাকপু থংবা ঙমখিদে। ঐনা ঐহাক্কী মশক ভাকলম্মী। অদুবু মহাকতি থংবা ঙমদ্রে। ঐনা ঐগী অভাং ওইরিবৈদা কৌনবা মীং অদু হায়রবদা মহাক ভাব ভারকলে অমসুং লমজাওগী মথকতা ওনথোরনা কপ্পম্মী। মহাক্না রাজাগী নিংতম্মা ফংখিবাদী আইন অদুবু অভিশাপ পীখি। অদুগী দৃশ্য অদু য়াম্না থম্মোয কায়বা দৃশ্যনি। ঐনা নবদ্বীপতা লৈরিবৈদা মহাকপু কৌরকতুনা ঐনা লৈরিবা যুমবুদা পরিচয় পীবিরম্মী অমসুং মহাকপু যুম অদুদা থম্বিখী। চহি অমগী মনুংদা মহাক নোংগাখরে। ভেক ( লমবোইবা ) লৌখিবম্মীম্মী মহাক। অদুনা ঐহাক্না শেন পুথোকতুনা মহাক্কী হৌনবী থবা তৌদুনা মহাক্কী মমিংদা উৎসব অমা কৎচখি। ঐহাক্না হায়জনিংঙি অদুদি Barbouts labour নি হায়তুনা মুপী অদুগী মথকতা নৈওৎপগী দরকার লৈরমদে অমসুং অভাবতগী স্বভাবসু মাংথরকখিবনি। হায়খিব্রা লাম্নপ মণিপুরদাগী খিংখিবদগী মণিপুরগী নৈতিক জগৎ অমম্বনা কুপশিনখ্রে। Happy valley দা Happiness লৈতরে। ফত্রবা শাজৎ থরা ময়োন হুন্নকলি।

মুপীগী নিংতমবা রাজা মণিপুরদা কান্নবা-থরা লৈরম্বদু হৌজিক মথোয়গী সমাজতা মী পুন্নমক্কী মফম চপ মান্নরমই। অদুনা সমাজতা অমত্তা ওইবা লিচিংঅমা পুরকখি মথোয় য়াম্না মুঙায়না লৈরম্মী। হৌজিক অদুগী মুঙাযবা সমুদ্রদু কংথরে। সমুদ্রদু লৈথোম থোরকলে। মতমচানা কনানা লৈথোম থোংদোকলি ঐহাকতি থংজদরে। খুদম অমানা ফ্রেজ্জোকলি হায়না খল্লি। মণিপুরদা মণিপুরী মুপীশিং প্লেজগী অয়োকপী ওইনরে অমসুং ইফোং ফোংনম্ন লৈথিম্নরে।

সুরেশিয়ান টেলিগ্রাফ মাষ্টারনা মণিপুরী শেংনা থোকলে হায়বা তাবদা ঐনা মহাক্কী মাষ্টার কনানো হংজরুই। মহাক্না খুমলকই "I have got a living Dictionary" হায়রবদি ঐহাক্কী মথওয়াই পানশা ডিক্সনারী অমা লৈ।"

মণিপুরগী নৈতিকশমচৎ ঐহাক্না উজর কবপহু মফম অসিদা ইহুনা ঐহাক্কী থাবজৈ চাং তাহল্লিংদে। য়াম্ন অমোৎপা মহেক অমা লান্নগনি। মরম অহুনা মফম অসিদা তোকচরগে। মণিপুরগী মপীশিংনা ধর্মগা মী দা হৌজিক জগোই ইশৈগী মপুংদা বাইজী অমসুং থেমনা জগোয পুশিন্নকতুনা মণিপুর এপুংমকতদা মীৎযেং থিরবা অভিনয় গরা চৎনরে। অসিগী জগোইথুৎপু পুহুনা জলা জলাদা চোল্লোনলি। Tea p'anter শিংনা সমাজ অসিদগী আয়াকপী মুপী লৌখৎলি। মণিপুরদা বাঙ্গালী ভদ্রলোক যাম্না লৈ অমসুং মাথাইতু লংম্রদা যুমদারবনি। অসিগী মরমদা মথেমগা ঐহাকা স্বামী শায়জরই। অদুবু নাকফোং শৈরকপা নম্রনা ভসেংবা পাওখুম যংজখিদে। বাঙ্গালী প্রাব অমগী Theatre party অমা লৈরম্মী। অদুদা মণিপুরী মুপী থরা অভিনয় তৌই। মথোয় য়াম্না মান্না অভিনয় তৌবা ঙম্মি। অদুবু ঐহাক্না মথোয়গী মরমচৎকী মরমদা খিজিনবা ঙমখিদবনা থোয়দোকপা হায়জবা ঙমজদ্রে॥

## চেরাব নত্রগা মণিপুর আদালত

মণিপুরগী অরিবা চিত্র থরা থিজিনজর্কবদা উজথি অতুদি ইংরেজ সরকারনা অরিবা থুদম থরদি য়োকপীরম্মী। বিচারশঙ অসিনা অরিবাগী ফিরান ওইনা হাইরি। মণিপুরদা বিচারগী মওং হায়গুম্মা তৌজিকস্থু চৎনরি। নিংশিংবাওমত্রবা মতমদগী মণিপুরদা বিচারগী আদালতপু "চেরাব" হায়না থংনৈ। "চেরাব" হায়রিবা কোর্ট অসিনা আদালতকী থবক্ক পুরি। মণিপুরদা নিংথৌনা মপুংফানা পাল্লিবৈদা মপানগী পাকম্মা থুং থিংজিনব্রিবৈদা অরিবা মওং "চেরাব" শেম্বত্ত ভসিফাওবা অতুম হায়না অতুম "চেরাব" লেংদনা লৈবি। হায়রিবা "চেরাব" অসি দেশীয় রাজ্য অপুম্বনা তমজনিংঙাযনি অএম্মুং মতৌম তমবা যাবা অমনি। চেরাবগী বিচারপতিশিংমী অমকপা লৈত্রবা ক্ষমতা পাযরি। চেরাব বিচারপতিশিং মন্তুংদা শরুক মভাগী শরুক অনি নিংথৌনা হাপ্পী। শরুক অতুম অমনা প্রজাশিংনা থনগৎলি।

মবম অতুনা নিংথৌগী মাইগৈদা মশিং হেনবা কৈদৌবৈদম্ম ভমদে। প্রজানা হেনবতা থাকই। চেবাবকী বিচারপতি মভা তিম্নরা ফমতুনা লেপাক্কী ওযাযেন পাংথোকই। উকিল চংবৎ, মোক্তার নংদবা, ষ্ট্যাম্প নংদবা, ১ নাং ইথোক ইশিন করিমত্তাগী মথো ভাদবা আদালতনি। অসিগুম্বা অরিবা ওনথোকপা আদালত অতুগী মতৌ অতু য়েংনিংঙ্গনা ঐহাক চৎলুর। করি উক্করে। বিচারক মভাগী মফম ফমফম মভাদা অভাংবা মচুগী ফরাংজী ফি মভা থাত্থনা লৈরম্মী ফম মভাত্তগী ফমগী মতিক চাবা ওইনা পনা তেংগোৎ, পিকদান, ঈশিং থুজাই, মোইবুঙ অমসুং লুপাগী মখোংদা খিনবা তিদাকপু থৌরাং তৌতুনা থমথরে। অমসুং ময়ামতু ভাকশেনবা, লানথোক লানশিংগী দমক মনাই মশেনশিং লেপ্তুনা লৈথরে। ওয়ায়েনশিংগী থবকতি হৌরমত্রি। কারকলিবা ময়াম থুংলোম্মাতুনা লেপ্পা ভাইরম্মী। ওয়াযেনশংদা কমবাগী অধিকার কনাগীস্থু লৈরমদে। মফমসিদা ওয়াচোয়, ওয়ারী ওয়াতায় শুবা যাদে। অভোক্পা লমগী মী ঐহাকপু উবদা তিনল্লিবা ময়াম অতু নাকোং ওনশিল্লনা মখোন থোকতুনা ওয়া ভাংনরম্মী।

হুপা অসি করিগীদমক ওযাযেন শং অসিদা লাকলিবনো? হংনবিমারে। মতম ওইরকপগা ভারে চেরাবশিং লেংশিল্লকতৌরে। মনাই মশেন পোৎপুবা কাংবু নিংথৌগী মশক নায়বা পোংচৈ ময়াম পায়তুনা ওকপা চংশিনখে। লাকলিবা বিচার নিজরিবা অমসুং অয়েংবা কাংবুস্থু মখোয়গী মতুং ইনখি। মোইবুং মখোন্না চেরাবশিং থুংলরে হায়না পাওনিন থোকখে। লোয়ননা শিনল্লিবা মীয়ামতু মণিপুরগী চৎনবী মতুং ইন্না সম্বাং-শাংনা ভানা থুরমলে। মসি মীৎনা য়েংগদবা পোংশক অমনি, নাকোংনা তাগদবা পোৎনক্কে। ঐহাকপু উবদা চেরাপশিংগী মকোক ওয়রিবতনা ভহাক লেপতুনা য়েঙখ্রে। ভকচানবগুম য়েংলমলগা য়াম্না লেম্না মসা মসাগী ফম-ফমদা চংতুনা ফমখি। মণিপুরগী চৎনবী মতুংইন্ন সম্বাংশাংনা থুরমশিংভম্বনী অতুবু কোক লোনতুনা করি তৌশি তৌরোই থংদতনা লেপতুনা লৈহৌরে। চেবাবশিং লেংশিনখিবনা হাললে। ভশেংনমক

ধর্মাধিকরণদা চংজরকলে হায়বাতু নিংখি। ধর্মাধিকরণগী ধর্ম অদু করিনো হংদে, অদুবু মহাক্কী বিচারগী উবদা চেরাব অসি অওইবামকক্কী ধর্মবতারনি হায়বদা চিংনবা লৈখিদে।

ওয়ায়েলশংদা অতৈ করিগুম্বা মখোন ভাখিদ্রে। বিচারগী থবক পাংথোকপা হৌখ্রে। লৈবাকতা সম্প্রাংশাংনা খুরুমলগা ওয়া কংপা লাকলিবা কাংবু অনিমক মখোন থানা কপখি। অমম্লুং ওয়ারোদবা, ঙাকপিবা, হায়না নিজখি।

ঙসি পাংথোকলিবা বিচার অসি অরুবা থৌদৌ অমগী মরমদনি। হায়রিবা চেরাবশিং অসি য়াম্না চাউবা অঙম্বা কাংবুনী। দণ্ডী পিবা ঙমবা, থাদোকপিবা ঙম্বা, নত্রগা নাকল অনি তিনশিনবা ঙমবাগুম্বগী অকনবা থুংলাই পাইবা অঙমবাশিংনি মখোয়সে। অসিগুম্বা থুংলাই অসিনা লৈবাক্কী শান্তি ঙাকপিরি মখোইনা। মোকদ্দমাগী হিরমদি :— মৌ নুপী মচা অমা মপামদা লৈরিঙৈদা মশা ওয়াই শংঙকখিদে। মহাক্কী মপুরোইবনা মরম অসিনা থাইনবগে হায়না ওয়ায়েনশংশিদা নিজয়ে। বিচার অদু লোইশ্বাংত্রিঙৈদা নুপী মৌ অদুগী অঙাং অদু য়েইথগে তৌদা মথওয়াই লানখ্রে। মরম অসিনা চেরাবশিং য়ামনা ওয়ারোখ্রে। মখোইগী মাইথোংদা অকনবা চৈবাক অমা পিবগী ভাব অমা উবা ফংখি। বিচারসি মণিপুরী লোনদা পাংথোকলম্মী। ঐহাক্না মণিপুরী লোন অদুপ নিংথিনা খংজদবনা ঐবু লংজিংবা লোয়ননা চংলিবা নুপাচুদগী ওয়াথোং অপুম্বা খংজিনখি। চেরাবক্কী চংনবী মতুং ইন্না বাদী-বিবাদী কাংবু অনিগী মনুংদা করিগুম্বা আপোষ ওইবা লোইশিনগে হায়বা তৌরবদি চেরাবনা অদু য়াবি অদুগা করিগুম্বা দণ্ডী, চৈরাক অমা পিবা থোকলাবদি সামাজিক দণ্ডী পিবি। বাদী-বিবাদী কাংবু অনিমকনা ওয়ারোন অসি তাইশিনগে হাইনা লেপ্পরবা অসিনদি চৈরাক অসি অদুপ অকনবা থোকলারোই হায়না খংবা ঙমখ্রে। অদুবু চেরাবশিংনা অদু তৌবা ঙম্রবসু মখোই পেনখিদবনা অকনবা চৈরাক থাখি। চেরাবশিংনা মাইথোং লুমনা, মখোন অরাওবদা মখোইগী য়াথং লাওথোকখি। হিদাক তৌরকপা থুংগংগী মায়বা অদু কনানো অরেপ্পা ফাবা ঙমত্রবসু। মতাকপুসু চেরাবশিংনা থাদোক নিংঙমদে। অদুনা মাইবা অদু লোই থাবা হায়না লাওথোকখে। লৈবাক্কী চংনবী মতুং ইন্না মহাকপু চৈরাক পিবা থোকগে। বাদী-বিবাদী কাংবু অনিগী মনুংদা শয়া অও লোয়নথ্রবনিনা মখোই নাকল অনিমক লৈখিত্রবা নুপী অদুগী দাহ সংস্কার ( মৈ-থাজগে ) তৌজগে হায়না চেরাব ওযাযেনশংগী য়াথং নিজরি। চেবাবক্কী মকোকশিংনা য়াথংদা হাথবিরি— লৈখিদ্রবা নুপী মৈ থাবা য়ারোই পাংলোযবা য়াবোই। পাপ চল্লবীনি। অদুনা অদুগুম্বা পাপী মরামগী যোংফমদা মশা অও লেংশকখ্রে। য়াথংশি লাওথোকখিবগা লোযননা মকোক ককথংলো হায়বাগুম্না নাকল অনিমক তেংথাননা কপ্পা হৌখ্রে। য়াথং অসি শনথোকনা অকনবা য়াথং ওইনা থোকখে। অদুবু অসিগুম্বা য়াথং অসি থবক পুরিবা মী ওযায়েনগী মপু অদুনা পীদবা যাত্রবা য়াথংনি। কাংবু আনিনা অদুগুম্বা অকনবা য়াথং অদুদগী কোকপিউ হাযনা

কপচা লাওজখি। চেয়াবশিং লেংখিদে। বক্সাদপি কাঠোয়াঙ্গি খুত্থনি কুশুবাদপি ওইডুনা লেংবা ছন্দা লাইদবা থাওমৈ ময়া শুগ্নালৈখি। ওয়াকংপা (বাদী) ওয়াখুম্বা (বিবাদী) কাংবু অনিমকনা মখোন বানা কপ্পা লাওবগা লোয়ননা কোকপিনবা নিজবা হেনজিনলকলে। অদুদা চেয়াবশিংগী মকোক ওইরিবদুনা অকনবা ওয়াকৈনা মখোইবু চৈখি। মহাকনা হায়বিনি হাকিম লেংবা য়ায়, হুকুম লেংবা য়াদে। অদুনা যাথং অদু ইনবা তাথে। ওয়াকংপা, ওয়া খুম্বা কাংবু অনিমক অসিগুম্বা শাস্তি অসিনা নরকতা তাবগী যন্ত্রনা ফংবা নংগনি হায়না অকিবা পোকখে। কাবু অনিমককী মচা-মশু হাকতক ফাউবা অসিগুম্বা নোঙদম থিরবা মুভাযন্ত্রবা ওয়া অসি কোকপা ঙমথিররোই হায়না ওয়াবা পোকখে। চেরাবকী বিচারপতিশিং ওয়াযেন শং থাদোকতুনা লেংথোকখে। লৈবাকতা তুত্থনা লৈতৌরিবা কাংবু অনিহু মখোইগী মকপ মপিজাতা ঙাইহৌরে। অশুম তৌদুনা ক্ষয়াম কুইনা মখোই অসি লৈদৌরিবা থংদ্রে। ক্ষমা চাইতে কাল সাপেক্ষ করেনা, মান সাপেক্ষ রাখে।

হায়রিবা চেরাবকী ওয়ায়েনশং অসিদা যুবরাজদগী হৌরগুনানিংথৌকোম্বুংগী অতৈ পুম্নমককীসুং ওয়ায়েন পাংথোকই। মসিগী মরমদ মথকতা পনখিবা কর্ণেল সাহেবনা (Col Johnstone) ইরম্বা যোক্ত মথাদা লৌথচেরি :—

I have already alluded to the tarbulent character of kotwal koireng the Maharaja's fourth son, and now again I was to have fresh evirdenee of it The Maharajah handed over the case to the cherap court for trial, and as might be expected, they acquited kotwal of the charge of causing death and found him giulty of injuring the other two They sentenced him to banishment for a year to the Island of thanga, in the Loktak Lake, and temporary degradation of caste, (My Experince in Manipur— P 113— Col Johnstone)

হায়রিবা কত্তোয়াল কোইরেং অসি মমৈথংদা মতিকমগুন লৈরবা, অচৌবা ফমনাযবা মী অইখিবা মতম মহাক্কী মমিং 'টিকেন্দ্রজিৎ" খোনখি। তৌজিক মতমগী ইতিহাস থংবিবা মণিপুরগী মীশিংদি টিকেন্দ্রজিৎকী ফিভম্ মতুংদা করি ওইখি শোয়দনা থংবিরমগনী। অসিগুম্বা মতিকমগুণ চাউবা, লুচিংবাশিংবুসু ওয়ায়েন তৌবিবা তৌবা ঙম্মিবা ১সুং ওয়ায়েন মতুংইন্না যাথংসু লাওথোকপিবা ঙম্মবা চেরাবশি লৈবাক্কী পুম্নমকনা অথাবা ওয়রমগনি হায়বাসিদা চিংনবা লৈতে। ঐখোয়গী ত্রিপুরা রাজ্যদা চেবাবগুম্বা ওয়ায়েনশং লৈরবসু, চিংগী ওয়াযেনশং (পাহাড আদালত) হায়না চংনবী ওয়ায়েনশং অমা লৈরম্মী। শেন ইচং-চংদনা, উকীল, য়াওদনা মী পুম্নমক মণ্ডীকচাবা ওয়ায়েন ফংজরম্মী। অদুবু ঐখোয় ইমাই পাংঙকপদগী, সভ্য ওইরক পদগী (সভ্য-ভব্য), ভব্যগী ময়ম্না অসিগুম্বা কম্না অফ ফবা মমল য়ামলবা পোৎশকশিং লৌথোকখরে। ১১৮৮ ত্রিং ইঙা-২৭নি (১৭৭৮ খৃঃ) হুমিত্তা মীনাই থম্বা য়াদবা (দাসত্ব প্রথা) য়াথংগা লোয়নন অতুগুম্বা আদালত অত্ত থবক লেপহনখে। মগুন চাউরবা গভর্ণমেন্ট (ইংরাজ)

আসিনা মণিপুর রাজ্য অমদি মনিপুরগী প্রজাশিং মতম পুন্নমকতা, মরম খিবিকতা চানামীংয়েং তাবিবগী মরম্না চেরাব হায়রিবা চংনবি অসি মনিপুরদা হৌজিকসু, লৈরিবনী লৈরি, লৈথিগনী। অসি মনিপুরগী কান্নবা অচৌবা অমনি, হায়মনবা ওয়রোয়।

## মণিপুরদা লুখ্রাবী লু-হোংবা

লুখ্রাবী হন্না থাজবা অসি বাংলাদেশতা হৌজিক কাউবা সমস্যা অমা ওইনা লৈরি। বিদ্যাসাগর[২] ইবুঙো, লৈখিদ্রে অতুবু সমস্যা অসিগী মৈচাকতি ওসি কাওবা মুংদ্রি। ওয়াইমৈ গুম্বা মুংপানাইদনা লৈরি। কনানা করম হ যনা মসি মুথংলগদগে, মুংলগদগে হংবা ওমদ্রি। করিগিনো হায়রগা ওসি কাওবা মরক মরকতা মৈ হৌরকলি।

দেশীয় রাজ্য[২] কয়াদা লুখ্রাবী হন্না থাজবা হায়বা অসি কোংনা চংনরি। ঐনা খংজনদা রাজ্য কয়াদা লুখ্রাবী মচানা নিংথৌ ফম ফংবা থেংনখে।

বাংলাদেশতা নংগা হুজিক্কী আসামদা মণিপুর অসি হিন্দুরাজ্য অমনি হায়না চাওথো চনা, কন্না পাল্লি। মণিপুরীশিং জাতি অতোপ্পনা শোকপা ইশিং কাওবা থকতে। মথোই অসি অসুক মতিক গোঁড়াহিন্দুনি। শা-ঙা চাদবা যু থকতবা অসিগুম্না মনিপুরগী নিংথৌবু রাজপুত্তনাদা উবদা মীনা য়ামনা ওকনা তৌথি। ক্ষত্রিয় লমচং ওইবা মরম কয়াগী শানবা কয়াদা মনিপুরগী নিংথৌশিং খ্বাই মকোক থংনা মনা কংখি। অতুবু আজমীরগী ইন্দ্রা (কৃষ্ণা) ঈশিং কনবিখিদে, মরমদি ইফিরা (well) অদুদা শউনগী ঈশিং শোকপোং লুপ্পী। ক্ষত্রিয় রাজপুত মুজা কয়াবু লুহোংবগী ওয়াসু মনিপুর মহারাজনা য়াবিখিদে। ওয়াসি মীগি মচিনদগী তাবনি। ঐহাক্না মনিপুর চংলবাদা অসিগুম্বা ওয়া অসি চুম্মি চুমমদে খিজিন জকই। মনিপুরী হায়ব সি মবুকনিংগী ওয়া লায়না কোংদোকতবা জাত অমনি। ওয়া কয়া কোংদোকখিদে। অতুবু থংজিনবা ওয়রগা ওম্বা মথেদি তাব তাখি, অতুদি ওয়রগা শা-ঙা চাধা জাতি অমগা চারো খৌরোংনব অসি মথাই কয়া খাজনদে। অতুনা শাংগ নাত্তে ওইনবতু থোকখিদ্রে।

ত্রিপুরাগী রাজদরবারদা মৌনেশ্বর সার্বভৌম কৌবা অচৌবা, মগুণ লৈরবা পণ্ডিত অমা লৈরম্মী। মনিপুরদগী হাচকপনী। চঙি চংলবা অহন ওইরপা যাউবা ত্রিপুরা রাজাদা লৈরম্মি। থুনসা অমত্তাদা লৈবাগী মহাক্কা ঐগা মরি অমা লৈরমী। মহাকা ঐবু মচাগু য় চানবি-তুংশিনম্মী। তুমিং ওবনি মমাংদা বৃন্দাবনদা থুপখ্রে। নাংগা খ্রবা মহারাজ রাধাকিশোরগী হাক্তবকা মহাক্কা মনিপুরী সমাজকী মরমদা ওয়া কয়া নৈনখি। মতম অতুদা মহাকনা তাকপিখিবা লেংবা হাত্রবা ওয়া মযামশিং অদো হৌজিক কালগী লাইরিক লাইসু নৈরবা মীয়ামনসু তাবদা পেনগনি হায়বদা ঐ চিংনবা লৈত্তে

মনিপুর হায়বসি ইথোংগী মরি মতাই থোকপা রাজ্য অমনি। হৌজিকতি অইন্দ অত্তে লমদমদগী চারো মোরোনরি। মতুংদা লৌবাসু লৌনখিনি। মথোইগী মতুংদা লাইরিকতি নৈরগা লাইসু হৈত্তবা, লাইসু হৈরগা লাইরিক

হৈত্তবা কয়া থোকলরে। মসিনা মুম কৈ পানবদা অয়েংপা কথা থোকলরে। মসি হৌনবিনি হায়বা যায়। হিরম অমদা ঐহাক্না সার্বভৌমগী মফমদা ওয়া অমা হংখি।

মণিপুরদা লুখ্রাবী হন্না থাজবা অসি চংনৈ। হিন্দু অমা ওইনা মণিপুরদা অসিগুম্বা প্রথা অসি কবম হায়না চংনারিবনো? অহন ওয়রবা পণ্ডিতনা মহাভারতকী ওয়া থিনগত্তুনা হায়খি— মফম কথাদা মত্তো কয়ানা লুহোংবা পাংথোকলি। মসি রাজনীতিগী মরমণি, হিন্দু নিংথৌশিংগী ব্যবস্থানী। বিদ্যাসাগর ইবুঙোনা পাংথোক-পিরম্বা ব্যবস্থা অদুদা মহাক্কীসু দস্তখৎ যাউরম্মী। চে অদু উত্তুনা মহাক্না হায়খি। মসি পংথৈ নাইনবগী ওয়ানী। কাংলুপ অমদা মী মামবগী মরমনা মখোইনা মাই পাকপা, হয়েং মতম অমদা মায়থিবা ফংবা কাংবু অসিনা করিগুম্বা মীয়ামখৎলকপদা শেনদোংগা লোয়ননা অমুক হন্ জিনলক্কনি। বাঙ্গালী পংথৈ ( দলা-দলী ) নাযব পাম্বা কাংবুনী। থুম্নকতা পংথৈ নাযবা মথোযনা য়ামনা পামজৈ। অসিগুম্বা পংথৈ নাইনবা অসিগী থোয়দোকপা কান্নবা লৈতে। ঐহাক ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগা উনজরুই। মহাক্কী খুয়া ঈফুল লৌহুনা ঐ থম্ভ ওইখি। মহাকনা ঐহাক্কী ওয়ায়েং চংদবা ( যুক্তিপূর্ণ ) মরি চেৎপা, ওয়া ভাবদা পেনবিখি। ঐনা মহাকপু হায়খি বঙ্গদেশকী মহাপ্রভুবু হৌজিক ফাওবা বঙ্গদেশ অপুম্বনা লৌত্রি। লৌথৎলকপা মতমত্তদা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী ব্যবস্থাসীসু মীনা শোয়দনা লৌগনী। বাঙ্গালী লৈবা মফমদা পংথৈ নায়নবা ( দলাদলী ) হায়বা ভমখিয়বা পাওথোক, মীংচৎ কোকপা মত্তমদা বাংলাদেশনা থ ১৪ মথক কমলদৌরিবনী অমসুং জয়মাল্য ফংগনী। প্রবাসী কৌবা চেফোংদা হিন্দু লুখ্রাবী লুহোংবাগী মরমদা ওয়াহং কয়া ওইনা ঙাংখি। জাতিভেদ ( জাতি থাইদোকপা ) সমস্যা অমসুং আর্য্য—অনার্য্য চারৌ মৌরোনবগী মরমদা ওয়াখল তৌহুনা শ্রীবৈকুণ্ঠ নাথ দেবনা হায়রি—অরিবা ভারত্তা আর্য্য-অনার্য্য মনুংদা লুহোং-খোদোংবা অথিংবা লৈরমদে। চংনরম্মী হায়বসি মহাভারতকী বনপর্বগী অধ্যায় ৮০গী শ্লোক ৩১/৩২ দা মদুগী প্রমাণ লৈ। প্রবন্ধ অদুগী মফম অমদা মহাকনা হায়বিরি অর্জ্জন লুখ্রাবী লৌখি। ওয়া অসি মহাভারত্তগী লৌবা এক্টরমগনি অদুবু মহাভারতকী মণিপুর রাজবংশ লিংথৎখিৎ—বাসি অর্জ্জুনগী মচা ইবুঙো বভ্রুবাহনদগীনি। মরম অসিনা লুখ্রাবী লুহোংবা মণিপুরদা নিংথিনা চংনৈ। মণিপুর হায়বসি কদায়দনো হায়না তোঙান তোঙানবা যোত্ত হৌজিক কালদা ফোংদোকনরে। কনাগুম্বনা হায়— মণিপুর অনার্য্য জাতিনী। ইংরেজনদী হায়রি অনেম আওয়াং ওয়া— ভমনবা কিতাবা থিজিন্নুরবদি মণিপুরী হায়বসি Indo—Chinese জাতিনী। অসিগুম্বা ওয়ায়েংনবাসি কনানা মীমাংসা, লোয়শিনবিগনী? প্রবাসী চেফোংগী ইচেল থাগী মশিংগী চমায় ৪০৪ দা হায়রি— বাংলাদেশতা লুখ্রাবী লুহোংবা চংনদে, গুজরাট, পাঞ্জাব, আগ্রা অযোধ্যা, অন্ধ্র গুম্বা অয়াম্বা মফমদা য়ামনা কেনথোয়গুমনা চংনরি। মসিমাদি ওইরম্বা য়াম অদুদি বাংলাদেশ হায়বাসি মীনম মীথাক তৌবা নমথাক দেশাচার চংনবী

জাগৈগী মতৌলী। ননাইনা জাগৈ অসি তম্বীগে হাইবদা যাদে, মাখৈগিসিজি ঐস্বর্য্যনি, মণিপুরীগি সিনা ভঙ্কিগি জাগৈনি অসুমনা হায়দনা যাদে। মাখৈগী ভাবতা জাগৈ আসি বই অইনা ছাপা তৌদনা প্রচার তৌগে হায়বা আশা তৌই।

ননাইনদি অল্পবুদ্ধি ১সুং মুর্খওইবা মারামনা সাহস তৌবা ঙামদে।

হান্দাক বোমবাইদগি ইসৈগী উস্তাজ ১মা কৌকদনা ননাইনা তম্মিবিবা মুপিমচাহুগি জাগৈ য়েংহাল্লি। মানা ননাই ঐঙোন্দা হাই ঐখৈগী সা রি গা মা পা ধা নি সা ১সুং ভৈরবী ইমন, কল্যাণ, পুরুবী, হাইদনা লৈরিবা রাগ রাগিনী খৈখিবক অসি মাফাম ২ দেশ ২ পুমবদা লেংবা যাদরবা ঙাকতানি অসিগুমাদানা নংগী জাগৈ অসিসুং পুনঙানি হায়। ননাঐনা থুম্মি য়ামনা কৈ উস্তাজি নংনা জাগৈ আসি লেংদানবা তৌবিউ। আমাতাংদি করি হাইবদা হস্তক কি মাখেদি পুনবা য়াগনি। ভাব-রস অভিনয় মখোংদি পুনবা যারই হায়দনা ননাইনা খুম্ম। মানা ননাইবু নমথেকেক তৌই। ননাই য়েংনিংদারদনা হোৌগৎতানা (এস এস গৌর দিনবন্ধু) ইসৈ মতেক অসিক্তা খুৎওং ১সুং ভঙ্গি অর্থাৎ ভাব ৫ থকনা সারদনা নংনা করম্বা পুনঙানি পুল্ল হাইবগা ওয়া ভাংখিদরে। মরুপুকথাদনা লৈথরে। তৌনারিবাসি লেঠকি মাতু বাই সাহেবকি মমাংগনি। বাই সাহেবমা তৌনারিবম্ম খ'লাদনা "উস্তাজ্জি" ইসৈ আসিগা হস্তক মাখন অসুপকি মাখৈ হাইবা য়াম, হায়দনা উৎপানি হাইদনা অহুমা তকখায়ে। ননাইদু মুমিৎ ১০নি লৈরম্মি লুপা ২০০ পুখি। ননাই ঐঙনদা অতৈ জাগৈগি ওয়া ঙাংখিদরে হাংগাৎলিবা উস্তাজি অসি শান্তিনিকেতনদা ননাই ঐগা লৈমিনারাম্মিবা মিনি। হৌজিক বোম্বাইদা লৈ।

মানা লৈরিবা মাফাম অদুগা ননাইবু লৈনা নবা য়ামনা তৌরখি, ননাইনা য়াদদনা তকখারে। মাতাম অসুক কুইবাশী স্না চরন্দা ননাইনা হংগৎতে। মসুং মসুংদা ননাইনা স্নাচরণবু সেবা তৌদনা স্না নাকতা লৈনিংদনা য়ামনা হংনৈ। যুগোৎ চাবা ১মাগী থকতে। বোম্বাইগী সি বেতন অইবা বদা ১০০, অইনি। অসিসু স্বরাজকি সিনা ছাত্র মচা য়ামনা তকথরে, হংবদা আশা কয়া লৈতে। আমদাবদতা ২নিস্ং লৈ, লুপা ৩০/৪০ তৌদুনা পিরগনি. অসিনদি খরচ মাকপু অকলই। মারাম অসিনা ননাইনা হংগংতাবনি। যুগোৎচাবা ফংজাবদি ননাইনা হংগৎচারাককনি। দেশকি আন্দোলনসিনা করিমাতা তৌবা যাদরি।

হৌজিক ননাইনা তমবিরিবা মুপীমচাসিগি কৌতুক মন্দন হাইদনা দল ১মা লৈ। চাহিদা ৩/৪ রক সারিবা দলনি। হামদকত্তি সাখিদরে। দেশ য়ামনা চিন্না তৌনা লৈরি।

শ্রীচরণ কৃপাদগী ননাই ঐখৈ মঙ্গল অইজারি। চরণসুং মঙ্গল অইরিগনি হাইনা নিংজৈ।

ইতি
সেবকাধম সেবক
—নবকুমার

---

ননাইগী ঠিকানা অসি ইংরাজীনা ইদরাবদি ফংবা থরা থিল্লী। অদুনা থাম অসি মাতাং চয়দা কৎচাখি।
(চিঠিসি নৃত্যগুরু ৺নবকুমার সিংহগী মচা ইবুঙো পাওনবম প্রবীরদগী ফংজমনী।)

# আসাম নগাওঁ জিলাগী মৈতৈগী সেন্সাস ১৯৮০

নগাওঁ ডিসট্রিক্ট মণিপুরী ষ্টুডেন্ট এসোসিয়েশনগী খোমগংপা মীশিং অসি জেনারেল সেক্রেটরী হিজম প্রদীপ কুমারনা এসোসিয়েশনগী থৌদাং লৌদুনা কোঙবনি। লাইরিক লাইশু তম্বগী মশিং গঙঃ সার্ভিস হৌবগী মশিং মচি মচিদা খুন্দাবা মৈতৈগী মশিংস্থ কোয়া কোংজগনি। —ইডিটার

চৎথিবা ১৯৮০ ইংদা অহানবা ওইনা এন ডি. এম, এস এম্না মক ওইনা যোগীজান হোজাই অমস্থং লংকাগী মস্থংদা খুন্দাদুনা লৈবা মৈতৈগী মশিং লৌখৎচদুনা মথাদ খুন খুনগী মীশিং উৎচরি।

হোজাই মৌজাদা ভাবা মৈতৈ খুন—

| খুন মমিং | মুপা | মুপী | অপুম্বা মশিং |
|---|---|---|---|
| হোজাই টাউন— | ১৬০ | ১৫৯ | ৩১৯ |
| বিদ্যানগর— | ১৩০ | ১৪৩ | ২৭৩ |
| কালিনগর— | ৩০১ | ২৭৩ | ৫৭৪ |
| ধমীনগর— | ৯০ | ৯৫ | ১৮৫ |
| আমতলা— | ২০৬ | ১৮৯ | ৪২৫ |
| বিষ্ণুপুর— | ৩৫৭ | ৩৪০ | ৬৯৭ |
| মইনা পাথার— | ৯৪ | ৭৭ | ১৭১ |
| ,, গোচরা— | ৬৬ | ৪৩ | ১০৯ |
| গোবিন্দ পুর— | ৭২ | ৬৫ | ১৩৭ |
| গোলাঘাটিয়া বস্তী— | ৪৭ | ৪৭ | ৯৪ |
| নন্দপুর— | ৪০৭ | ৪১৮ | ৮২৫ |
| উদয়পুর— | ১৮৮ | ১৬৭ | ৩৫৫ |
| গোচরা (হোজাই)— | ১৮৭ | ১৯০ | ৩৭৭ |
| শিঙ্গারী বস্তী— | ১২ | ১৩ | ২৫ |
| মিলিক বস্তী— | ২৭ | ৩৩ | ৬০ |
| কাঠালতলী— | ১৯৬ | ১৮৮ | ৩৮৪ |
| কালাখুন— | ১৩১ | ১৩৩ | ২৬৪ |
| গৌড়নগর— | ৪৩৭ | ৪২৮ | ৮৬৫ |

লংকা মৌজাদা ভাবা মৈতৈ খুন—

| খুন মমিং | মুপা | মুপী | অপুম্বা মশিং |
|---|---|---|---|
| লংকা রাজবাড়ী— | ১২১ | ১১৮ | ২৩৯ |
| কাশীপুর— | ১৩৩ | ১১১ | ২৪৪ |
| নয়ণপুর— | ৮৭ | ৯০ | ১৭৭ |
| ডাবলং — | ১৯১ | ১৬৫ | ৩৫৬ |
| পিপল পুখুরী ১নং— | ৩০৫ | ২০৭ | ২৯৪ |
| তপনপুর কাকী ১নং— | ৪৪ | ৪৬ | ৯০ |
| কুররীপথার কাকী ১নং— | ১৬ | ১৫ | ৩১ |
| পত্থমপুখরী কাকী ৩নং — | ৫২ | ৫২ | ১০৪ |
| তপনপুর কেম্প ২নং — | ৪২ | ৩৪ | ৭৬ |
| জয়সাগর— | ৯৯ | ৭৮ | ১৭৭ |
| জামহুন্দর— | ৪৮ | ৩১ | ৭৯ |
| দঃ বালুহুন্দর— | ২০৬ | ১৯৯ | ৪০৫ |
| পানশালী — | ২১০ | ১৮৯ | ৩৯৯ |
| বালুহুন্দর— | ৩০৯ | ২৯৭ | ৬০৬ |
| আমপুখুরী— | ৬৬ | ৫১ | ১১৭ |
| লংকা টাউন— | ৫০ | ৪১ | ৯১ |

যোগীজান মৌজাদ ভাব মৈতৈ খুন—

| খুন মমিং | মুপা | মুপী | অপুম্বা মশিং |
|---|---|---|---|
| যোগীজান রাজবাড়ী— | ৪১৩ | ৩৮৮ | ৮০১ |
| শিবপুর— | ১২৯ | ১৩১ | ২৬০ |
| গোচরা— | ৯৯ | ৬১ | ১৬০ |

আসাম হোজাইগী মুমিংলৈ পাব্লিকেশনস রাজবাড়ী, লংকা না কোংবা জানুয়ারী ৮১ মতমগী মুমিং লৈদগী লৌজবনী।

# সেন্সাস মৈহৌরোল

চাওখৎলককলিবা লৈপাকশিং চহি মতাং অমদা অমুক মীশিং খিবা পাংথোকলি। হায়রিবা মীশিং থিবাশিবু "সেন্সাস" হায়না খংনৈ। সেনসাস" লাইরিক্কী ওয়াহৈ মতুং ইন্না মীশিং মশিংখিবা হায়রবসু চহি শতাব্দী কয়া মমাংদা রোমক গণতন্ত্রদা ওয়াহৈশিনা মীশিং মশিং খিবদা খংনদে ; অতৈসু পাক চাওবা ওয়াথনগী থৌরমসু থংনরম্মি। রোমক গণতন্ত্রদা "সেন্সার" হায়বা মতিক মাগুণ লৈরবা মীওয় অডম্বাগী ফমনায়বা অমনা লৈপাককী মীয়ামগী ফিভম, মশিং, শেনদানবা, শেনকায়বানাচিংবাগী ওয়াবোলশিং খংজিল্লি অমসুং থৌরম শেমহনা পায়খৎলি। মহাক্না তৌরিবা থৌরমবু "সেন্সাস" হায়না খংনখি। মীশিং থিবাশিনা মহাক্কী মরু ওযবা থৌরম ওয়খিবনা "সেনসাস" বু মীশিং খিবা হায়না চৎনরে। সপ্তদশ শতাব্দীদা ইউরোপকী লৈপাক খরদা সেন্সাসকী থৌরম পায়খৎখি, ঊনবিংশ শতাব্দীদা ইংলণ্ড, আমেরিকাদাসু মথং মথং লৌখৎখি।

## ভারততা সেন্সাস

অরিবা ভারততা খৃষ্ট পোকত্রিবা মমাং শতাব্দী অষ্টম অহুওয়ায়দা মৌর্য্য শাগৈ লিংখৎপিরম্বা সম্রাট চন্দ্র গুপ্তগী মতমদা পোকপা, শিবাগী মশিং খংবা অমসুং মীশিং খিবাগী থৌরম লৈরম্মী। মেগাস্থিনিসকী বিবরনীদা সম্রাট চন্দ্র গুপ্তগী চৈঙাকলোনগী ওয়া খংবা ঙমমি। ভারততা হিন্দু অমসু বৌদ্ধ রাজত্ব মতুং মুসলমান রাজত্ব মতমদাসু মীশিং খিবা থৌরম লৈরম্বগী খুদম "আদম শুমারী" ওয়াহৈশিনা তাকলি।

## ভারত-ইংরাজ মতমদা

ভারতীয় ইম্পিরিয়াল সেন্সাস" হায়না ঊনবিংশ শতাব্দী হৌয়কপদা বৃটিশ ভারতকী মফম খরদা "সেন্সাস" হৌগংখি। মপুং ফাখিদে। ১৮৭২ খৃঃদা অহানবা ওয়না বৃটিশ ভারততা পাক চাওনা সেন্সাস তৌবা হৌখি। অহুবু "অহানবা ইম্পিরিয়াল সেন্সাস" হায়না খংনখি। ভারত হায়রবসু মতমহুদা বৃটিশ ভারতকী লমদি থোয়দোকনা য়ামদে নিংথৌ পানবা দেশীয় রাজ্যশিংগী লমনা অয়াম্বানী। রাজনীতিগী থৌরম খরদা ইংরাজগী মথাদা লৈদুনা মরূপ ওয়না লৈবা দেশীয় রাজ্যশিংনী। ইংরাজগী "ইম্পিরিয়্যাল সেন্সাস" দেশীয় রাজ্যশিংনা মতিকচানা পায়খৎখিদে।
কর্ণসিংহ ঠাকুর অসিগুম্না সেন্সাসগী থৌরমদা শরুক য়াবিখি।

অতুবু চাওরাকনাদি মীশিং থিবা পায়খৎখি।

## তখেন লৈপাকতা সেন্সাস

১৯০১ খৃঃ দা ইংরাজ সরকারনা ভারতকী দেশীয় রাজ্য নিংথৌ ময়ামদসু মহাক মহাক্কী লৈপাক্কী "সেন্সাস" লৌখৎনবা থোয়দোক হেনদোকনা হায়জখি। তখেন লৈপাকসু চহিসিদগী সেন্সাসকী থৌরম পায়খৎখি। তৌবাবুদ্ধিদ ১৮৭২ খৃঃ দা খংনবা বৃটিশ এলাকাদা সেন্সাস থৌরম পায়খৎপা মতমদাসু তখেনসু চাওবাকপা মীশিং খংনবা থৌরম পায়খৎখি। ১৯০১ খৃঃ/ ১০১০ ত্রিং তখেন লৈপাক্কী সেন্সাস সরকারী ওয়না পায়খৎখি হায়বা য়ায়।

## সেন্সাস করিগিনো

মমাঙ্গৈ রাজতন্ত্র, সাম্রাজ্যবাদীগী মতমদা লৈপাককী সমাজ ব্যবস্থাদা মপু-মনায়, নিংথৌ-প্রজাগী ব্যবস্থা ওয়বনা রাজ্য শাসন প্রজা পালনগী নীতিদা চৎনরম্মী। মানব সভ্যতাগী মথং মথং ওয়বা মঙান ফংহনা মায়-মিং পাংনর-কপগা লোযননা রাজ্য শাসন ১স্নং প্রজা পালনগী মীয়েংস্থ ওনলোকলি। মরম অহনা লৈপাক প্রজাগী মশিংগী সেন্সাসকা লোয়ননা রাজ্য শাসন, পালন তৌবিরিবা মপুনা প্রজাগী ধর্ম, শিক্ষা, লোন, জাতি, পোককম, আর্থিক সামাজিক জীবন, নৈতিক ফিভম্, শাজৎ, লিচৎ, চাকচা, যুমলৈ-কৈলৈ লৌমী-শিনমীগী ফিফমস্থ খংনবা হোৎনৈ। মতমত্তুদা "সেন্সাস" কী রিপোর্টশিদগী অয়াম্বা তোংহনা লৈপাককী শাসন ১স্নং প্রজা পালনগী থৌরম পায়খৎলি। ইংরাজনা বৃটিশ কমনস্ সভা পার্লামেণ্টতা গভর্ণমেণ্ট অব্ ইণ্ডিয়া এক্ট ১৯৩৫ খৃঃ শেমখি-বত্ত অয়াম্বা ১৯৩১ ইংগী সেন্সাস রিপোর্টতা যুম্বিরেন ওয়খি।

১৯৪৭ ইং ১৫ আগষ্ট ভারত নিংথাজম্বা ফংখী অমস্থং ১৯৫১ ইং জানুয়ারী ২৬ গণতান্ত্রিক ভারত লাওথোকখি। মতমত্তুদগী ভারতবাসী কনাগীস্থ প্রজা ওয়খিত্রে। মীপুম খুদিং মশানা মশাগী নিংতম্বা হায়বত্ত ওয়থরে। মশা মশা নিংথৌ ওযজরবস্থ মানব সভ্যতাগী অমাগী মতেং অমা, অমগী আওয়াবাদী অমাস্থ পুমিন্নবা মীওোয়বাগী চাওথং লকলবা সমাজগী থৌরম মতুং ইন্না ঐথোয়গী লৈপাককা শাসন ১স্নং ঐথোয় ইশা য়োকচবগী ব্যবস্থাগী সমক লৈপাককী মীপুম খুদিংনা অয়াবা মোত্ত পিহনা ঐথোয়গী সরকার শেমজরে। ঐথোযগী শেমগৎ শাগৎপা ঐথোয়গী ওয়জরে। শেমগৎ শাৎপগদা ঐথোয়গী ফিভম্সী কবিনো থংবা তাবদা সেন্সাসকী থৌরম অচৌবা মত্তেংমি।

অথোয়বা থৌরম অমা ওয়না লৌরে। রাজতন্ত্র সাম্রাজ্যবাদী মতমদা লৈপাককী মপু ওয়রিবা নিংথৌগী মথৌগী সেন্সাস তৌরম্মী। নিংতমলবা প্রজাতন্ত্র ভারতকী সেন্সাসতি ভারত লৈপাকমচাশিংগী মশাগী সেনসাসনি। হৌজিককী সেনসাসনা অতৈস্থ অল্বা ওয়রে। মরমসিনা শোয়দনবা য়ায়া চেকশিননা সেনসাস তৌবা হোৎনরি।

সেনসাস বিপোর্ট ফোংলিবাসিদা মমাঙৈগী ১৯৫১ ইং/১৩৪১ ত্রিং তখেন নিংথৌগী মতমদা ঠাকুর শ্রীসমরেন্দ্র দেববর্মা এম, এ ( হার্ভার্ড ) ল চিংবিহনা পাংথোকখিবা সেনসাস রিপোর্টতগী লৌজবনী। মতুগী মতুং ১৯৭১ ইং সাল ফাওবগী রিপোর্ট ভারত সরকারগী রিপোর্টতগী লৌথৎচবনী। চৎলিবা চহি ১৯৮১ ইংগী কেন্দ্রীয় সরকারগী রিপোর্টতগী লৌথৎচৈ।

### মণিপুরী

১৯৩১ইং/১৩৪১ত্রিং ত্রিপুরাগী সেনসাস রিপোর্টতা মণিপুরী মরমদা হায়রি— মণিপুরীদা বাম্মণ, ক্ষত্রিয় ১স্নং শূদ্র অহুম থোকনা থায়দোকই। ব্রাহ্মনশিং বাঙ্গালী সমাজদগী মনিপুরী সম্প্রদাযদা চংঙকপনী। শূদ্র স্থ মথোয় গুম্বনী। ভট্টাচার্য্য, বন্দোপাধ্যায় ব্রাহ্মনগী পদবীনি। শূদ্রশিং দে, দত্ত, কর, দাস পদবী

শিজিন্নৈ। অত্রিয়শিং "সিংহ" উপাধী শিজিন্নৈ। মনিপুরীবু "মেখলী" উপাধীনাস্থ থৎনরি।

অহানবা ব্রহ্মযুদ্ধগী মতমদগী আরাম্বা মনিপুরীশিং রাষ্ট্রবিপ্লবকী মরমনা মনিপুর লৈপাক থাদোকতুনা কাছাড় শ্রীহট্ট অমস্থং ত্রিপুরা লৈপাক কতা থুন্দারখি। নিংথৌগা ভায়শেন ওয়বা নত্রগা অতৈ অতৈ মরমনা মথং মথং ওয়না ত্রিপুরদা মনিপুরী মশিং হেনগৎখি। হুন্দককী (১৯৩১খৃঃ) সেনসাস (মীশিংথিবা) মতমদা ত্রিপুরা লৈবাক্কতা ১৯,২১০ মনিপুরী লৈ হায়না মশিং তাকলি। মসিদা নিপা ৯,৮৭২, নুপী ৯,৩৩৮। লৈপাক্শিগী থা থংবদা মনিপুরী থুন্দাদে। মথোয় সদর (আগরতলা)। খোয়াই, কৈলাসহর, অমস্থং ধর্মনগর বিভাগতা থুন্দারি।

মনিপুরীশিং বৈষ্ণবধর্ম চৎপানি। শা-ঙা ১স্থং যু শোকতে, শিজিন্নদে। মমা লৈপাক থাদোকপা মতুং কনা কনা শুম্বাদি ইশলাম ধর্ম লৌবাস্থ য়াওরে। মথোয়গী মশিংদি য়ামদে।

মনিপুরী সম্প্রদায় শিক্ষাগী মরমদা ঠাকুর পরিবাশিংগা মান্নৈ। হুন্দককী আদম সুমারীদা ২৩২৪ লাইরিক শিক্ষিত লৈরে। মথোয আরামপ্রিয়নী ১স্থং জগোই-ঈশৈগী কলাবিদ্যাদ তৈ-শিংনী। মথোয়গী ধর্মদা য়াম্না পুকনিং চেৎলি। মথোয়গী খুংগং খুদিংদা নত্রগা খুন লৈকায় অসি অহুমগী ময়ায়দা মণ্ডপ অম মম্লে। মণ্ডপকা লোয়নবা লাইশংদা বিগ্রহ থমতুনা লাই ইরাৎপগী দমক ব্রাহ্মন থমমি। মণ্ডপশিংদা নুপী-নিপা ময়াম তিনতুনা সংকীর্তন তৌই। রাস যাত্রা, ঝুলন যাত্রা, দোল যাত্রানা চিংবা খোয়দোক খোযদোকপা বৈষ্ণবকী পর্ব মতমদা মণ্ডপ খুদিংগী সংকীর্তন, রাসলীলাগী অভিনয় পাংথোকই। মনিপুরগী নিংথৌ ওয়বা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মংলানদা উখিবা রাসলীলাম্বুগী মতৌ মথোয়স্থ রাসলীলাগী অভিনয়দা চপ্ চানা তৌই। মনিপুরী সম্প্রদায় খোয়দোকনা নুপীশিং য়াম্না লু-খেনবা পামজে। নিপাদগী নুপী থবক শুবা হেল্লী অমস্থং থোদাংদা অয়াম্বদা নিপাগী মতেংনি।

মনিপুরী সমাজতা ব্রাহ্ম ১স্থং গান্ধর্ব লুহোংবা অনিমক চৎনরি। ব্রাহ্ম লুহোংবদা বর ১স্থং মৌগী অহনশিংনা ভায়শেন ওয়নাবা ওয়ারেপনৈ গান্ধর্ব লুহোংবদা বর ১স্থং মৌ মথোয় অনিগী মথক্তা ওয়ারেপ্পী। মথোয়গী সমাজদা লুখ্রাবী লুহোংবা লৈত্রাবস্থ লুখ্রাবী লৌতুনা য়ুমকৈ পানবদা সমাজনা অখিংবা পিদে, লৌথৎলি। মপুরোইবা থাদোকতুনা অতৈ অমদা যুম পানবদা সমাজ মতুংদা ফজবা ওয়না লৌনত্রবস্থ লৈতবদি নত্তে, সমাজনা য়ানৈ। মথোয়গী সমাজদা কুমারী লুহোংবা (বাল্য বিবাহ) লৈতে অতুবু হুন্দক মরক উবা ফংলে। সমাজসিদা চহি ১৩ শুবা অমস্থং অহুগীস্থ মথাগী ১৭০ লুহোংবা নিপামচা, ৩৫২ মৌ নুপীমচাস্থ য়াওরে।

মণিপুরী অয়াম্বা লৌউ-শিংউবানী। মথোয় শম্বোংখোয়হুনা লৌউ-শিংউই। হৌজিক হৌজিকমক ৪,১৭১ লৌউ-শিংউবনা মরু ওয়বা শিনফম ১স্থং ২,৬৪১ অনিশুবা শিনফম ওয়না ভৌরি। সনাশুবা, উ-গী মিস্ত্রীস্থ লৈ।

মণিপুরী নুপীশিং জগোই-ঈশৈদত হৈ-শিংবা নত্তে মথোয়গী অতৈস্থ মথেনা উবা

খংডি। ইমুং মমুংগী থবককা লোয়ননা ফি শাবা ভোকপা যাত্রবা অমম্রি। মখোয়না শাবা ফিরোল মক্ষম পুন্নমকতা য়াম্না পায়রি। অকুপ্পা লৈয়োংগী শিনকমদা থোয়হেনবা অয়াম্বানা থংনরি। কলগী ফি ময়াংকায়না ক'বা মতমদাসু মখোয়গী ইয়োংগী ফিদি অতংপা, পোথাবা লৈতে। মণিপুরী মরকতা হৌজিক ২৬৪৭ ফিগী ইয়োং অমসুং ৩৪৮২ মোয়থাপ. তরেং শিজিন্নরি।

মখোয়গী মমুংদা শিরগা অ'সিবা হুকচাং ইরুজবী। শ্মসানদা পুবগী মমাংদা পিণ্ড অনি ১মসুং শ্মসানদা মৈ থারমদায়দা পিণ্ড অমা পি। শ্রাদ্ধ কর্ম কত্রিয়শিংনা ভোগদবাহ্ তৌই।

## মৈতৈগী সেন্সাস করিগী

রাষ্ট্র ১মসুং রাজনীতি থৌরমদা ভখেনগী মৈতৈ হায়রবসু ভারত হায়বদি ভখেনগী লৈপাক মচাশিংনী। অহুদি ওয়রাগা লোন. শাজং, লিচৎ, চাকচা, ফিজেৎ ১মসুং সংস্কৃতি, সমাজ ব্যবস্থা অতৈদগী তোপ তোপ্পী, মায়দে হায়বসিনা ঐখোয় মৈতৈনী হায়বাসী ভাকলী। ভখেনগী চাওখৎ খেংথাংদা, মৈতৈসু য়াওবা ময়েকনী। মৈতৈনা শোথবদা ভখেন লৈবাকসু শোথাবা-রোমদা চিংডি, মৈতৈনা চাওখৎলকপদা লৈবাকসু চ'ওথৎপা খোংথাংদা য়াওবা খুদম ওয়গাদবনা ঐখোয়গী সরকারনা মহাক মহাক্কী কাংলুপকী চাওখৎ থৌরাং, অক য়াইফা থৌরাংদা থৌওযায় য়াওনবা হায়খিনগা লোয়নমা অভম্বা মতেংনা শৌগৎ পিগনী হায়রি। মভাংসিদা ভখেনদা মৈতৈ ঐখোয়গী করি মশকনো করি ফিভমনো হায়বহ থংত্রবদি ঐখোয়গী চাওখং থৌরমগী ওয়া মতৌ করমনা থংগনী লোয়মদা খনগনী অমসুং হায়গনী। ঐখোয় মৈতৈ ইশাগী সেন্সাসনা থংবা ওমগনী ১মসুং মতেং ওয়গনী হায়বগী দমক সেন্সাসকি। মখৌ ভাবনী।

## মৈতৈগী— সেন্সাস পায়খৎপা

১৯৮১ ইং ফেব্রুয়ারীদা ভারত পুম্বাগী সেন্ সাস ভারত সরকারনা পায়খৎখিবাহ্ পুম্নমকনা থংনরিবনী। থা অমা চংনা শেন কয়া কায়হ্না অথং অ'হ কয়ানা শরুক য়াহ্ না পাংথোকখিবা সরকারগী সেন্ সাসনি। অথং অহ ওয়রাবসু সন্ সাস মমাংদা মতৌ কয়া সেন সাস ভাগমী হায়বগী ট্রেনিং ক্লমিং কযানী চংনা পিরিবনী। মৈতৈ ঐখোয়গী সেন্ সাস ইশানা হৌজবনি সরকারগী মতেং নত্তে।

ত্রিপুরা মণিপুরি অপুনবা কমিটিনা শিনফাংতনা মৈতৈ থুংগংগী "মণিপুরী লোন্দানবা কমিটিশিং", কমিটি লৈত্রিবা থুন লৈকায়গী নাহারোল, ওঝা, অহনশিংগী মতেংনা জুন ১৯৮১ ইংদগী সেন্ সাসকী থবক পায়খৎখি অমসুং ডিসেম্বরদা মপুং ফাহনবা ভমখি। সরকারদি সেন্ সাসকী দমক লাখ লুপা কায়-খোকলী ঐখোয়গী সেন্ সাসকী মতম মাংখিবা, আওয়াবা ১মসুং শেন চ'লিবনী। অহুবু কমানসু শেনগী নিংশিংভকতে, হায়সু হায়রকতে, ঐখোয়না পিগনীসু হায়খিদে। অহুনা সেন্ সাভা শেন কয়া চথে হায়বা ভমদে। মখাম্না ইশাগীনি হায়না লৌথৎপি ১মসুং সেন্ সাকী মতেং পাংবি। মৈতৈ ঐখোয়না ঐখোয়গী ওয়া থংজবনী ভৌবনীনা মৈতৈশা, মণিপুরীগা শুয়াফম লাকতে। মৈতৈ, ঐখোয়গী মরকতা থংনরিবা,

চৎমন্নিরা, পুন লৈরাক্লগী মমিংনা চিংবা অথংবা অয়াম্না মচৈ লোখৎপা হোৎলক্নে। মৈতৈবু তখেল লৈবাক্তা "মেখলী" হায়রমমী ১স্নুং মেখলী হায়না খংনরমমী। মেখলীনা শেমগৎপা খুনছুবু মখোয়না মেখলীপাড়া, মেখলীটিলা, মেখলীবণ্ড খোনবিবা হৌজিকস্তু লৈরী। মফমশিংছুদা হৌজিকতী মৈতৈ ১স্নুং মখোয়না মেখলী হায়খিবশিংছু লৈত্রে। তখেনগী মীওা শিংনা মেখলী হায়বিরবত্তু তখেন মপানগী মীওয়শিং ইংরাজ, বাংগালীশিংনাদি মণিপুরী হায়বিবাগী রেকর্ডশিংনা তাকলি। ১৩৪১ ত্রিং/১৯১৩ ইং ত্রিপুরাগী সেন্সাস রিপোর্টতাদি মণিপুরী হায়না রেকর্ড তৌখিবছু ঙসিস্তু তৌরি। দশক অনিরোম মমাংদগী "মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়া" হায়বা অমা চোংথোকর-কপদগী "মণিপুরি" হায়না খংনরিবশিংদা চয়েৎনবা থোকলি। ভারত সরকারগী ১৯৭১ ইং গী সেন্সাসতা চয়েৎনবা শেংদোক-পিখরে মণিপুরী বিষ্ণুপ্রিয়া হায়রোযদোবনী, হায়ফম থোকতে, অতুনা বিষ্ণুপ্রিযা হায়গদবনী হায়না শেংদোকপিখি। বিষ্ণুপ্রিয়াবু মৈতৈনা লৈমনায়, নিংথৌনায় হায়না খংনৈ। মৈতৈ অমসুং লৈমনায ঐখোয় ইশেন খংনরনস্তু মপান্দা মণিপুরী হায়রগা মখোয়বুস্ত কোনশিন্দুনা হাযরি। অতুনা ত্রিপুরাগী মণিপুরী হায়রগা মখোয়বুস্থ খংবনা মণিপুরী মশিংদা মখোয়স্থ য়াওরী হন্দককী ঐখোয়গী সেন্সাস মৈতৈগীনি। অতুদি ওয়াগা কীর্ত্তনীয়া, লাইরিকয়েংব, মীথুনসিংবুদি মৈতৈনী হায়না লৌশিনবনা মখোয়বুস্থ মশিং চনলী। মৈতৈ পাঙনবুস্থ ঐখোয়গী সেন্সাসতা মসুং চনালী।

## মৈতৈনা লৈরিবা তখেন লৈপাককী মরমদা খরদং

ত্রিপুরা রাজ্য হায়না মমাঙৈদগী লৈরকলবা হিন্দু রাজ্য অমনি। অতৈ ময়ামনা সরকারী রেকর্ড চে-চাংদা ত্রিপুরা রাজ্য হায়রবস্থ মৈতৈ ঐখোয়না "তখেন" হায়নৈ। মৈতৈনা করম হায়না, করিগী, করম্বা মতমদগী "তখেন" হায়খিবনো গবেষনাগী মথকনী। ত্রিপুরী জাতিবু মৈতৈনা "তখেন" হায়না খংনরম্বাস্ব রায়। তখেন নিংথৌ, তখেন কোমুং, তখেন নিংথৌগী লৈপাক হায়নৈ। তখেন লৈপাককী ধর্মনগর, কৈলাসহর, কমলপুরগী মৈতৈনা হৌজিকস্থ আগরতলা চৎপাবু তখেনদা চৎলিবনী হায়নরি। আগরতলাগী মীবু তখেনগী মীনি হায়। মমাঙৈদা তখেনগী লম য়ামনা পাক চাওনা লৈরয়বস্থ হৌজিকতি স্কোয়ার কিলোমিটার ১০,৪৯১.৬৯ রোমদনি। (৪১১৬ বর্গ মাইল) আওবাংদা কাছাড় নোংপোকতা মিজোরাম ১স্নুং বাংলাদেশকী পার্ব্বত্য চট্টগ্রাম, থা রোমদা বাংলাদেশকী পার্বত্য চট্টগ্রাম, নোয়াথালী, নোংচুপতা বাংলাদেশ কুমিল্লা, শ্রীহট্ট। রাজ্যগী নোংপোক মায়গৈ অয়াম্বা চিং ১স্নুং উমং। চিংজাও ৫ মাইল ১০/১২ থমনা মথং মথং ওযনা উনাওয়াং ১স্নুং থাদা লৈরি। চিং অনি মরকতা চেনথবা ঈশিংগী মশিং লাকপা ওমত্রবা ছড়া ময়াম থেকনা থোয়না চেনথরী। তখেনগী চিংজাওশিং— বড়মুড়া, আঠারমুড়া, লংতরাই, সাথান, ১স্নুং জম্পুই। তুরেন ময়াম হাওড়া, বুড়ীমা, খোয়াই, ধলাই,

মন্নু, দেও জুরী, লজাই, গোস্বামী, মুহুরী ভুরেননা চিংবা।

মৈতৈগী মৈতৈ লৈবাক লৈরবস্থু তথেনগী ইতিহাসকা লোয়ননা তথেনদা মৈতৈ লৈরকলবগী হায়রগী ত্রিপুরাগী রাজমালানা তাকলি। মমাঙৈগী ঐতিহাসিক ওয়ারী ওয়না মৈতৈনা তথেনদা, তথেনশিংগ ১সুং অতৈ অতৈশিংগা লৈরবস্থু মশিং কয়াবো থিকবাগী মথৌ তাকদবনা কনাস্ থিক্রদে, হংলুদে। অতুবু ১৮৭২ খৃঃ তথেন লৈপাককী মীশিং ৩৫,২৬৪ লৈবা থংবা মতমদা মৈতৈসু ৭০৪৫ লৈরে হায়বা থংখি। শতাব্দীসিদা ত্রিপুরাগী রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক, অমসুং সমাজকী রাঙন কয়াওনখরে। ১৯৮১ ইংগী সেন্সাসতা ত্রিপুরাগী মীশিং ২,০৪৭,৩৫১ সেন্সাসনা তাকলে। হৌজিক ফাওবা অরেপপা মশিং খোংদবনা মণিপুরীগী মশিংসু থংবা ঙমদ্রি। অতুবু ১৯৭১ ইংগী. সেন্সাস রিপোর্টতা ত্রিপুরাগী মীশিং ১৫,৫৬,৩৪২ মনু'দ মণিপুরী ১৭,১৪৪ নি হায়রি। ঐখোয়গী হৌজিককী (১৯৮১ ই°) সেন্সাস্তা তথেনদা মৈতৈগী মশিং ১৭৯৯৯ ভুরে হায়না তাকলী মসিগী মন্নুং মৈতৈ পাঙন মশিং ১৮০২ য়াওরী ভারত সংবিধানগী বেকওয়ার্ড ক্লাশকী মতাংদা ১৯০১ ইং ত্রিপুরাগী মণিপুরীসু বেকওয়ার্ড ক্লাশ মশক তাকপগী দমক সেনসাস পাংথোক'খি। ত্রিপুরা ষ্টেট মণিপুরী শিক্ষা সমিতিনা থোশিনখী ১সু° ত্রিপুরা মণিপুরী কল্যান সমিতিনা কাংবিখিবা রিপোর্ট মখুং ইন্না মণিপুরী মশিং ৩০,০০০ হায়রি অকুপ্পা অমসুং মপুংফাবা রেকর্ড ফংদবনা থোংবা ঙমজদরে

লৈপাক তাকশেনবা ১সুং ওয়ারেন থৌরমদা থুদোংচানবগী দমক ত্রিপুরার জিলা অহুম উত্তর ত্রিপরা, পশ্চিম ত্রিপুরা ১সুং দক্ষিন ত্রিপুরা থাযদোকলি জেলা অহুমগী মখাদা (মহকুমা) বিভাগ তরা— সদর বিভাগ, ধর্মনগর, কৈলাসহর, কমলপুর, খোয়াই, সোনামুড়া, উদয়পুর, বিলোনীয়া সাব্রুম, অমরপুর। বিভাগশিং পুম্নমক্না মৈতৈ মচাশিং থবক থোনাগী দমক লৈরবসু সদর, আগরতলা টাউন, খোয়াই ১সুং আওয়াং জেলাগী কমলপুর, কৈলাসহর ১সুং ধর্মনগরদা মৈতৈশিং খুন্দাহুনা লৈরি।

হায়রিবা বিভাগশিংদা মৈতৈ য়ুমকোক ৩২১৯ দা মীশিং ১৭,৯৯৯— — (নিপা ৯০৭১ মুপী ৮৯২৮—) তাকলি। লৈরিবা মৈতৈশিং অয়াম্বা খুংগংদা লৈবা লৌমী শিনমীনি। চাশিংদা ৯৮%লৌমি ওয়রাবসু চাশিংদা ৫৫% লৌকম লৈজদে ১সুং ১০% য়ুমকম লৈজদে হায়বদি ভুমীহীন। ভুমী সংস্কার আইনগী লৌকম শিলি য়োবা মৈতৈদা ১০ দগী হেনদে।

## রাজনীতিদা মৈতৈ

লৈপাককী রাজনীতি খোংথাংদা শকক য়াকহুনা ১৯৩১—৩২ইং কৈজুম শংদা আওয়াবা ফংলুবা মীওয় অহুমগী মন্নুংদ কৈলাশহরগী শ্রী নবদ্বীপ সিংহ অমসুং আগরতলা রাধানগরগী শ্রীমতী লীলাবতী শর্মা Ex-Political Suffer Pension ফংলি। ধর্মনগর জলাবাসাগী শ্রীকমাল সংহসু অমনি। মখোয়শিং ভাস্কগাছতা কংগ্রেস আন্দোলন দা শকক য়াবগী জেইল চেয়াক ফংবনী। রাজ্য বিধান সভাদা

সরাইজম কাম্বিনী সিংহ এম, এল, এ
মাজ্যগী গাঁও সভা মরামগী মহুংদা-গাওপ্রধান ওয়না-ধর্মনগর বিভাগকী-কালাছড়া (গোবিন্দপুর) গাওসভা-কারবম্ আনন্দ সিংহ, দেওয়ান পাশা গাওসভা শ্রী ব্রজগোপাল শর্মা, কামেশ্বর গ্রাম গাওসভা শ্রী কম্ভৌজম নবচন্দ্র, কৈলাসহর বিভাগ কাঞ্চন বাড়ী গাওসভা-সংলেমবম্ ধর্মসিংহ চৌধুরী কমলপুর বিভাগ হালহুলী গাওসভা— শ্রীধনী সিংহ। খোয়াই বিভাগ— কৃষ্ণবন গাওসভা-নেপ্রম ভদ্রসিংহ, পদ্মবিল (গৌরনগর) গাঁওসভা শ্রীজয়কুমার সিংহ। সদর— বামুটিয়া গাওসভা শ্রীসুরেন্দ্র রায় লালসিংমুড়া গাওসভা—হৈরুংবম নিংথৌ সিংহ।

## আইনজীবী, এড্ভোকেট

১। শ্রীরাজা সিংহ এম, এ, বি, এল
কৈলাসহর গোবিন্দপুর

২। শ্রীখোয়রাকপম গোপেশ্বর সিংহ এম এ, বি, এল, বিশালগড, ধ্বজনগর।

## শিক্ষা, সংস্কৃতি

ত্রিপুরা লৈপাকতা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিংগী মহুংদা স্কুলদা ৩৫১১, কলেজদা ৯৩ অমসুং ডাক্তার ৩, আর্ট কলেজতা ১, বিদ্যা তমলি।

ত্রিপুরা লৈপাকতা স্কুল শিক্ষা হৌগংলকপাগী মতমদা Bengal Admimistrative report ১৮৭৪-৭৫ খৃঃদা হায়রি ত্রিপুরাদা স্কুল পাঠশালা ১৫ শুরে ১মুং ছাত্র, ছাত্রী ৭০০ মৈতৈ কী মনুংদা ঠাকুর লোক ৩০ ত্রিপুরী ৫২ মণিপুরী ৫৪ সু য়াওরি মখংগী চটিদাদি ছাত্রী ৬৪ পুম্নমক মণিপুরী মুপীমচানি।

মতমমুদা ত্রিপুরাগী মহারানী খোঙাম তুলসীবতীনা লিংখৎলিবা মুপী স্কুল (১৮১৬ শকাব্দ-১৮৯৪ খৃঃ) মহারানী তুলসীবতী বালিকা বিদ্যালয় ওসিদি ১২ ক্লাশ হায়বা সেকেণ্ডারী স্কুল ওয়রে। মতমমুদগী ছাত্রী পুম্নমক ফিস্ পিদনা (ফ্রি) তম্বাহ ওসিসু চথরি। কমলপুরদা মৈতৈ পাওন খুংগংদা মাদ্রাসা স্কুল অনিথকসু চথরি।

## শিল্প-শিনফম্

মৈতৈ যুমকোক খুদিং ইয়োংদা ফিশাবা ওয়াংলে। চিত্তরঞ্জন তাঁত (অচৌবা ইয়োং) ১৫ রোম সমিতিগী শং নত্রগা মাগুপতা শিজিন্নাবাসু য়াওরে। ফিশাবাদা এক্সপার্ট নত্রগা ইনষ্ট্রাকটর ওয়না সরকারগী ইনষ্টিটিউশনদা মুপী ৪ সু থবক তৌরি। থবাদা ফিশাবাগী মপোৎ মচে মৈতৈ যুমকোক খুদিংদা মৌঠোশাগী ওয়না লৈরকপহু ওসিসু লৈরি ১মুং ফি শারি। মৈতৈ পাওনগী যুমদাসু লৈবা উই। ত্রিয়েংদা লং নায়বা (খাদি) যুমকোক ৫ খক্তং ১ মুং ধর্মনগর বিভাগতা কপত্রেংদা লছিং মরু লোথাক যুমকোক ৫ লৈরি। থবাংদা ফি শাফুনা (Lion Loom) লৈশিংফি, স্কার্ফ, মাফলারনা চিংবা য়োনবাগী থৌরমদা ফিশাবী ১২০ রোম য়াওরি। চেম্বাক শুবাদা—সদর বিভাগতা যুমকোক ৩৫০, খোয়াই বিভাগতা যুমকোক ২০ কমলপুর বিভাগতা যুমকোক ৩০ কৈলাসহর বিভাগতা যুমকোক ৩০ ধর্মনগরদা যুমকোক ৫০ চেম্বাক শুবা য়াওরি। মৈতৈ— খুংগংদা ফিতুবা (tailor) অমা-অনি লৈববসু মপান খোকনা মাষ্টার টেইলর ওয়না দোকনদা ফম্বা ৫৫ রোম ওয়গনী। গাড়ীগী

ওয়ার্কসপ ১০, ঘড়ি দোকান ২, রেডিও ১মুং আর্মেচার ওয়ায়ণ্ডিং ৪, ট্রাক ( লরী ) বাস, ৪ জীপ ৩ অমমুং চেংগী মিল ৩ গী মপুমু য়াওরি। উ-শুবা মিস্ত্রী ৩০ সনাগী থবক তৌবা ( সোনারী ) ৬। মৈতৈগী পুংত্তিংবা ৪ মু লৈরি।

## সংস্কৃতি

মৈতৈ থুংগং শুংগংদা ব্রাহ্মণ পুরোহিত অমা বিগ্রহ লাইশং লৈনরি। লাইশং অমমুং নাট মন্দির ( মণ্ডপ ) টিনগী ৪ অতৈদি ইনা কুপ্পী পুরোহিত ব্রাহ্মণসিং অয়াম্বা থুনগী চহিগী সিধানা ঈশ্বর সেবা চথরি। পুরোহিত ব্রাহ্মণ ১২ রোমদি মশাগী লৌচামু লৈজে। নট সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা ১মুং পুং রৈবা থুংগং থুংগংদা মতিক চানা লৈরমবহ লৈব্রে হায়বা য়ারে। অহুবু ওয়রাবমু পুং রৈবা ১০ ঈশৈ শকপা, দোহাব ১০ ওঝা ওয়না শকথংবা য়াওরি। মৈতৈ নত্তবা অতৈ মৈতৈ জগোই থৌওয়ায় য়াওবাশিংবু জগোই তম্বীবাগী ওঝা ৩ শু মশিংদা য়াওরে। ১৭৯৮ খৃঃদা রাজর্ষিভাগ্য-চন্দ্র মহারাজনা মচা ইবেমা হরিশেশ্বরীবু তথেন নিংথৌ রাজধর মানিকাদা থাজবগা লোয়ননা মচা ইবেমানা সেবা চথনবা পিবিরম্বা 'রাধামাধব' আগরতলা রাধানগরদা ওসিমু সেবা চথরি। নিংথৌগী রাজকুমদগী সেবা চথরমহ ত্রিপুরা সরকারনামু সরকারী ওয়না হৌজিক সেবা চথরি।

## তথেনদা মৈতৈগী উমংলাই

বামুটিয়াগী লিকমান থুমন ( তালতলা ) দা পাম্ভোয়বী, বাজালঘাটতা 'লমদেম লাইরেম্বী' আগরতলা অভয়নগরদা "পুথিবা" অমমুং আওলী ( বনমালীপুর ) দা লাই-নিংথৌ পাখংবা ( পাগলা দেবতা ) মুলৈ। লাইনিংথৌ পুথিবা ১মুং লাইনিংথৌ পাখংবা, লমদেম লাইরেম্বী সেবাগী দমক তথেন নিংথৌনা লম্ পিবিরমমী। পুথিবা ১মুং পাখংবাগী চয়োলগী খুদোন কানবগী শেন রাজ্য সরকারনা কায়বিম্রি। মাইবা পেনা খোংবা ৩, অমাইবী ৩ মু লৈরি।

## এমপ্লোয়মেণ্ট

লপাক্পী-ওয়ায়েন ১মুং চাওখং থৌরমদা শরুক য়াহনা সরকারগী থবক তৌবা মৈতৈমচা ১০৩৭ কী অযাম্বাদি BSF. CRP. Army, Police, স্কুলগী ওঝা ড্রাইভার, ৪র্থ শ্রেণীনি।

ফমনায়বা ওয়ায়েন শংগী ডিষ্ট্রিক্ট এণ্ড সেশন জজ ১মা সেকেণ্ডারী স্কুলগী এসিং হেড্ মাষ্টার ১, কলেজকী লেকচারার ২। সিঃ বেঃ স্কুলগী হেড্ মাষ্টার ৩ জুনিয়ার বেঃ স্কুল হেড্ মাষ্টার ৮ য়াওরী। বিজ্ঞানদা ডক্টরেট ফংবা ১মুং U.N.O দা থবক থৌবিবা Dr. B.C. Sinha গী মমিং পনবা যায়। বি এস, এফকী এসিং কমাণ্ডাণ্টে ১, পুলিশকী এ, এস, আই ৫ মু মশিং চননি। বে-সরকারী দা থবক তৌবা অয়াম্বামু ড্রাইভারনি। মখোয়গী মশিং ২১৭। হকচাং শোয়নাবা লোল খোকতবা, মিং উদবা ৭ কী মমুংদা সবকারগী সতেং ফ বা ৩ য়াওরি। Old Age পেন্সন ফংবা ভণ্ড বা য়াওরি। থবক ফংদবা নাহারোল ৪৯৬ মমুংদা B A ৪ য়াওরি ১মুং থবক ফংনবা মপান্দ চংখিবা ৭৭ য়াওরি।

মৈতৈ লোন্দা কোংবা লাইরিক, চেকোং
কৈলাসহরগী শ্রী ব্রজগোপাল সিংহনা কোংবা—
"মণিপুরী ও কুকি ভাষা শিকার সহজ উপায়" ১৩২৬ ত্রিং। ১৯১৬ খৃঃ
২। খোয়াইগী কৈংথলাকপম চন্দ্রকুমার সিংহনা কোংবা—
"মণিপুরী ভাষা শিকার সহজ উপায়"
মর্জ্যাগী পারিজাৎ লৈরাং—১৯৫৫ ইং
১৯২৮ ইং— ত্তথেন লৈপাককী মৈতৈ কেন্দ্রীয় সভাগী নিয়মাবলী।
১৯৪৫ ইং— ত্রিপুরা ষ্টেট মনিপুরী শিক্ষা সমিতিগী নিয়মাবলী।

খা খায়গী চেকোং— "খোঙ্গেল"
সম্পাদক— রাজকুমার মাধবজিৎ
১৯৬৯ ইং— চয়োলগী চেকোং— "মরূপ"
সম্পাদক— ময়েংবম নীলমনি সিংহ
মথং রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ।
অমসুং চহিগী— "শরৎ কী ঈচেল"
১৯৭৮ ইং— রাজেশ্বর শর্মানা লেংবা—
"প্রেম লৈরাংগী নাচোম অমা"
"হঙোই নিঙোল লোনবী"
১৯৭৮ ইং— মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ত্রিপুরানা কোংবা— "আগষ্ট অখোয়বা মশিং"
"ত্তথেন লৈরাং"
সম্পাদক— ময়েংবম রামগোপাল সিংহ।

—০—

---



---

# তাখেলগী মীশিং অমসুং মৈতৈ মশীং

## ১৮৭২ খৃঃ—১২৮১ ত্রিং

| | |
|---|---|
| অখেন পাকচাওবা | ৩,৮৬৭ বর্গমাইল |
| মীশিং | ৩৫,২৬২ |

W. W. Hunter গী Statistical Account of Bengal দা হায়রি—১৮৭৪-৭৫ খৃ: দা হায়রি।

ত্রিপুরা প্লেন হিলদা মুসমান ১৪,১২৮, হিন্দু ৪০৩৯ ( মনিপুরী যাওদনা ), মনিপুরী ৭০৪৫, তিপেরা-৫১৬ খৃষ্টিয়ান ১১২ অমসুং অতৈ অতৈ ৪৭৯।

প্লেনদা— ২৬,৭১৯ অমসু হিলদা ৪৭,৫২৩ অপুনবা ৭৪,২৪২ মুমকোক ৪,৩৭১ মনিপুরী হিন্দুদি ওয়রগা হিন্দু ওরিজিন নত্তে।

## ১৮৮১ খৃঃ—১২৯০ ত্রিং

| | |
|---|---|
| পাকচওবা | ৭,০৮৬ বর্গমাইল |
| মীশিং | ৯৫,৬৩৭ |

## ১৮৯০খৃঃ—১৩০০ ত্রিং

| | |
|---|---|
| মীশিং | ১,৩৭ ৪৪২ |

## ১৯০০ খৃঃ—১৩১০ ত্রিং

| | |
|---|---|
| পাক চাওবা | ৪০৮৬ বর্গমাইল |
| মীশিং | ১ ৭০,৩২৫ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| মনিপুরী | ১২,৮৫১ | মনিপুরী মুস্লিম/মৈতৈ পাঙন | ৪০৫ |
| নিপা— | ৬৭৬৫ | নিপা— | ১৯৫ |
| নুপী— | ৬০৯৬ | নুপী— | ২১০ |

| সদর | সোনামুড়া | কৈলাসহর | খোয়াই | ধর্মনগর |
|---|---|---|---|---|
| ৬৬৮৪ | ১৮১ | ৩৬৫২ | ৩৬১ | ১৯৭৩ |

## ১৯১০ খৃঃ—১৩২০ ত্রিং

পাক চাওবা— ৪০৮৬ বর্গমাইল-/ মিশীং— ২,২৯৬১৩

মনিপুরী— ১৬,৩৮১

নিপা— ৮৭১৭ নুপী— ৭৬১৪

---

## ১৯২০ খৃঃ—১৩৩০ ত্রিং

পাক চাওবা— ৪১১৬ বর্গমাইল মীশিং ৩,০৪,৪০৭

খুংগং— ৩৩৮২ মনিপুরী— ১৫,৫৪৯

## ১৯৩১ খৃঃ—১৩৪১ ত্রিং

পাক চাওবা— ৪১১৬ বর্গমাইল মীশিং ৩,৮২,৪৫০

খুংগং— ৩৩৮২ মনিপুরী ১৯,২১০

নিপা ৯৮৭২, নুপী ৯৩৩৮

| আগরতলা টাউন | সদর | খোয়াই | কৈলাসহর | ধর্মনগর |
|---|---|---|---|---|
| ২৫৩ | ৪৯৭০ | ১০১৯ | ৮৭৫০ | ৪২১৮ |

লাইরিক তৈবা— ২০২৪ ফিরোল শাবা ১সু° তরেং— ৩৪৮২

## ১৯৫১ খৃ: ১৩৬১ ত্রিং

পাক চাওবা— ৪১১৬ মীশি°— ৬,৩৯০২৯

উপজাতি— ১,৯২,২৭৩ মনিপুরী— ১৯,০৮৬

## ১৯৬১ইং—১৩৭১ত্রিং

পাক চাওবা— ৪১১৬ বর্গমাইল মীশিং— ১১,৪২০০৫

উপজাতি— ৩,৬০০৭০ বিষ্ণুপ্রিয়া— ১৩

মনিপুরী— ১৭৯৪০

## ১৯৭১ইং—১৩৮১ত্রিং

পাক চাওবা— ৪১১৬ বর্গমাইল— মীশিং— ১৫,৫৬,৩৪২

উপজাতি— ৪,৫০,৫৪৪ বিষ্ণুপ্রিয়া— ৯৮৮৪

মনিপুরী— ১৭.১৪৪

## ১৯৮১ইং—১৩৯১ত্রিং

পাক চাওবা— ১০,৪৯১·৬৯ বর্গ কিঃ মিঃ মীশিং— ২০,৪৭,৩৫১

রিজার্ভ কেরেং— ৩,৫৭১·৩৮ Provisional

মৈতৈ— ১৭,৯৯৯ মৈতৈ পাঙন— ১৮০২

নিপা— ৯০৭১, স্থপী—৮৯২৮ নিপা—৯০০ স্থপী—৯০২

| সদর | টাউন | খোয়াই | কমলপুর | কৈলাসহর | ধর্মনগর |
|---|---|---|---|---|---|
| ৬৩৯৩ | ১৬৩৭ | ১৮৫১ | ৩৫৮২ | ২১৪৩ | ১৩৯৩ |

—০—

# নোংচুপ জেলা

| সদর মহকুমা বিশালগড় ব্লক | মুমকোক ৪৭৩ মীশিং ২৭০৭

| খুন লৈকাই | নিপা | স্থপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| গোলাঘাটী | | | |
| খুমন লৈকাই | | | |
| মনিং লৈকাই | =২৮৮ | ২৭৯ | ৫৬৭ |
| মমাং লৈকাই | | | |
| তোর্ব্বান লৈকাই | | | |
| চিয়োন পাং | | | |
| বাদ্যাদিঘী | =২০২ | ২০৩ | ৪০৫ |
| কসবা | | | |
| ঢাকাবাড়ী | | | |
| মমাং লৈকাই | ১৩৯ | ১১২ | ২৫১ |
| কলোনী লৈকাই | ৮৩ | ৮৩ | ১৬৬ |
| লালসিং মুড়া | ১৭৩ | ১৭৭ | ৩৫০ |
| দুর্গানগর (মূড়াবাড়ী) | ৬০ | ৬০ | ১২০ |
| খুমন কলোনী | ১২ | ১৫ | ২৭ |

| খুন লৈকাই | নিপা | স্থপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| তেলেরবন | ৭৩ | ৮৪ | ১৫৭ |
| ছনখলা ( রাজেশ্বরীপুর) | ১৫০ | ১৫৪ | ৩০৪ |
| নয়াগ্রাম | | | |
| নারন | | | |
| কাকড়ামূড়া | =১৯৫ | ১৯৫ | ৩৯০ |
| নারন খুনজাও | | | |
| চণ্ডীপুর | | | |

# নোংচুপ জেলা

● সদর মহকুমা ● মোহনপুর ব্লক

মুমকোক = ৫২৭
মীশিং = ৩২৫৯

| খুন লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| জগৎপুর | ৩৫ | ২৬ | ৬১ |
| ছেছুড়িয়া | | | |
| চিঙারম | | | |
| মমাংলৈকাই | | | |
| ময়াই লৈকাই | = ১৬৯ | ১৭১ | ৩৪০ |
| মনিং লৈকাই | | | |
| লৌরেমবম লৈকাই | | | |
| চিংদোং লৈকাই | | | |
| লিকমান খুমন (তালতলা) | ৫৭ | ৫০ | ১০৭ |
| বাজালঘাট | ৪৫ | ৪৭ | ৯২ |
| কাওলী (ভোকজুর) | ৪৬ | ৪৮ | ৯৪ |
| বেড়ীমূড়া | ১৬০ | ১৫১ | ৩১১ |
| বড়জোষ | ৪২ | ৪৪ | ৮৬ |
| রাঙ্গুটিয়া | ১৬৬ | ১৬৮ | ৩৩৪ |
| উজুং লৈকাই (জামিরঘাট) | ৪৯ | ৪৩ | ৯২ |
| বড়জলা | ১৫৯ | ১৫৫ | ৩১৪ |
| সনসেন লৈকাই (গজারিয়া) | ৫৫ | ৪৭ | ১০২ |
| ভাণ্ডারীমুড়া | ২৮ | ২৮ | ৫৬ |
| পাখা (গুচামূড়া) | ৮৭ | ৮৬ | ১৭৩ |
| লামা বাড়ী | ৫০ | ৫৬ | ১০৬ |
| খুনৌ (সোনাতলা) | ১৪২ | ১৩৫ | ২৭৭ |
| লাইরেনকাবী (নোঁয়াগাও) | ৯৪ | ৯২ | ১৮৬ |
| পুখ্রী লৈকাই (ব্রাহ্মণ পুষ্করিণী) | ৪০ | ৩৩ | ৭৩ |

| খুন-লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|
| লক্ষনসিংমূড়া | ২০ | ১৪ | ৩৪ |
| কামালঘাট | ৮৬ | ৭৬ | ১৬২ |
| কটিকছড়া | ১০৪ | ১০৫ | ২০৯ |
| নন্দনগর | ২৬ | ২৪ | ৫০ |

## নোংচোপ জেলা

● মহকুমা খোয়াই ● খোয়াই ব্লক, বুমকোক ২১৪ মীশিং ১১৬১

| খুন লৈকাই | মুপা | মুপী | অপুনবা | খুন লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গৌরনগর | ৩১০ | ৩২০ | ৬৩০ | দুর্গ নগর | ১৩০ | ১২৮ | ২৫৮ |
| চারখরিয়া | ৩৫ | ৩১ | ৬৬ | ফুলতলী | ১৪ | ১১ | ২৫ |
| খোয়াই টাউন | ৫০ | ৪৯ | ৯৯ | | | | |

## নোংচুপ জেলা

● মহকুমা খোয়াই ● তেলিয়ামুড়া ব্লক মাঁশিং ৬৯০ যুমকোক—১২০

| খুন লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা | খুন লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| কুঞ্জবন | ১৪৬ | ১৭১ | ২৮৭ | তেলিয়ামুড়া | ২২ | ১১ | ৪৪ |
| কিরননগর | ২৬ | ২৮ | ৫৪ | জীবনকলোই (মনিপুরী কলোনী) | ৮০ | ৯৩ | ১৭৩ |
| ঘিলাতলী | ৬৭ | ৬৫ | ,৩২ | | | | |

## নোংচুপ জেলা—

আগরতলা মিউনিসিপ্যালিটি যুম কোক ৩১৭ মীশিং ১৬০৭

| | নিপা | মুপী | অপুনবা | | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| বনমালীপুর (আউলী) | ১৮০ | ১৭০ | ৩৫০ | রাজবাড়ী (কন্নুং) | ২৫ | ৩০ | ৫৫ |
| ধলেশ্বর | ৩৩০ | ২৬৩ | ৫৯৩ | দাপ্তা (চন্দ্রপুর) | ৪৫ | ৫২ | ৯৭ |
| অভয়নগর | ২০৪ | ২০৩ | ৪০৭ | | | | |
| রাধানগর | ৬৬ | ৬৯ | ১৩৫ | | | | |

## নোংচুপ জেলা

তখেন নোংচুপ জেলা ● সদর মহকুমা ● জিরানীয়া ব্লক ● যুমকোক ৬৬ মীশিং—৩৯৭

| খুন-লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা | খুন লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| তৌরৌ খুনৌ ( মোয়াগাঁও ) | ৭৬ | ৮৪ | ১৬০ | কবরা খামার কলোনী | ৫ | ৩ | ৮ |
| তৌরৌ ( নলগডিয়া ) | ৪২ | ৩৩ | ৭৫ | কাওয়াবন | ৩০ | ২১ | ৫১ |
| রাণীখুন ( কালীনগর ) | ৯ | ৬ | ১৫ | মাখুন ( বৃদ্ধনগর ) | ৪৬ | ৪২ | ৮৮ |

## আওয়াং জেলা

● মহকুমা ধর্মনগর ● পানিসাগর ব্লক ● যুমকোক ৪৩৯ মীশিং ২৩৯৩

| খুন-লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা | খুন-লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সাত সঙ্গম | ৪১ | ৩২ | ৭৩ | | | | |
| গোবিন্দ পুর | ১৮০ | ১৯৩ | ৩৭৩ | | | | |
| থাগ্রী [ কামেশ্বর ] | ২৫৪ | ২৬৬ | ৫১০ | রাজনগর | ৪৭ | ৪২ | ৮৫ |
| বাগবাসা | ৫১ | ৫৫ | ১০৬ | দেওয়ানপাশা | ২২৬ | ২২১ | ৪৪৭ |
| সুন্দিবাসা | ৩৮ | ৩৪ | ৭২ | জলাবাসা | ১৩৫ | ১২৫ | ২৬০ |
| রাজবাড়ী | ২৩১ | ২২৬ | ৪৫৭ | | | | |

## আওয়াং জেলা

● মহকুমা কৈলাশহর ● ব্লক কুমারঘাট, যুমকোক ৪২২ মীশিং ২১৪৩

| খুন-লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা | খুন-লৈকাই | নিপা | মুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| কামারকান্দী | ১২১ | ১১৯ | ২৪০ | শ্রীনাথপুর | ৩৪ | ৩০ | ৬৪ |
| কামরাঙ্গা | ৪৯ | ৫০ | ৯৯ | বড়খোলা কলোনী | ৯ | ৬ | ১৫ |
| পদ্মের পার | ৪৭ | ৪৮ | ৯৫ | দুর্গাপুর [ হাওড় ] | ১২২ | ১২৮ | ২৫০ |
| জীতুরদিঘীর পার | ৭৮ | ৭৮ | ১৫৬ | ধনবিলাস | ২৫২ | ২৪৯ | ৫০১ |
| গোবিন্দপুর | ৫২ | ৫৩ | ১০৫ | বেতছড়া | ১০৫ | ১০২ | ২০৭ |
| কাঞ্চনবাড়ী | ২১২ | ২১৮ | ৪৩০ | | | | |

# আওয়াং জেলা

● মহকুমা কমলপুর ● সেলেমায়ক, য়ুমকোক—৬৪১ মীশিং—৩৫৮২

| খুন-লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা | খুন-লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মলয়া | ২৬০ | ১৬০ | ৫২০ | লালছড়ী | ৭৫ | ৭৪ | ১৪৯ |
| বড়সুরমা | ১০৯ | ১২৩ | ২৬২ | কুচাইনালা | ১৫০ | ১৮০ | ৩৩০ |
| পঞ্চাশী | ৯০ | ৮৮ | ১৭৮ | কামরাঙ্গা ভূমিহীন | ৩৬ | ৩২ | ৬৮ |
| হালাহালী | ১০৫ | ৯৭ | ২০২ | হারেয়খোলা | ৩০ | ২৫ | ৫৬ |
| হালহালী [মুসলীম] | ২২৬ | ২০৯ | ৪৬৫ | মেখির মা | ১৯২ | ১৮৮ | ৩৮০ |
| নাকফুল | ২৫ | ৩০ | ৫৫ | মেখির মা কলোনী | ৩৩ | ৩৮ | ৭১ |
| আভাঙ্গা | ১৮৮ | ১৮৪ | ৩৭২ | কলাছড়ী | ৬০ | ৫৮ | ১১৮ |
| | | | | মানিকভাণ্ডার | ৬৮ | ৬৭ | ১৩৫ |
| | | | | দেবীছড়া কলোনী | ১১২ | ১০৯ | ২২১ |

# তাখেন আওয়াং জেলা

মনিপুরী মুসল্লিম—মৈতৈ পাঙন, য়ুমকোক—৩৪৬ মীশিং—১৮০২

| খুন-লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা | খুন-লৈকাই | নিপা | নুপী | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| আভাঙ্গা | ১৭৬ | ১৭২ | ৩৪৮ | মেখিরমা | ১৭৬ | ১৭২ | ৩৪৮ |
| মানিকভাণ্ডার | ৫৬ | ৫৫ | ১১১ | কলাছড়ী | ৩৬ | ৩৪ | ৭০ |
| কালহালী | ২২৬ | ২০৯ | ৪৬৫ | মলয়া | ২৩০ | ২৩০ | ৪৬০ |

—o—

# "জিরিবামদা কিণ্ডার গার্টেন স্কুল"

আগরতলাগী মাধবী

ঙরাংগী মংলান ঙসিগী তাইবংনি।
ঙসিগী তাইবং হুয়েংগী ওয়ারীনি॥

ইংশোক ১৯৭৪ ফাওবদা জিরিবামদা কিণ্ডার গার্টেন স্কুল হায়বসি মংলানমক ওইরমই। কনানসু ইংলিশ স্কুলগী মরমদা মং তমখিদে। লোকেল অঙাংশিংদি এল পি, জেবিদা অতুম তম্নরমই। পোষ্টিং লাকপা ওফিসারশিংনা অঙাংগী লাইরিক তমফম খুদোং চাদে হায়দুনা ফেমিলি কয়া পুরক্লখিদে। খুদোংচাদবা অসিগী মতাংসিদা জিরিগী ফম্লাইবা নত্রগা মীচম প্রজা কনা অমত্তনা থনখিদত্রা হায়না নিংই। মরমদি জিরিবামদা কেজি স্কুল লিংখিবসি শুপ্পা মীওই অনিখক্তংননি ১ সুং মীওই অনিসি অমত্তা জিরিগী লোকেল ম্যান হায়বত্তু নত্তে।

ইংশোক ১৯৭৫ দনি। এন জি ওয়ালেং জিরিগী এস ডি ও ওইনা ট্রান্সফার লাকখি। মচানিপা ইংলিশ স্কুল তমলকপা অমা লাইরিক তমফম থক্তদনা লৈখি। মতাং অসিমংদা মেজর খোকচোম দয়ামযসু রিটায়ার্ড লাইফ জিরিদা ইংনা লেনলগনি হায়দুনা থাংদাবিরকখি ১ সুং মচানিপা অনিগী লাইরিক তমফম লৈত্তনা লৈখি। মমৈদা সাহেব অনিসিনা লনাই ইণ্টারেষ্ট লৌরগা মচা মচাগীসু ওইনা ময়ামগীসু কান্নবা কেজি স্কুল অমা লিংখৎপা হায়না লেপখি।

ইংশোক ১৯৭৫ কী ফেব্রুয়ারী তা' ১৮ নি। জিরিগী কেজিগী ইতিহাস ইবা হৌবা তুমিংনি। ইহান হাঙ্বা স্কুল অসিগী মমিংনা— "জিরিবাম এলিট ইংলিশ স্কুল" কৌখি। মফমনা— থানা কম্পাউণ্ডকী কেটেল পাউণ্ড ওইরম্বা জিভগী অঙাংবা য়ুম মচা অসিনি। ওজানা— এন জি ওয়ালেংগী মেমসাহেব সোমীওয়ালেংনা প্রিন্সিপাল ১ সুং মেজর সাহেবকী মেমসাহেব বিমলাস্নাগী ময়াম্বুংনা পাকপা আর কে অঞ্জনা এসিষ্টেণ্ট, অনিসিনি। ছাত্রনা— ওয়ালেং সাহেবকী মচানিপা চাচিল, মেজর সাহেবকী মচানিপা, রাজীব, রোনী ১ সুং ড্রাইভার মনিগী মচাস্নপী অরুনা, শুপ্প মরি অসিনি।

ইংশোক ১৯৭৭ দা ওয়ালেং সাহেব জিরিদগী ট্রান্সফার চৎপা তারকপি অসোমদা অমত্তা ঙাম্নরবা এলিট অসি ওজানে, ছাত্রনে য়ুং য়ুং চৎথরি। অদুবু ম্যাডাম ওয়ালেংদি তঙাইফদনা স্কুল থাদোকপা তাখি। মতাং অসিদা কোনভেনশন মিশন্না স্পোনসোর্ড তৌবা অনৌবা কেজি অমা পাওয়ার হাউস মনাক্তা শংগাখি। হন্দকী অনিশুবা স্কুল অসিগী মমিংনা "মোডেল ইংলিশ স্কুল" কৌখি।

অসোমদা ওয়ালেং কোপল জিরিদগী চংকদোরে। মতাং অসিদা পিক্তম অনি শুক্লগা থজিক্তং থনগদবা অমনা, ঙসায়গী এলিট স্কুল অসি ওয়ালেংনা চৎলমদাযদা মেজর সাহেবত্তা শিন্নখিদ্রে। লিংখৎপা মতমদা তাম্নদুনা লিংখৎলবসু শিন্নরমদায়দা অা— চূড়াচান্দ পুরগী এন ই আইজী মীশনগী মীত্তৎ কৌরগা হেণ্ডেড ওভার তৌরমলে।

এলিট স্কুল হান্নগী অত্ত লৈদে। অনৌবা মপোক লৌখে। অনৌবা প্রিন্সিপাল ম্যাডাম

জোন বিট্টি ১ মুং এডমিনিষ্ট্রেটর স্তার বোম্বাগী মথাদা স্কুল অসি অনৌবা মিংথোল "এলিট ইংলিশ ক্রিশ্চিয়ান" স্কুল কৌহুনা ইনৌ নৌবা লাইনিং লাইশোনগা লোয়ননা চংথরক্লে। কালী নগরদা এস ও মাংসোমথোর্মগী যুম অহ এন ই আইজীনা লৈরে, ১ মুং মহুদা স্কুলমু কোংজিনলে।

অসোমদা মেজর সাহেবনা মচানিপা অনি রাজীব, রোনীবু এলিটতগী শংত্তোরক্লগা প্রাইভেট কেজি অমা অমুক লিংথংলে। ১৯৭৮গী জান্নুয়ারী তাং ১৯দা স্কুল অসি "জিরি ইংলিশ স্কুল" হায়বা মিংথোল অসি লৌহুনা ইতিহাসকী লামায়দা মিংজনখি। ইকুই কুইদনা, কোনভেন-শনগী মোডেল ১দি এন ই আইজীগী এলিটতগী হন্দকী জিরি স্কুল অসিনা পোপুলারিটি লৌবা হেনখি। এক্স সার্ভিসমেন কে কেবি সিংহনা হেডমাষ্টার ১ মুং আরকে অঞ্জনা না এসিষ্টেণ্ট ওইরগা স্কুল অসিবু মতম থরগী মন্নুংদা অহেম্বা থাক্তা পুখংলকখি। সেকেণ্ডারী গ্রাউণ্ড ময়াগী ফুটবল এসোসিয়েশনগী শঙ্গোয় মচাদা স্কুল চনলক্লে। ওজা মশিং, ছাত্র মশিং অমুম মুম হেনগংলকপনা স্কুল হোংদোক্লবা য়াবক্লে। মতাংসিদা স্কুলগী প্রেসিডেণ্ট মেজর সাহেবমু জিরিদা লৈতবনা স্তার ক বি না মতমতুগী এস ডি ও, এন তোম্বী দা ওয়া তাম্বকরে। সেকেণ্ডারী ফিল্ডগী মথা থংবদা লৈবা লমহাং মচেং অহুদা কেজি শাবা য়াগনি হায়না সাহেবনা তারপিরকলে।

স্কুলগী গার্জেন ময়ামতু "ওজা লৈত্রবা স্কুলসিদা ফঙ্গাংনা ইচাশিংবু লাইরিক তম্বিরগদ্রা" হায়বগী মঙংদা অমমা অমবু য়েংনরগা তুমিন তুমিন হন্নখরে।

মুমিং অসিমকী মুমিদাং ওয়াইদা অচৌবা মীকম অমা ফম্লাইবা কোয়ার্টার অমদা ফমখি। মশিদা ডি আই, এ ই পি ডব্লিউ ডি, ব্যাঙ্ক ম্যানেজার, গার্ডেন ম্যানেজার, গভমেণ্ট কণ্ট্রাকটর, সেকেণ্ডারী লেকচারার, এস ও ডিসি ১দি লোকেল গার্জেন ক াগা য়িজাইন তৌরক্লবা ওজা শিংনা ওয়া তারখি। কমিটি অমগী মথাদা স্কুল অমা লিংবা লেপখি।

ইংশোক ১৯৮১ গী ফেব্রুয়ারী তাং ৫নি। সেণ্টার চার্চকী মনিংদা, পাব্লিক লীডার এলাংবম চাঙ্গেগী লমদা 'জিরি ইংলিশ পাব্লিক স্কুল" হায়না অনৌবা স্কুল অমা হেডমাষ্টার কেবিগা কোম্বনা ওজা তরেংনা শংগাখে।

অসোমদা মেজর সাহেবকী অহাংবা স্কুলদা ওজা অঞ্জনাগা অণ্ডাং তরেংকা তঙাইফদবা মওংদা থাও য়াওদ্রবা থাওমৈগুম লৈহৌরে। মতাং অসিদা জিরিবাম যুথ ওর্গেনাইজেশন তুমিন্না কুমৈ য়েংহুনা লৈবা ঙমলক্লে। মরমদমগী চাওখংপা পুরকপদা, খুনাইগী য়াইফ-মুঙাই শিনবদা মতিকচাবা থৌদাং লৌখিবা লমদমগী নহারোল লীলাগী ভাবোক গুইরম্বদগী লীলা কুমলক্লে। কোনভেনশনগী মোডেলগা, পাব্লিক কেজিগা অনিসিনা অকপ্পা কম্পিটিশনগা লোয়ননা চংথরকপদা অঙাং তরেংদমক চিথহৌরবা মেজর কেজম্ভ যুথকী মতেংনা অঙাং ৭৭কা লোয়ননা থোংজেন মায়না তারক্লে। হন্দক্তি মেজর সাহেবনা স্কুল মমিং হোংদোক্লনা "লিটল স্প্রিং স্কুল" হায়না কৌখে। স্কুলগী

হোস্টেলশু হাবলে। সাহেব মলামকসু অওজা ওজা খিদনা অঙাং শিংবু ভাকপি ভিকপিবদা শকক লৌরক্লে।

অসুম্না ১৯৮১গী আগষ্ট অলিওয়াইদি স্কুল অসি রিলাইটেশন, লোং, সিম্পোজিয়ম কয়ামকম্না হৈথোক্ত শিংথোকখিত্রনা ময়ামগী মিংয়েং চিংশিনখি। শিরুরবা স্কুল অসি যুথকী মথোনা মরিংজেলনা হেড মাস্টার স্কুলশংনু খুদক্তা শাগৎপা হৌরে। অদুবু লম অদু সেকেণ্ডারীগী রিজার্ভ লৈবা মফম অমা ওইরমবনা ষ্টুডেণ্টস ইউনিয়নদগী ওবজেকশন লাক্লে। শাগৎলুরবা শংশাং অদু থুগায়রগা ক্রুকতোকলে। কালীনগরদা বিসি মল্লিকী লম লীজ লৌরগা স্কুল হোংজিনলে।

স্যার কেবি সিংগী উইন কম্বা, নোম্বা কম্বা, নিংহন্দবা ১দি মথওয়াই য়াওজবা এডমিনিষ্ট্রেশনগী মথাদা জিরি স্কুল অসি নোংম নোংমগী চাওখৎলকখি। মার্চ পাস, বল কম্পিটিশন্না চিংবা ময়ামগী ওইবা চাংয়েং কয়াদসু স্কুলসিনা অহেন মথোইগী মনা কয়া লৌরকখি। অসুম্না পিক্রবা জিরিদা কেজিগী পোপুলারিটি অসি স্যার কেবিগী একটিভিটিসনা চিংখিবদা কোনভেনশনগী মোডেলদসু অঙা মশিং হেনগৎপা ঙমদ্রে। এন ই আইজীগী এলিটতি মপুংফানা মুংলকলে। হায়বদি স্কুল লেপখে।

ঙসায়গী অওনবা পামজবী ইতিহাস লাইব্রেরী মাদি ভুমিন্না লৈত্রি। কেজিগী মরাইবকসিংদা করি কবি অওনবা পুরকসিগে কম্মক হোৎনরি।

ইংশোক ১৯৮০ গী জানুয়ারী তাং ৩০ নি। কেজি ইতিহাস-ইয়কপদা থোর্জে মটিম পনপিবা অকম্বা নোং হুংশিংকী সুমিং অহুনি। সুমিং সিদা জিরি স্কুলদা, স্কুলগী গার্জেনশিংগা, ওজাশিংগা ১সুং প্রেসিডেণ্ট মেজর সাহেবকা অপুম্বা মীফম অমদা মায়োক্লখি। গার্জেন শিংনা মেজর সাহেবতা স্কুল পুবদা মথোয়গীসু শকক মচা অম মদং পীমবিয় নীজখি। স্কুলগী কও একসটেনশন, ফার্নিচার চনবা, স ইজ ইনষ্ট্রুমেণ্ট লৈবনা চিংবা অওয়াংপা কয়াদা মচাশিংগী দমক মথোয়সু মতেং পাংজগে হায়জখি। অদুবু মেজর সাহেবনা প্রাইভেট ইনিস্টটিউশনদা কনাগীম্রু মতেং পীরোই হংজনলক্রবদা স্কুল অদুগী মরাইবক্তা কম্না থংহোদনা চিংথায়বগী মম্বী অমা চিংখি। মশাগী হোৎনজম্না অঙাং ১৫ দগী ১১১ দা পুথৎলক্রবা স্যার কেবি থুদক অদুমক্তদা ষ্টাফ অপুম্বগা কাম্বনা রেজিগনেশন সাবমিট তৌখি। থজিক্কং লানখে। আরকে অঙনা মতোমক্তদি সুমিং অদুগী ওজা রিজাইনদা য়াওখিদে। আরকে সমাহল্গী মথাদা ওজা ১৪ না লুচিংদুনা স্কুল অসি থ্বাইদগী মমিংচৎপা রেসিডেনশিয়েল স্কুল অমা ওইরক্লে।

অদুবু। ইতিহাস লাইব্রেরী! আওনবক্তা পামজবী। অমুম অওনবগী নোংলৈনা হুমলকপদা স্কুলগী মরাইবক্তা অওনবগী নোং চুথরক্লে। ঙলায়গী, অঙম্বা অওয়ামন খবদি শোয়দনা পীগনি হায়ননা থবক পায়থৎনখিবা যুথকী ওজাসিংদু থজিক-থয়াক ওইবা অওয়ামন খরতংদি চাং নাইনা শংবা পামলক্লে। স্কুলগী শেল কয়া কাবা, করিদা শিজিন্নবা থিগৎনিংলক্লে। অদুবু মরম্নাই লিংজবা ইনষ্টিটিউশনদা ওজাসিংনা খুৎ থিংজিনবদু

প্রেসিডেন্ট না য়াবিরক্তে। মতুদদি য়ুথকী ওজা সিংহু কনান ঈমুংমচুং থবক চিনলক্রে। কনানা ঈমকালদা থবক ফংলে হায়রক্রে। কনানা ফংগাদৌরে। কনানা লাইরিক তমথদৌরে, কনানা কয়া নারে হায়না মথং মথং তোরখিবদগী স্কুল অসি ওজাশু ছাত্রশু ইত্তাক তাকখ্রে। ১৯৮১গী মকমৈদদি স্কুল অসি ওজা মরিদংনা য়ায়া ওয়ানা চিংনা চহিগী পরীক্ষা লোযশিনলে।

অচুম্বগী দমক অওয়াবা কযা, তমখিবা কয়া, মায়োক্কবদা ত্তুংতল্লবা নহায়োলনি। প্রাইভেট ওইরবসু, পাব্লিক ওইরবসু য়ুথকী স্কুল অমা থম্বসি মখোয়না পামজবনি। অতুবু মেজর সাহেবকী মিলিটারী এডমিনিষ্ট্রেশন মথাদদি মখোয় থবক চংথবা ঙমত্রহুনা মযুম মযুমদা পোথাহনা লৈনখ্রে।

মতাং অসিদা জিরিগী লোকেল গার্জেন থরগী পুক্রিংদা কয়িঙবা ওয়াখল অমা লাকখি। মচাশিংগী প্রোগ্রেস, মখোয়বু তম্বিরকপগী মেথড মুয়া খংবা গার্জেন থরা ওয়া তায়বা হৌখি। কেজিগী নোংলৈ হুংশিং কী চৈথেংদা হজিন-হজিন চৈনাখোল ফংলবী ওজা অজনা ১ মুং য়ুথকী ওজানিংবু পামজবা হুংশিবা গার্জেন থরসু চোংথোরকপনা ১৯৮১গী নভেম্বর তাং ১১দা গার্জেনশিং মিটিং অমা কমখ্রে। মুশিং অসিমক্তদা, পলেম মমাগী খোয়জি থাদা পায়ীমোক কনাগী মপোক মীহুল হুনবগুম লাকদৌবা চহিদা অনৌবা কেজি অমা লিংবগী ওয়াশক ওয়ারেপ লেপখি। স্কুলগী মিংনা "ষ্ট্যাণ্ডার্ড ইংলিশ স্কুল" কৌখি।

অসুম্না ১৯৮২ চংলকপদা লাইরেম্বী লৈকাইগী ষ্ট্যাণ্ডার্ড ইংলিশ স্কুলগী শংশাংসু অনৌবা আশাগা লোয়ননা অনৌবা চহিবু হয়াও তয়ায়া পকপদা য়াওখরে।

ওস্তোকপনি কেজিগী ইতিহাস। ইং ১৯৭৫ তগী ১৯৮১ ফাওবগী চহি তরেৎ মনুংসিদা ওস্তোক ওনশিনগী কেজি তরেংতি ওখ্রে। হৌজিক হৌজিক মক্তদি হিংহনা লাক্লবা মোডেল, হিংলগদবা পাব্লিক, হিংথিগত্রা চিংনরবা লিটল স্প্রিং ১মুং হিংগনি নিংলিবা ষ্ট্যাণ্ডার্ড স্কুল মরি অসি হিংলি। অতুবু তম্বা ঙমদেদো অওনবগী ইতিহাসতা কপনা হিংদৌরিবা কপনা মুংতৌ-রিবা। অতৈ কয়ম্বা অওনববু লাক্কদবা।

—O—